# ঐখোয় তাদ

অইবা

শ্রীহিজম গুণ সিংহ

ফোঙজবী

হিজম চন্দ্র শ্রীমতী দেবী



অহানবা কোঙবা
তাং ২৩ | ১০ | ৬৬ খৃষ্টকুন

অনীশুবা ফোঙবা
তাং ১৫ | ১১ | ১৯৯১ খৃষ্টকুন



মখুম য়েকপা
শ্রীঅরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা ।

ফে ওজবী
হিজম চম্নু শ্রীমতী দেবী
কৈশামপাৎ থোকচোম লৈকাই

ইম্ফাল—৭৯৫০০১
মমল লুপা ২০

# ঐখোয়' তাদা

ইমান্নবা হৌমিন-কাম্মিন্নবশিংনা ঐবু লৌরীখাং হায়না হেক হেক লক্করম্মী। ঐখোয়' ইবোক্কা মখোয় ময়াম্ব, ঐঙোন্দা অসুম্না লক্করগী ফুগে হায়না হেক হেক তাম্নে; ঐসু অসুম্না কৌবা মীঙ্গৌ অসিদা শাগুনীংবমা পোক্কম্মী। ইবোক্ক ঐগী থাউংশেংবা মিংদি নীংথেম কৌই হায়না ঐবু য়াম্না নুংশিনা "নীংথেম" হায়না হেক হেক কৌরম্মী। ঐখোয়' তাদনদি তোম্বা হায়না করিগুম্বদসু কৌরম্মী। শগ্গেন শনভাক ভম্নকপা অহুবাইগী য়ানি— ঐগী ইয়াম্বা অমগা, ঐগা, ইবোক্কা ঐখোয় অহুমগী য়ায়ীনি।

তাদগা ঐগনা খংলকপদা ইবেনবোক্কি চৈস্তু পায়রবদি চৎপা য়ারম্লে খুল্লোন লৈরোম্নবা ইমান্নবগা তীম্ন-তোংনদুনা শাম্মিন্নবগী মহাও করম তৌরিদগে খংলমদে। নোং হেক ভানবগা খুনগী শঙ্গাবুভদা তাদগা ঐগা খুনগী শন পুদুনা শনশেনবা চৎলম্মী। ইবোক্কা ঐখোয়গী চানবনি হায়দুনা লাংলাতোন অমদা চাক্কা-এঙ্গাংগা, ভারো ভাথা-ভাচিং অরোবা খরগা শেগাইরবা খুদৈ মচা অমদা য়োমশিনবীরগা ঐখোয় তাদদা মুত্তিগী হেক হেক পী।

খুনগী শঙ্গাবুঙদা ঐখোয়'নী অস্থম্না অয়াম্বা মতম লেম্লম্মী। নোংচুপ থংবা চীংগী চীংদোনথক্তা কোম্মোইনবনা থাম্লকপা, লিরী লিরী হুম্বা মালংবনা তপনা খোঙদোই হুম্লনপদা শনগী শল্লুপ মাংদা থা, তাদগা ঐগা, ঐখোয় অনীমক যুমলোমদা হেক হেক হল্লক্লম্মী। মুমিং খুদিংগী ঐহাক অরাম খোঁরাংবনা লৈবা ঙম্মমদে, মরমদি ইবোক্তা ঐখোয়গী চাননবনি পীবা চয়োমতু শঙ্গাবুঙ য়োরম য়োফাং-ত্রিঙৈনা তাদগা ঐগনা শিং-শিংনা হেক হেক চংথোকই। কোম্মো-হনবনা কোক্তোন লোম্লকপদা শন্নাও মচাশিংগা লোয়ননা খুনগী পুখ্রী খোঙবান্দা ঐখোয় অনীনা ঈশিং থকমিম্মে।

নোংমা নোংমগী অস্থম্না শঙ্গেনবা চংপদা শম্নাও মচাশিংনা মবুক লাম্লকপা মতমদা মপীগী নাক্তা চঙশিন্দুনা মখো পোংনা, মথয়াং অনীমক্তা খোম্লাংগী মরীক মরীক শিম্থন, মথরায় পেন্না থকপা, তাদগা ঐগা ইতং তত্তনা য়েংমিম্নে, ঐখোয় অনীমক ইথঙ থঙহৌদনা খজাই হরাওই, তিন য়োংশি, তাদগা ঐগা মরক মরক্তা হেক হেক য়েংনৈ। খোঙফম অমদা শম্নাও অমা মখোম থকপমথে থক্লগা মপীনা কাংথোক্লক্লনা তউক তউক য়েংনা লেপ্লম্মী। ঐখোয় অনীনা শন্নাও অতগী মথয়াংতগী পাম্থবা কোম্নাং মরীকশিং য়েং [illegible] [illegible] [illegible] শন্নাও [illegible] [illegible] মথয়াংতগী পাম্থব শঙ্গেম থক্লগা অরাম খোঁরাংবা কোকমিম্মে। নোংমদি ঐহাক অরাম খোঁরাংবনা কৈভম থঙলমদে অদুবু তাদদদি হায়দোক্তে। ঐগী মায়দা করি ফিভম কায়বনো থঙদে তাদনা হংলম্মী, "নহাক চাক য়াম্না লাম্লব্রা?" "লাম্মে।" "অদুদি শনবী অসিগী মখোম শুমসি। অসি হায়রগা পাংথোক্লা

অপাকপা অমা হেককুরগা শনবী অঙাংবী অমগী মনাক্তা চঙ-শিল্লম্মী। অদুবু শনবীদুনা য়ারমদে। মাদা নত্তে শনবী অমস্তম্ম য়াবীত্রে, ঐখোয়না খংপস্ত ভমদ্রে। অদুবু শল্লুপ মরক চঙঙ্‌বদা শনবী অমুবী মপী অমদা মচানা মখোম থক্লম্বা থেঙনরম্মী; তাদনা চঙশিন্দুনা খোমজিন নাম্মদগী শঙ্গোন শুম্মুই, বেরা তৌদে, ঐনা পাংখোকলাদা শঙ্গোমদু য়ারম্মী। খুজোক অমরোম শুম্লগা তাদনা ঐবু থকউ হায়না পীথকলম্মী। মুনিং অদুদগী হৌদুনা শনবী অমুবা অদুগী শঙ্গোম ইতং তত্তনা শুমদুনা হেক হেক থক্লম্মী। তরানীরোম লৈরগদি শনবী অদুগী মচাদু য়াওরকপা উখিত্রে, ঐনা তাদদা হংবদা "শিগ্রবমাগ্লে" হায়না খুমলম্মী। শিবা হায়বা রাহৈসি মুমিং অদুদা অহানবা ওইনা তারম্মী।

মুমিং অসিদগী শনবা দুগী মনাক্তা অমুক চঙলরোই হায়না খল্লম্মী অদুবু মুতিগী পুংফম মতমদু হেক য়োংরকপদা শনবী মশানা ঐখোয়গী ইনাক্তা হেক হেক লাকলম্মী, ঐখোয়গী মাংদা লেপলে। ঐখোয়না মথাদা নানবীগী মহৌশাদোনা তাদনা নোংমদি মখোম শুম্মুই, মহৌশাদোনা শঙ্গোম অদুম থোকলম্মী। পাংখোকলাদা শুনদোক্লবা শঙ্গোম অদু ঐহাক থকনীংউদে, খোরাং মৈচাক্তি কোকপা নত্তে। ঐনা চঙবদা শম্মাও মচা অমনা শনবী খুদিং চঙদুনা মখোম থক্কদবগী লাক্লবা, শনবী অমা ফাওবনা পীথকপীদবা উক্লরে। শম্মাও অদু পুরক্তুনা মচা লৈখিত্রবা শনবী অদুদা থাজিল্লম্মী, হরাও হরাও মাগী মখোম পীথকপী। মদু উবগা ঐঙোন্দা মুংঙাইরবা কুম্মে অমা ওইরম্মী।

তাদনা শম্মাও অদু শিগ্রে হায়না তাক্লবদা ঐনা ইবেনবোক্তা

করিগুম্বা রা অমা হংনীংলম্মী, হংবদি ইঙম ঙমলমদে। নোংমা হঙ্গে ঙমদে, হয়েং হঙ্গে য়ৈখোকই; মরমদি ঐখোয় ইবোক্তি য়াম্না কপকল্লি। ঐখোয় অনীবু মুন্না য়েংলগনু থাম্বা লাকপা য়াদবমখৈ কপই, কনাগুম্বী লৈকাইগী মৌনহাশিং, পাখংশিং উরগনু মপি হেক্তা শিন্থে; অস্থপকী মতীক কপকল্লি, মুমিং খুদিংগী ঐগা তাদগা ঐখোয় অনীগীনি হায়তুনা চয়োম অপী খুদিং হেক হেক কপই, করিগীনো থঙদে। অমরোমদা ঐগী হংনীংবা অসিমমু হংনীংবনা লৈবা ঙম্নমদে। তাদদা অমুক হংসিরা খল্লি অদুবু মাস্থ ঐগুম্বনি খঙলমলোই।

মুমিদাং অমদি ঐখোয় ইবোক য়াম্না হরাও হরাও উরম্মী। মুমিং অদু এঙ্গাংসু য়াম্না হাওনা, মরাং কায়না, থোংলম্মী। য়ুম হেক য়োবগা ইবোক্না হায়রম্মী, "ঙসিদি নখোয় অনীমক তুমখিমু ইবেন্না চাক লোইরগনি।" তাদনা হংলম্মী, "করিগীনো অস্থপ ওন্না?"

"ঙসিদি ইবেন্না চখোকলুববু ওইজ ওইথক খরা ফংলকই।"

"করিনো ওইজ ওইথক হায়বদি?"

"ইবেম্মা অসাইদু এহ্লাং কেঙেঙাই খরা থিরুই। মরাং কায়না হৌরম্মী, য়োল্লুববু ফনা য়াম্না শিংলকই। অশিংপমথৈ ইশু অনীগী ঙা লৈরক্লবনি।"

ইবোক্না ঙা হেক পল্লকপদা থজাই হরাওরম্মী; ঐনা হংলম্মী,

"করি ঙানো ইবোক?"

"মৈতৈ ঙমুনি, এন্থোক্না ফজথ্রে!"

"অদুদ ঐসু রা অমত্তা হঙে?"

"করিনোনে ইশুনা হঙ্গে হায়রিবো ?"

"ঐখোয়গী শম্ভুপ্তা শনবী মপী অমগা শম্নাও অমগা য়াওই। ঙসি তবানিরোম শুরে শম্নাওডু লাকখিদ্রে তাদনা শিগ্রমাল্লে হায়। ঐখোয় ইমাস্থু শিগ্রবরা ?"

ইবেনবোক্না ঐবু মুন্না য়েংলগা মমিত্তগী মপি তৈথোক্লম্মী, পাক হেক খুম্নমদে। ঐনা য়াম্না ঈখৌলাংনা য়েংবডু উরগা মহাক্না হায়রম্মী,

"উম নখোয়গী নমা শিগ্রে, ইবেম্না নচিন-ননাও নখোয় অনীবু য়োকলি'সিনি।"

পাউখুম অসি হেক তাবগা ঐগী ইমা অডু করম তৌরমগদগে খঙনীংলম্মী। ঐগী খঙনীংবডু ঙাইঙমখিদে, ঐনা অমুকস্থু হংলম্মী,

"ঐখোয়গী ইমাডুবু মশক কজব্রা ?"

"করি তৌরবগে নীংথেম, কনানা করি হায়রবগে ?"

"মীগী মমাদোনা তৌরমগব্রা খঙনীংবা।
ইনে য়াইমাহোয়, মৈনো মমাহোয়দোনা তৌব্রা ?"
"থুল অসিদা নমাগুম্বী মুপী য়াওদে, মশক কজবদা, মতৌ লৈবদা।"

"কৈদোহুনা শিগ্রিবনো ?"

"লাইগী নোংদম্মি, অডু খঙলগা করি কাম্নগনি ?"

ঐহাক মখা তানা হংবা ঙমলমদে, ইবোক্না মখা তাথরম্মী,

"ইবেম্না হাম্না শিগদৌবনি অডুবু নমানা হানজে। শিবা হায়বসিদি তশ্বা ঙমদবনি। অঙাং অহুক ওইরিবা নংনা নমানা শিখিবগী বা খঙলগা করি তৌদগেনে ইবুংঙো ?"

হায়রম্লগা ইবোক্না মমায় মায়থোং লুকথডুনা মাগী মহৌশাগী

কপকনবগী হৌনবী হীক্ হীক্ কপলম্মী। মহৌশাস্থু ইবোক্না কপ্পা ফনা য়াম্না থেঙনৗ্রে, ফনা য়াম্না উথ্রে, অহুবু মুমিং অহুদা কপ্পা অহুগা মাম্নরমদে। মুত্তিংদি ঙাইহাক কপ্লবস্থু মপি ঈর্না হৌরগা কংলবী মায়থোং থাঙত্তুনা ঐখোয়বু য়েংলগা মনোকই। অহুবু মুমিং অহুদদি মাগী মায়থোং থাঙংলকখিদে। পীক্লবা থাউমৈগী মঙান অহুনে অহুগী মথক্তা মাগী মমায় মায়থোংহু মালেম-লৈদা লুকখিবনে মাগী মায়থোংহু উবা ফংলমদে, মহাক কপ্পি হায়ববু হীক্ হীক্ তৌরিবা অহু নত্তনা খঙনীংঙাই অমা লৈরমদে। থোদো অসিদা ঐগী খুরায় হকচাং পুম্বা হায়ভম থোক্রবা অরাবা অমনা কুপখিবগুম মহৌশাগুম্না মহাকপু তুমিন্না য়েংহুনা লৈথোকপা ঙমলমদে। ইথঙ খঙহৌদনা কপনীংবা ফাওরম্মী, ঐহাকস্থু কপলম্মী। নুমিং অহুদা ফাওখিবা, নৌখিবা পুকনীং অহুগুম অহুক নৌরকনি থাজদে। ঐগী ইনাক্তা তুমিন্না ফমলিবা ইয়াম্বস্থু ঐহাকুম্না কপলম্মী, মাগী মপুক্নীংদা করি হায়না ফাওরিগদগে হায়বদি খঙলমদে, হংবস্থু ঙমলমদে।

মতম কয়া য়াম্না কুইনা ঐখোয় অহুম ফম্নরম্বগে হায়বা নীং-শিংবা থোক্তরে। ঙাইহাক লৈরগা ঐনা অমুকস্থু হংলম্মী,

"করিগী ইমানা ঐখোয়বু থাদোক্তুনা শিগ্রিবনো ইবোক? শিখিরোই হায়বা য়াদবরনে?" ইবোক্না খুমলম্মী, "অহু য়াববদবু নমানা নখোয় অনীবু থাদোক্তুনা করিগী চৎখিগদগেনে নীংথেম!"

"অহুদি ইবোক করম তৌনা শিগ্রিবনো?"

ইবোক্না খুমলম্মী, "মশা ঙম্রক্তহুনা।"

"করিগী ঙমলকত্রিবনো?"

"ইবেনগী ইবুংঙো ইবেম্না করি হায়না 'নংবু খঙহল্লসিগে, হৌজিক মহু খঙবা ঙমখিরোই। মতম চারক্লবা কান্দা ইবেন তাকে। নমা অহু নখোয়বু য়াম্না নুংশিনা ভৌই, অহুবু অশিবা হায়বথুদি মচা নৈরি খাকপা নত্তেনে নীংথেম্। ইবেনসু অহু মঙাই নখোয়বু খাদোকলগা শিখিগদৌবনি।"

হৌনক্লবা য়াওদনা তাদগা ঐগনা ঐখোয়গী ইবোকপু কোল্লম্মী. ঐনা হায়রম্মী, "নহাক শিখিরু ইবোক; নহাক শিগ্রবদি ঐখোয়দি কনাগা লৈহৌগনি?" ইবোক্না মাগী কংলবা মখুৎ অনীনা ঐখোয় অনীমকপু য়েংকা ওইগা কোল্লহুনা, মমিং অনীদা পিগী চহুম চহুম শিম্নবা, ঐবু অমুক, তাদবু অমুক, চিংনা চিংনা য়েংলম্মী, য়েংলগা ঐখোয়গী লায়বক্তা হেক হেক চুপলম্মী, "শিখিরোই করিগী শিজরুগনি। ইশু অনীনা নপাঙ্গল চাওবা ইবেনগী মিং অসিনা য়েংখিগনি। ইশু অনীনা পোম্মা শমোক অনীগুম কাংদোং ফাবা ঙাইখিনি। মরাইবক চাওগ্রবী নমাগী মফমদা নখোয়বু য়োকলকখিনি রাশকগ্রবনি।"

মহাক অমুক কপখিদ্রে, মহৌশাগুম মায়থোং থম্বাল থাঙ্গত্তুনা ঐখোয়নীবু য়েংলগা নোকলম্মী, ইচিন-ইনাও ঐখোয় অনীনা মাবু চেংনা কোল্লগা য়েংথৎলুবদা পিতনা চোৎলবা মাগী মায়থোং থম্বাল মক্কা কম্না শাংকাইরক্লবা থম্বোগুম্ তরু তরু উরকলে। অহু উরুবদা পুকনীংগী অরাবা পুন্নমক কোকথিরম্মী, অহোইননা হরাওরম্মী।

অঙকপা রাখল হায়বহুনি ইবোক্না হরাওবহু উবদা ঐনা হংলম্মী, "ঐবু ইমাম্নবনা লৌরীথাং হায়রগা নহাক্না শাওরিবদি করিগীনো?"

"নহাক্তি শাওনীংবরা ?"

"নহাক্না শাওরবনিনা ঐস্থ শাওনীংই।"

"নয়াম্বগা নহাকা নখোয় অনী নাওয়োন খুনা পোকই। নয়াম্বনা নমাগী খোম্নাং মহাও কোক্রিডৈদা নহাকপু উথি। নয়াম্বনস্থ অঙাংনিনা নমাগী মতম্বাক্তবু তাম্নে। নহাক্তি অঙাং ওইরিডৈ নিঙাই য়াম্না চাওই। নয়াম্বদি পোৎ অমত্তং পীরগস্থ থেম্বা হেকমক য়াই। নহাক্না নমাগী খোম্নাং মায়োক্লনা, নমাগী তম্বাক্তা লৈবত্থ নয়াম্বনা য়েংলগা, চঙদি চঙনীং নংনা কপলকনি হায়বগীস্থ কিবগুম তৌ, মতৌ অত্থদা নমানা য়েংবা মুংঙাইত্রত্নুনা নহাকপু শুম্লগা মক্ম অমদা থমই। লৌবুক্তা লৌরাংশুবা চৎপা মতমদা নচিন-ননাওবু লৌবীহৌনবা কনাস্থ লৈতত্নুনা নমাগা ঐগনা পুত্নুনা হেক হেক চংলি। নহাক্কী নিঙাই লৌবুক লমহাং ম'যবা থিবা নস্তেদো। থমনিংঙাই মক্ম অমা লৈতবনিনা নহাকপু নমানা শুম্লগা, লৌরীদা য়েম্পাক্লা কুপ্লগা থমই। অস্থম্না হেক হেক থম্বা অসিদা লৌ শুমিন্নবা কাংবুনা নহাকপু লৌরীথাং হায়না কৌনৈ। হৌজিক ক্ষাওবদা ময়াম অসিনা হেক হেক লক্লুয়িবসিনি।"

"তাদবুদি করি হায়না কৌনৈ ?"

ইবোক্লা তাদবু চিংনা য়েংলগা অস্থম্না খুমলম্মী, "নয়াম্ববুদি কনানস্থ মমিং খোনখিদে। ইবেম্মা কৌরিবা থোবা হায়রিবসি মঙায়দনা। হেক পোকলকপদগী হৌনা নহাক্তি নয়াম্বা অসিগী লমন্ তোল্লকলবনি ?"

"করিগী ?"

"লেপ্না কোয়না কাফৈ কাফৈ চংলকপা, ইমা পাবা হায়বমকপু

থোকফাত্রিত্রিহৌভবা, নহাক্না নমাগী মতম্বাক মুনবীরকলে। ইশুনা তঙক তঙক য়েংদুনা নহাক্না কপলক্কনি কিবদগী নমাগী মতম্বাক্তা চঙজবা ঙমখিত্রবনি। পুংঙ্কক চাওরকে হৈথেনবদগী ঙমোক অমস্তং লৈরকপদা নংনা নখুৎ অনীদা নাম্মা নাম্মা পায়দ্রি'নথে কল্পা তোক্তে, নবুংঙো অসিনা মচেৎ অমত্তং পায়জরগা হেকমক পেল্লি; করি করিগুম্বদা নহাক্না উগনি হায়দুনা লোম্না পীভবা ফাও, নহাক্না কপ্পকপদা চাও হায়বা য়াদবনথে নভোন্দা পীথোকই। নহাক্না লৌরীদা তুম্মগা নয়ামনা নংগী ননাক্তা ফমদুনা শংই। অসিদগী হেনবা করি লৈরি? নয়াম্বগী লমন্ নহাক্না অমুক শিভবা ঙমলয়োইদোবনি।"

খুনলম্নগা ক'উংপেকন্দুবা চাকথুমলোমদা ইবোক্না য়েংথোক-লম্মী। য়েংথোকলুরগা ঐখোয় অনীদু "লাকও চাক পেঙখ্রনি, হয়েং শঙ্কোনবা চংপা পেঙলগনি। ইবেন চাক পিদোকলুরগে।" হায়রগা চাকথুমলোমদা চংখ্রে। পাক্লবা লাংতোন অমদা ইবোক, তাদগা, ঐগা ঐখোয় অহুমগীনি হায়রদুনা মুতি মুমিং খুদিংগী লেম শাবঙম শেম্মদুনা চাকথুম্মাংদা পুথোরকই। ইবোক্না হায়-জুম্মদুনা হেক ফমথনদুনা চাবা থকপা হোৌগংনবগা তাদনা ঐগী শরুকনি হায়দুনা ঙা মতুম অনী অঙম লৌথরগা ঐগী মাংদা থমলম্মী; নহানমথৈম্ব অহুম্না অহ ও অথুম চাখিম্নবদা ঐগীনা হান্নবা থুংবীরগা মহাক্কীনা কোম্না লোবা ঙাক্তনি অতুপু মুমিং অতুদদি থোদো অহুনা ঐগী পুকনীংদা চৈনাংথোল অমা ফাওহনখিরম্মী; ইবোক্না হায়খিবঙম অওইবমক ঐগী ইয়াম্বগী লমন্ ঐহাক তোম্নবনি হায়দসি খনবা হৌরম্মী: অসিমক্তু নীংশিংলকই, ঐনা করিগুম্বা ঙা মতুম অনী

অহুমহু লৌশিন্দুনা চাদ্রবদি ঐগী ইয়াম্বা ঙা চাবা ঙম্মোইদৌরি, মসি মহৌশাদগীনি। ঐনা খঙ্গাননা লৌশিনবা অহুদা মহাক্না ঐবু মুন্না য়েংলম্মী, ঐনসু য়েংথোকলম্মী, ঐখোয়'না মিৎ চান্নরম্মী; ঐখোয় অনীগী মিৎয়েং ঙাইহাক্তংগী ওইনা লৈথোক্লবা ঙম্নরমদে; করম্না মীৎয়েং অনীহু হন্দোকনখিবগে হায়ববু ঐনা খজিক্তং নোক্ল্বদগীনি। মুমিৎ অহুগী থোথোক নীংশিংল্রগা হৌজিকসু তুজুং মাঙ্গুংই, করিগীনো হায়বা ব্রাহৈনা ফোঙদোকপা ঙমদে, থম্মোয়গী রানি, কাউওদ্রবা!

থোথোক অসি ঐখোয়গী ইবোক্না উরমগনি খঙলমগনি হায়বা থাজদে। মহাক্কি মতম অহুদা উনবগী পাঙ্গল য়াম্না শোল্লবী মীওই অমা ওইরম্মী।

অসিগুম্বা মুমিদাং অমা অমুক লাকখিদ্রে, অহুনা অহানবনি অমসুং অরোইবনি। ঐনা ইয়াম্বগা অসুম্না মিকুপ অমা কানা খক থাদোক্নদনা হৌমিন্নরকই। ঐখোয়গী ইবোক্না ঐখোয় অন ঙা পুন্নমকনি। পাকচাওই হায়রিবা তাইবংপান অসিগীদি লায়রহুনা পীকথ্রবা কৌক্রক্ খুন অসিগী মী অনাফাওবা ঐখোয়গীনি হায়জ- নীঙাই কনা অমত্তা লৈতে, ঐখোয়গীদি মীকোক অহুমতগী তাইবং- পাননি। অহুক পাকথোক শন্দোকলকপা হায়ববু খুনগী শঙ্গাবুঙ, চেম্না চোংনা শান্নে হায়বগী ব্রাব্রৌদ্রবী, চরোৎ হারু ফুকপগীসু শাওরক্রবী, ইচিঙ-ইনাও ঐখোয়গী পুন্সিগী মিকুপ নাহুম খুদিংদা মাগী মথানুংদা শান্নহনখিবী অসি মঙাই। শঙ্গাবুঙদা ঐখোয়না পুরকপা শনবী শম্নাওশিংগসু চেংনা লুনাদি ভিন্নে তোৎনৈ হায়নবু ঐখোয়বু থাদোক্লুনা চংখিবসু কোঙ্গায়নি। কনা অমত্তা অরেপ্পা

অাসিনি হায়বা লৈরমগ্রে।

করম্না হৌখিবনো খঙহৌদে, খুনগী শঙ্গাবুঙদা "অর-তিতি" হায়না চেন্না চোংনা শাম্বরহ্নদগী তাদগা ঐগা ঐখোয় অনীমক লৌবুক্তা কুনহুনা শনপোং লাঙ্গোন মাংদা থা, লাঙ্গোন য়োংলম ফাৎ, য়োংলৈ নোংথাংশা, লৌরাংশুবা মতাং য়োরকই। থবক অসিবু ইবোক্না পারমচংনি হায়না তাকপীরম্মী। মসি হেক তাকপীবা খুদক্তা ঐখোয়গী ইপাবু কনানো হায়বামা পুকনীংদা ইথন্তা পাউহংজে। ইথন্ত অমুকস্ত থুমজখি, লৱাইগী লাইরা চুদংনরবা লৌরাংশুবা, কনা লৈজনবা মচাবু য়োকপী থাকপীরমদুবা অমনি। অহনু কনানোনে? মনিংনা করি কৌই? মশক্ত কমদোই? লৌবোম্নবা লৌবুকলোমদা য়েংথোকলবদা পারমচংপু ইল্লিনা মখোয়বু উরম্মী, মখোয়স্থ লাঙ্গোন য়োংলম ফাৎলম্মী। লৌগী লৌরীথক্তা, চরোং-হাবুং অমদা, অহল ওইরবা মুব শমগ্রেং উদবী, শীডেল লৈশক শম্লবী, তাইবংপানগী অচং চত্তা পুম্নবু মথন্তুংদা কোনশিনগে লাক্লবী 'নতম' কৌবী ইচেলগী তোর্বান্দা মশুনীগী কুম্মি য়েংখিনি ফমলিবী, নোংমা অহুদস্থ ফম্লম্মী। খঙহৌদনা হৌরকখিব রাফম অহুনা ঐগী হথৌ পাঙশিনবা ঙমলমদে। লুমথবা রাখনগী পোংলুমনি। উখিমাল্লে অম্মম্বা অরুম্নসে ইবোক্না! অস্থুম্না লাউরক্লম্মী,

"ইবেনগী নীংথেম নয়াম্বগী মতৌ তম্মুশা!"

য়েংথোকখিবদা তাদদি থুত্তা পায়বা শাজৈনা নোংমদোন তম্না হায়গৎ, চিম্ব অর তিতি হায়না লাউ, শমোক লাবা পাবোত্তু পুংবা চানা লাঙ্গান য়োংলম ফাৎলম্মী।

ঐগী ইয়াম্বদি ঈশিংনা ঈমায় পানা চোম্লবী ঈপাক্কী মশকনি,

ঈথক ঈপোম হৌবা উরমদে। ইবেনবোক্না 'নয়াম্বগী মতৌ তস্মুশা' হায়বসি হুমিৎ অহুতগী নত্তে, মতম অয়াম্বদনি, হৌজিক্কদা নীংশিং-লকই। কল্লকই মতম অদো, কল্লকই ঐগী ইয়াম্বা অহুবু! ঐনা ইয়াম্ববু হেক উরুবদা শাওনীংলমই, ঐনা খল্লম্মী, মহাক অসে ওম্বোকপা মীওং হায়বহু ওইরে, ইচিন-ইনাও ঐখোয় অনী অসিবু কনানো হায়বা ফাওবা থিজিনদে? অমুকস্থ ইথন্তা খল্লম্মী, মহাক্তি মসি পুম্নমক খঙলম্বস্থ য়াই, খঙলহুনা মপুক তপ্পা লেল্লম্বস্থ য়াই; অহু ওইরবদি ঐহাক অসিবু মনাও নত্রবরা, ঐঙোন্দস্থ তাকপীবা য়াদব্রা!

ইবোক্না মরোল অমা চৈরক থাংলকপনে ঐহাক তাদগী মতুং ইন্দুনা বাখল অহু তুংওই থমলম্মী, থবক শুবদা থব্রায় য়াওশিল্লম্মী। কোরৌনা কোক্তোন লোমনীং লোম্মাং তৌরকপা অহুরাইদা ঐখোয় থবক থারম্মী। অয়ুক চুপ্পা রাকুরবা শন পাবোৎ অনীহু হোইগত্তুনা য়ুমলোমদা কারক্লম্মী। য়ুম য়োৌরক্লগা ঈরু মায়থজথোক্তুনা হুংশা মৈশা খাংবা ওইনা পোথারম্মী। ইবোক্না হুমিদাংগী চান থরুবা য়েঙতগনি হায়হুনা ইঙ্খোললোমদা চঙশবা মতুং, ঐখোয় অনীদা ঙায়রবদা ঐনা হোদোকলম্মী,

"তাদা! ঐহাক রামা হঙ্গে!"

"করিনো?"

"নহাক ঐখোয়'পাবা খঙহৌব্রা?"

"খঙহৌদে।"

"অশেংবা খঙহৌদবন্না, খঙহৌরবদি!"

"খঙহৌদে অওইবা।"

"অহুদি ঐখোয়' ইবোক্তা হংসিদো!"

"নংস্থ খঙনীংব্রা ?"

"নংস্থ খঙনীংব্রা ?"

"খঙনীংই, ঐখোয় ইবোঙ্কী মতৌ অসিদনে।"

"ঙসিদি ঐখোয় অনী চঙহুনা হেক্তা হংলসি।"

"হঙঙুরগা মানা কপকদৌসি উবদা হংনীংদ্রবনি। নোংমা অমা ঐনা হঙঙুরবনি।"

"ঐখোয় ইবোক্তা ?"

"উম।"

"মানা করি হায় ? তাকউ য়াদ্রা ?"

"অহানবদা তুমিন্না তারম্মী, ব্রা অমত্তা খুন্দলমদে। ঐনা অমুকস্থ হঙঙুবদদি মনায় ওস্থোকখি অহুগদি কপ্ত্রনা লৈরমলে। মানা কপ্লহু উবগা ঐস্থ মকম মরাং খঙদনা কপনীংলম্মী। ঐখোয় অনীমক কপমিন্নরম্মী।"

ব্রারী তম্না তম্না তাদগী মমিৎ অনীমক্তা ঈরা চেল্লিবহু ঐ উরম্মী। করিগীনো খঙদে ঐস্থ কপনীংলম্মী তৌইগুস্বস্থং খঙনীংবগী অপাম-মিহৌবহুস্থ খিংবা ঙমলমদে; ঙমদ্রহুনা ঐনা অমুকস্থ হংলম্মী,

"নংগা ঐখোয় ইবোকা অমত্তনি। ব্রা অমত্তং হেক হংবগা হেক্তা কপকদৌবা ! হায়রোসে ইবোক্লা করি হায়খিবগে ?"

তাদনা খুমলম্মী, "ইবোক্লা হায়রম্মী, নমাবুদি স্থংশিদ্রা খঙ-নীংদ্রা ? ঐনা হায়রম্মী, ইমানা হেন্না স্থংশি অহুবু ইমাদি নংনা অমুক উবরোই হায়খ্রে, পাবগী ব্রা অমুক তাকউ। ব্রাহু তারগা ইবোক্লা তাকলম্মী, নংগী পাবস্থ নমাস্থ অমত্তনি, নং পাবগী ব্রা অমুক হংলগন্থ।"

"ইমাগা পাবগা অমত্তনি হায়বা?"

"উম অতুম্না হায়খি।"

"অতুদি শিখিরম্বা তারে পাবস্থু।"

"অতুবু শিখি হায়দ্রিবা করিগীনো, ইমাদৌনা?"

"হোয়দা হেক্তা হংলসি।"

ঐখোয়না ৱারী শাবিরৈভদা ইবোকস্থ চিঁউ হল্লক্ত্না ইমুংদা চঙশিনখি। মুমিদাংগী চানথক্লবা শেম শাগদৌরগী হোৎনরিবম্‌ল্লে। ঐখোয় ইচিন-ইনাও অনীমক অমুক হেৎনরুদনা ইমুং মনুংদা চঙ-মিন্নরম্মী, চাকথুম্মাংদা পুন্না থাব্রাং লেপ্লম্মী। ঐখোয় হবে ক্লা ইঙক ঙক্লা ঐখোয়রোমদা য়েংখংলম্মী, মাগী মায়খোংতু উকরগা ঐগী পুকনীংদ ঈথৌলাংবত্ত্ব শরুক চাম্মা চাম্মা হেন্না ঈথক ঈপোম হৌরকলম্মী, ভৌইগুম্বসুং চিন-থোক্লা হংলুনবগী ইথৌনাস্থ অতুগুম্বা শরুক অতুমুক ময়েং তাথখিরম্মী। ঐনা হেক লৌশাং তারকঈদগী ইবোকী মায়খোংবু পুংয়ান চানা য়েঙভুবা হায়ববু মুমিৎ অতুনা অহানবা ওইরমগনি। তাদদি ঐগা অস্থম লেপমিন্নরম্বদগী হন্দোকখ্রে; মহাক্লা হান্দাকথ্রবদা হান্ননা শোন্থখ্রবা, মমি শাম্লবা ঐগী থৌনাস্থ লৈমায়থক য়োনা মরু লুকখিরম্মী। চিঁউনা ইবোক্লা হংলকলম্মী, "করিনো নখোয় অনীনা থাব্রাং লেপ্লম্লগা নয়াম্বনা হন্দোকখিব্রো?"

ঐহাক পাউথুম হেক পীবা ঙমলমদে। অমুকস্থ ইবোক্লা মথা তারম্মী, "করিনো নচিন-ননাও খৎনরব্রা?" ঐনা খুমলম্মী, "খৎনদে।"

"খৎনদ্রবদি করিগীনো নখোয়না ঐগী মাংদা পুন্নপ চংলক্লিবদি? ঐনা খংনমু হায়দ্রা নখোয়দা, নখোয়দি ইবেনবু নুংশিদমাল্লে।"

"খৎনবা নত্তেয়ে, অওইবা !"

"অতুদি করিগীনো ?"

ঐগী মাঙখ্রবা থৌনা অমুক হন্না হল্লক্লবগুম ঐনা অম্তুন্না হংলম্মী, "তাদগা ঐগা রা অনা হংগে তৌবনি, নঙোন্দা।"

"হঙঙ্নে হঙঙ্নে, করিনোনে ন চন-ননাওনা হংদৌরিহ্'বো ?"

"অতুবো, ঐখোয়'পাবা !"

এঙ্খাং শেমলম্বদগী ইবোক্পা থংপ্রেক খংনা য়েংখৎলম্মী. ঐঙোন্দা শংত্রিক য়েংলম্মী। ঐহাক মখা তানা হংথবা ঙমলমদে; লু-লুকথহুনা মাগী মিৎয়েং অতুদগী ইথন্তা লোৎকে হোৎনৈ। মহাকনা হায়রম্মী,

"করি হায়বা. পাবা হায়বা ?"

"উম্।"

"কৈদৌরবা অতুগা ?"

"কনানো হায়বা ?"

"নখোয় পাবা ? মহাকস্তু, মহাকস্তু চংখ্রে, অমুক লাক্লরোই ! লাক্লরোই। তাঙিব্রা নীংথেম, নয়াম্বদস্তু, অম্তুন্না হায়য়ু, লাক্লরোই "

শ্বর থাবেৎ থবেৎ হোন্না খুমলকইদি হায়ববু য়াম্না চেকশিন্না শেনশানা হাযরকপা ওইনা ঐনা তারম্মা। ঐনা য়েংথোকউবদা মহাক্না মায়থোং লৈখা ওন্থরমলে, পাউখুম পীরিঙৈ অতুদস্তু মায়থোং থাঙ্গংলমদে। নাকোং অনীমক্তা তারিবা মপাউখোল অতু থম্মোয়-মুংদ। চঙশিনখিদি হায়ববু ঈশিং মনুংদা চারিবা ঙাংম ফাগে হোৎনবা ইডম ঙমদবগুম তৌরম্মী, থলহৈদবা নত্রা মসিবু ! ঐহাক ইথন্তা মফম অতুদা কুইনা লেপ্পা ঙমলমদে; পাবগী গুংঙাইতবা পাউ অতুগীদি নৎলনদে। য়াম্না লোন্না মফম অতুদগী থোকলকলম্মী; মাঙ্গোল হেক য়োরকপদা ঐখোয় তাদস্তু লেপ্তুনা লৈরম্মী। মহাক্না হংলকপস্তু

নত্তনা ঐনা অসুম্না পাউথুম পীরম্মী ।

"চৎখ্রবনিদনা লাক্লরোই হায়দুনা ! হন্নকপা য়াররোইদোবা মফম অদুদা ওইরমাল্লে ।"

খুম্মুরগা ঐখোয় অনীমক তঙক তঙক য়েংনরম্মী ।

করম্না মতেক খরগী মতমদু লেনখি খঙহৌদে; ইকুই কুইদনা ঐখোয় অনীমকপু ইবোক্লা চাক চাররো কৌরক্লম্মী । মহৌশাগুম্না ইবোক্কী নাক্তা চঙশিন্দুনা ঐখোয় অছুম্মক চামিন থকমিন্নৈদি হায়ববু অরুম্বা পোৎলুম প্নবগুম হকচাং অসি অফা অপুন্নরম্মী; লাম্থোক্কে ইঙম ঙমদবা নীংজিং মাংজিংনবগী খুরৌ অমা থাংলম্মী । অঙইবনক ওম্হোক্লা ইরায়বক থীরবা ইচিন ইনাও ঐখোয় অনীনি, ইমাদোরা মশক খঙহৌদ্রে, পাবদোরা অমুক হন্নক্লরোই চৎখ্রে হায়রে । শিখিবা ওই-রিদ্রা অদুসু খঙদে, ঐখোয়গী হায়ববু, অহল ওইরবা, ইমাবু পোকপী, ইমাগী শক্তম লৌরিবী, ঐখোয় ইবোক অশোনবা অসি মঙায়ররোই '

অদুবু পাবদি হন্নকলরোই চৎখিবনি হায় শিখি হায়বমক্তি ইবোক্লা হায়দে, মফম কদায়দা চৎলমগনি ? হোয় অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু হন্নকলবোই চৎখ্রবনিনা শিখিবগা পাংথকনি । অদুবু মচা ওইবা ঐখোয়বু থাদোক্তুনা চৎখ্রিবদি করিগী নো, ঐখোয়বু করিগী অদু য়োনা নিন্দা তৌরিবনো, করিগী অদুপ নুংশিহৈত্রিবনো ? ঐখোয়না করি লানখিবদগী অদুপ থীনা শাওখ্রিবা ? অমুক্তং উন্নবা ফংলবদি রাহং অসি মাঙোন্দা হংলম্বা য়াই অদুবু কদায়দা ফংগনি মহাকপু ? অমুকসু খল্লম্মী, ঐখোয়বু মুংশিদে চৎখ্রবনি, মহাকপু অমুক তাল্লুবগী করি কান্নরি ?

অহিংচুপ্পা তুম্বা য়ারমদে, অচুম চুমদগী রাথম্না থম্মোয়দা তওনা লাম্থেংনরম্মী । ইবোক্কী মফমদা অরেপ্পা অমা অমুক্তং হঙ্গে খল্লম্মী ।

হায়না হায়না হৌখিরম্মী মতম, ঙসিগী মমি হয়েংগীদা চঙশিনখি, হয়েংগীনা হংচিংকীদা। চংখিসম্ম হায়বস্থ খল্লমদে, তাম্নগেস্থ থক হোংনরমদে। ঙসিগী কোরৌনা চায়থ্রগা অমম্বা অহিংগা অহুম য়াতাখিন্নে, অহিংগী অমম্বদা অমম্বা অমদা কুমথহুনা অহুমক মরেল্লম্মী ? মথংগী অপামবা কোরৌগা চেৎনা চান্ন লেঙ্গোম্নবা, নোংমনা খুনগী শঙ্গাবুঙদা, নোংমনা লৌরক পাম্ফেন হুম্না, নোংমনা লমদম তাম্না উঠ্রিবা তম্পাক লমদম থাহুনা, লোইরোই লোইরোই কাথ্রিবা লোইবী চীংমায় কাহুনা, পামেল শিংজা-লাং অম্নুম্না তাওথমিন্নে।

ঐখোয় অনীনা পাবগী রা হৌদোকলুবা মতুং অসিদা ঐখোয় ইবোক্কী রাঙাং শাজং খরদং হোংখিবগুম উরম্মী। মথস্থা হেক লৈবগা মায়খোং লৈদা লুক্কুনা, মিংলু অনীদা তরংগী লাইক্ত শিম্নখি, লোম্না লোম্না। ঐবু উরগা কপ্তশিম্ন শানা হরাও হরাও হেক লৈরম্মী, ঐখোয়না খিক্তংদং মায়থোং লাংশিনবা উবদা মহাক মশা মতোমতা লৈভম খঙদবগুম তৌরম্মী, করি কম্নিগুম্বদা মহাক্না মচিন থোক্না হায়খি, “কম্নিগীনো নচিন-ননাওনা অহুপ মুংমুক মুংজা-নরিবা ? পিতং পাতংলে হায়হুনা কনানা লাকচবগে, ইবেন শিত্রি-নহায় খোবা।” মাগী অসিগুম্বা শাজং রাঙাং অসিনা পুকনীংদা চিংনরম্বহু ঐখোয়না লাম্লম্রা হায়নস্থ খল্লম্মী, ঐখোয়গী পাবস্থ ইমাগুম্না লাইরৈবাক তানগ্রমাম্নে হায়বসি থাজরম্মী। অওইবমকম্নু শিখিবা নত্তনবু মপানা মচাবু থাদোকপীবা হৌনব্রা ?

নোংমা নোংমগী কুমওন থাওন ওল্লকপগা লোয়না লোয়ননা রাকম অসি অম্নুমক মমি শামলম্মী, চিংনৈ হায়হুনস্থ চিংনফদবা রাকম অমনা ঐখোয়গী পাবা কদায়দা লৈগ্রে খঙদবা অহুনি, শিখিবা

নত্তনা করি ওইগনি। রাকমন্থ অমুক হন্না হঙ্লমদে। নোংমদি অথেংবা অহিং অমদা তুম্মুরবদগী ইবোক্লা হৌদোকলম্মী। মিং পাংথোকলকপদা ইবোক্লা হায়রম্মী,

"নখোয় অনীবু তাব্রা ইশুশা, শন চঙলে লাউনরিবসি?"

ঐদি তুম্বদা খরা পুমগল্লি, তানা তানা ইহৌ হৌগৎপা ঙমদবগুম তৌবা অসি মহৌশাদগীনি। অমুকস্থ ইবোক্লা হৌদোক্লম্মী। তাদগা ইবোক্লা মখোয় অনীনা ইশাবু নোম্বনে ফৌবু কৌবনে ঐহাক হৌগৎলম্মী।

মুশুক মুবা অহিংগী শক্তমনি, তাংলৌ মতাং ফনা য়াম্মা লৈশিনথ্রবা তাঙ্গানি। ঐখোয়গী অরাং থংবদা "অসোমদা চঙব্রে" "থংলু" "হাইদোকউ" হায়না অমগা অমগা লোনশিন্নরা লাউনা খোংনরম্বহু তারম্মী। ইবোক্লা চিঙৈনা ইমুংদা চঙখিহুনা উচান মৈরা অমা লৌথোকলুরগা ঐখোয় অহুম্মক লাউনরিবা অদোমদা ইবোক্ল মাংথাহুনা চঙশিনমিন্নরম্মী। ইখোল লোন্নবদা লেপ্লগা ইবোক্লা হংলম্মী, "হা ইবেম্মা কনাগী শন্নো? কদোমদা চঙথ্রবগে?" অরাংগী ইনেহন্না খুমলম্মী,

"কনাগী ওইনি, মহৌশাগী হানৌ মতমদা হেক হেক লাকপহুনি।" হায়রিঙৈমক্তদা ঐখোয়রোমদা চোংশিল্লকপগী শউম তারম্মী। ইবোক্লা মথম্তা, "ওন্থোকপনিদকো মুংথিন মুংমাংদস্থ নত্তনা কমদৌনা অম্নুপ থেঙলবা অহিং অসিদা লাকজিবনিকো!" হায়না শোম্থাংননা শোল্লম্মী; শন্না চোংশিনখিবা অদোমদা চঙশিল্লম্মী। চঙশিনখিবদা মনিংগী চু ফৈদোম অমত্তং তাদগা ঐগনা হৈত্তা হৈত্তা থাখিবা অহুগী মনাক্তা, হুপ-লাং থরা হৌরিবা লম

মচেংছদা থাঙোম্না খাউবগুম শজিক চারম্বা থেগুনমে। ইবোক্না মীরোন খগুবদৌনা হায়রমই, "অঙাংবী লাকও-লাকগু-চুরক অত্থদা চগুভ্রগম্ন ! ননাও অনীনা য়ানা থাজগ্রবনি।" কৌরুবদা ইবোক্নী নাক তাম্না পয়প পরপ লাক্লম্মী। ঐখোয়গী ইনাক য়ৌরবদা শনগী মগুক্তা কোম্বৌরী অমা হুক্লবত্থ ময়েক শেংনা উরম্মী, ইবোক্না থৌমীত্থ পায়ত্থনা ঐথোয়গী শঙ্গোন তাম্না পুরগা অম্মুম্না তাকলম্মী,

"চরু চনাই খম্না লৈবত্থ চাত্থনা অত্থম লৈরো। মীগী ইখোন্দা কৈদৌনা চগুভ্রিরি?" ঐনা হায়রম্মী, "থৌরী অমা পুনশিন্ত্রবদি চংথিরোইদ্রা? কনাগী শঙ্গোনে ইথোক?"

"চংলোই চংলোই। চংখ্রম্নকো অঙাংবী।"

শঙ্গোন্দা অত্থম হোয়জিল্লম্নগা চগুলসি হায়ত্থনা ঐথোয়বু অমুক ইমুংদা পুশিনবীরম্মা। ত্থমনীংবনা মুনথিত্থনা ইবোকপু ঙায়রমদনা ফম্মুংদা অত্থম চগুল্লম্মী। হেক য়াংহৌরকপগা মুমিদাং হোয়জিল্লম্বা শনত্থ নীংশিংলল্লত্থনা ঐনা শঙ্গোন তম্না চগুশিল্লম্মী। ইবোক্না হায়গুম্নত্থনা মহাক শঙ্গোন্দা, থৌরী ইপুন পুন্দনা, ইরেং লেংথাক্তনা অত্থম লৈরম্মী। ঐনা অম্মুম নীংশিংবদা মহাক ঐথোয়গী অসিদা অমুক অনীরক লাকখ্রবনাল্লে নীংই অত্থবু তাংদাংবদি হায়বা ঙমদ্রে। মাগী মতোত্থ উরগা পুকনীংদা শনত্থবু ওম্নোক্না মুংশিরম্মী, চগুশিন্দুনা মথাদা নাল্লম্মী। ইবোক্তি ঐথোয়না য়াহৌদ্রিঙৈগী মমাংদা হান্না হৌগৎলম্নে। ঐনা শঙ্গোন্দা লৈরিঙৈদা ঐথোয়গী খুনগী মাম্ম চাওয়াইমাবু কৌবা চৎলুবমাল্লে, মথোয়না হল্লকপগা তাজা চাম্নরম্মী। মথোয় অনী চগুলক্লগা ইবোক্না হায়রম্মী, "নহাক্না অমুক্তা

য়ৌহনবীরুনে ইবুংঙো। ঙরাং অহিং অপ্রেংবদা মীগী ইখোংন্দ চঙঙে লাউনরকপদগী ঐনা কৌশিন্দুনা থমলিবসিনি। কা চানবা ইমে পৈশা পীগে। হৌজিক ঙাইহাক্তা য়ৌহনবীরুচো।" চাওয়াইমাস্থু হোয় হায়না য়ারম্মী। ইবোক্কা শন অত্তুদা অমুক, "চৎলো চৎলো, কৈদৌহুনা অমুক লাকইবনো। থক লাকম হায়দ্রা নংবো ঐনা?" অসি হায়রগা চঙশিনখিহুনা থৌরাঙু পায়হুনা চিংথোকপীরুরে, মাস্থু ইরেন অহুম য়ারম্মী। করিমত্তা নীঙাই শাংদানরমদনা মাস্ম চাওয়াই-মাগী মতুং ইল্লহুনা থোকখিরম্মী। ঐনা মাগী মতুংদা থোঙ্গাল কাওবা ইন্নরম্মী, ইবোক্কা কৌশিন্দুনা অমুক লৈংেৌরম্মী।

ঐখোয় অনীদা মঙায়হৌরবদা ঐনা হংলম্মী, "কনাগী শম্মো ওম্মোক্কা মুংশিগ্রে।" ইবোক্ক, "উম কৈদৌহুনা লাকইবনো থঙদে।"

"কনাগী শম্মো ইবোক?"

"মীগীনিদা, নহাক অসি ওম্মোক্কা হংগনগ্রে।"

"মুংশিনে।"

"মীগী মপোৎপু মুংশি হায়রগা হেক য়াব্রা?"

"অহুবু কনাগীনো হায়বা?"

"মীগীনি হায়রিবসিনি।"

শাওনা খুল্লম্লগা ইমুংলোমদা পরপ পরপ চঙখিরম্মী। মহাক্কা শাওনা চঙশিনখিবহু করিগীনো হায়বা ঐহাক ভাব তারমদে, অহুবু শন অত্তুগী মপুঁ য়েৌনা তাকপীনীংদে হায়বগী পুকনীংদা মু ঙাইহবা অমদি পোকলম্মী। মুংঙাইতবা অসিগী মথক্তা শন অত্তুনা তৌরম্মা শাজৎ অহুনা অমুক্কা হেম্না মুংঙাইরমদে, ঐহাক কোম্মোংপাল্লোমদা চেম্মোকলম্মী। কোম্মোংদগী ফনা য়াম্না লাপ্না মাস্ম চাওয়াইমনা হোইর-হোইরহুনা পুম্নিবহু য়েংহুনা ঙাইহাক লেপ্পুরগা ঐস্থু লাপ্না

মাগী মতুং অতুম ইন্নরম্মী। ঐখোয়গী খুনগী শঞ্জাবুঙ য়ৌরে, শঞ্জাবুঙগী ময়ায়দা শমতুনা চংথ্রিবা লম্বীদ মখোয় পরপ পরপ চংমিন্নরম্মী, ঐনা খল্লম্মী, 'শন অসি ঐগীনি হায়তুনা লোইজবা ফংলবদি মুংঙায়খ্রনিদা!' শঞ্জাবুঙ হেন্দোকখ্রে খুনগী লম্বী লাম্থোক্ত্না সরক অচৌব ভাগদৌরক্লে, মকম অসিয়াইদা শনতু চংলু হায়বা য়াত্র'খাল্লে মাম্ম চাওয়াইমানা শাজৈনা অমুক অনীরক ফুরম্মী। মাদি ফুরগা চংকবরা হায়ববু লম্বীগী ময়ায়দা লেপ্তুনা নীঙাই-দনা লৈখোক্লি। মশিং হায়বা খঙদনা চাওয়াইমানা ফুরম্মী—অহাংবা শঞ্জেনবুং শেং শেং হায়বা চৈখে'ন্না ইনিজ নিল্লম্মী। মগী মশাদা ফুন্নিবা চৈখোন্দু তারগা ঐগী ইশাদা ফুবগুন্না ঐহাক মুংঙাইরমদে; ঐনা লাউরম্মী, "মাম্ম ফুবীমুবা!" ঐনা লাউবতু অহানবদা মহাক তারমদে, মাগী মনাক তাম্ম চঙশিন্দুনা অমুকম্ম হায়রুবদা মহাক্না হায়রক্লম্মী, "করিগী ফুদনি, চংলু য়াদ্রবুদি?"

"অসায় মথৈদি মহাক নিঙাই তৌরমদে মহাক চংনীঙ্দতুনা তৌরিমাল্লে।"

মহাকম্ম বিড়ী মতেক অমা চমখত্নুনা ঙাইহাক লেপ্লম্মী। ঐনা হংলম্মী, "কনাগী শন্নোনেসিবো?"

"আ-দা য়ুম্ফালদগীনি।"

"করিগীনো মানা ঐখোয়গীসিদা লাকলিবো?"

"পীশক পীক্লা মমানা পুখিবনি, ফনা কুইরবনি লাকখিদবা, মমা হেক শিখিঙৈদগী।"

"মমানা কৈদৌতুনা পুখিব্রা?"

"মমা মচামক অউন, আ-য়োম্থোকখিবা।"

"অউন হায়বদি কৈনো ?"

"য়োম্বোকখিবনি হায়বা ."

অসি হায়রম্লগা শন অহু অমুক হোইগংকদোবগী চৈ থাঙ্গং-লম্মী। শন অহুনা থাংবমথৈ থাংলম্লগা চত্ত য়াদবগী নাওংগুম্না য়াম্না চংনীঙদনা মখোঙ থাংলম্মী; ঐস্থু মখোয়গী মতুংদা তপ্না তপ্না ইম্নরম্মী। মতেক খরা চংলগা চাওয়াইমানা ঐবু য়েংলগা, "নংদি কদায়দা চংকদোরিবা ? ঐদি আ য়ুক্ষাল য়োগদোবনি। নবোক্লা মুংশাথীরম্মনি চঙহোরো," হায়রম্মী। হায়না হায়না ঐহাক অহুমক ইম্নরম্মী, কনা শাংনা চংলে, তুংদগী ঐখোয় তাদনা কৌরকপা তারম্মা, "হো তোম্বা ঐখোয় ইবোক্লা চংখিমু হায় ? হো তোম্বা !" চাওয়াইমানসু, "ঐনা অসাইনা লৈহৌ হায়ত্রা নঙোন্দা," হায়রক্লম্মী।

হুম্না য়েংখোকখিবদা ঐখোয় তাদনা ঐগী ইনাক তাম্না চেল্লক্লম্বা উরে অহুবু ঐহাক অহুম লেপ্তুনা লৈরম্মী। শন অহুবু কৈদোহুনা অহুক মুংশিরিবনো খঙদে, হায়দোকক্তরবা, তাকশম খঙদবা রাখল অমনা মানা ঐবু পুল্লম্মী, মাবু ঐনা পামলম্মী, মুংশিরম্মী। তাদা য়োরক্লগা মুংশা থবেং থবেং হোম ঐগী নাক্তা লেপ্তুনা ইবোক্লা কোম্বোংপান্দা ঐবু ঙায়হৌরি চংলসি হায়রম্মী। অরোইবা ওইনা মাংদা চাওয়াইমানা হোইহুনা পুথ্রবা অঙাংবী অহুবু য়েংলগা তাদনা হায়বা মতুং ইন্না ঐহাক য়ুমলোমদা হল্লক্লম্মী। ঐখোয় তাদদি মহৌশানা রা-রান অহুক হাক্লা পংঙাং ঙাংদে, থবক থানাদা মথরায় য়াম্না য়াওই। ঐনা রারী শাবা হৌদোক্রবদি মহাক পংনা হৌদোকন্দে, নুমিৎ অহুদদি ঐস্থু রা অমত্তা হৌদোক্লমদে, ইবঙানীমক ফুংথা মাং-থা তুমিন তুমিন অহুম লাকমিন্নরম্মী। ঐখোয়গী থোজাল য়োরকপদা

ইবোক্পা চৈশু অমা পায়রহনা ঙাইরম্বহ থেঙনরে অহবু মহৌশাগুম্না মহাক্না য়াদবা থবক তৌবদা য়াম্না চৈ থাংবহ সুমিৎ অহুদদি তৌরমদে। ঐখোয় অহুম্মক তুমিন তুমিন য়ুমলোমদা চঙমিন্নরম্মী।

সুমিত্তুদগী হৌনা ঐখোয় ইবোক্কী মশাদা নত্তনা থম্মোয় ফাওবা শোয়খিবগুম তৌরম্মী। চাবা থকপা কয়া খোইজংখিদে। সুমিৎ তরানি কুম্মীগী মতুংদদি মহাক মহৌশাগুম লৌবুক কুমহনা ইচিন-ইনাওনা থবক শুবদা কুম্মেগুম য়েংবিবা তোকখিরম্মী। ঐখোয়না থবক শুবা চংলনদাইদা খুল্লাকপগা ৱারী ৱাতাই শানহনা অয়াম্বা মতম লেল্লম্মী, ফরি ৱানো হায়বদি ঐখোয় খঙদে, ঐখোয়দসু তারমদে।

তরানি মঙানি ইখোল্লংদগী হেন্দোক্রবা মতুং অহুদগী মহাক ইমুংদগী মাঙ্গোল ফাওবা থোকখিদে। অয়াম্বা মতমদা ফম্মুংদা হিপ্তুনা মতম লেনবা হৌরক্লম্মী। খুলগী অহল লমনশিং অয়াম্বা ইবোক্কী নাক্তা লাকুনা ৱারী ৱাতাই শান্নরৈ। ঐখোয় তাদগা ঐগা ঐখোয় অনীবু মাগী মনাক্তা তোয়না তোয়বা কৌশিন্দুনা য়েংওই ফমহল্লগা মূম্না মূম্না য়েংলগা মমিত্তা ঈরা চেল্লহনা, "নচিন-ননাওগী খনবদা ইবেনদি ৱাপ্রেদা," হেক হেক হায়রম্মী। মানা অহুম্না হায়রগা ঐগী পুকনীংদা অথুকপা অমা পোকলম্মী মরমদি ৱাঙাং অহু থক ঙাংখিদিবা ৱাঙাংনি। মহাক্না অহুম্না হায়রকপদা ঐখোয় তাদনা অস্থুম্না থেনজিল্লম্মী, "ইবোক লৈরিঙৈদা ঐখোয় কনাস্থ কিদে। ঐখোয়গী নীংথেনসু চাওরক্লে।"

নোংমদগী নীনি, নীনিদগী হুম্নি, ঐখোয় ইবোক ফম্মুংদা য়াতাহনা অহুমক লৈখ্রে। খুল্লাকপনা লাকুনা ইবোক্কী পুক শুহনা,

বাৱী ৱাত্তাই শাত্নুনা, মাগী অৱাবা কোকহন্নম্মী। তাদনা মতৌ অসিদা মাগা ঐগা পুম্না পুম্না থবক শুবা চৎলমদে, ঐনা চৎলগা মহাক্না ইবোক্কী নাক্তা লৈরম্মী, মহাক্না চৎলগা ঐনা লৈরম্মী। নোংমা মুমিদাং অমদা ইবোক্না তাদদা হায়রম্মী, "ইবেনগী থৌবা, ননাও অসে থক থাদোক্কনু, লৈকাই মমান্নবগী থক তিম্নহনগন্নু। মীরা ভাংবা পামজবা খুন্নকনিদো। মাদি অভাংনি, করিস্নু থঙত্রিবা। ইবেন্না নঙোন্দা শিন্নবা পুম্নমক কাউগন্নু ইবুংঙো। মতম চারক্লবা মতমদা নখোয়গী নথৌ নঙম পুন্সা লাইনা তাকপীরক্কনি। থুনা অসিদা খুন্নাকপা নত্তনা নখোয় নচিন-ননাওগী অচেৎ অকোম তান্নবী-ভায় লৈতবনি।" অসি হায়রগা মায়থোং মকারাম্না, অথুকপা য়াওদনা অস্নম্না অমুকস্নু মথা তাথরম্মী,

"ইবেনগী পাঙ্গল ময়েং ভারকলে। নমাগী মফমদা ৱাশকখিবা কায়বা তারব্রা থঙদ্রে। তাইবংপান উয়ান চাক্তিম্নবনি। পুম্নমক অসি থাদোক্লমগদৌবনি। অত্থবু ইবেন্না থাদোক্লোই নচিন-ননাও-বুদি। থৌবা! ননাওগী থনবদা ইবেন শুস্থোক্লা রাই। —ইবেনগী নীংথেম নয়াম্ববু থাদোকনু, নয়াম্বগী মতৌ তম্নু, নয়াম্বগী মতুং ইল্লু, নয়াম্বনা হারবা থক হিক্তোকনু। ইবেন্না তাকদবা লাইবা হায়ববু অসিনি ইকুংঙো। নয়াম্বনা হায়বা ইনবতনা নংগী নথৌনি।"

হায়রম্লগা মহাক তুমিন লৈপ্রে, ভাইহাক লৈরগা মং-ওই হাওই অমুকস্নু হায়রম্মী, "ইমাগী ইবেম্মা অপাম্বী, ইমাবু কাউরব্রা নহাকপু নচাশিং লৈরিনহায়, ইমাগী নাক্তা ইমাগী সেবা তৌরোলাউনে!"

ঐখোয় ইচিন-ইনাও অনীমক ইঙক ঙক্লম্মী, তাদনা ইবোকপু কৌরম্মী, খুমলমদে; মশা নোমদুনা হৌদোক্লম্মী, খোমলেন মিকপ

তাম্নকপগুম "থৌবা, নীংথেম !" হায়না ইবোক্না কৌরক্লম্মী। পুক্নীংদা অকিম্ন পোক্লম্মী। ত্নাইবংপান পুম্না মথক মথক ওইদৌগুম থরম্মী। কুমিদাংদু ওংগোক্না য়ানা লেলম্মী। নোংজাকা ফ্রীকৈ খুল্লাকপা লাকুনা ইবোকী নাক্তা চত্তুনা মাবু য়েংবীরম্মী, মাবু মাবু হৌবীরম্মী। ইবোক্না মতেক মতেক হায়রম্মী, "খুল্লাকপ। ইচেম্ন য়াগনি থাজরক্রে ! ঐনা নঙোন্দা শিন্নবত্তু নুহাক্ক কাউগনু।" খুল্লাকপনা খুম্মী "নত্তু নঙবু থন্দুনা হুকচাং ময়েং তানবনি। শিন্নবা শিন্নদবা ঐহাক ইচিন্না য়াগ্রেদনা। কব্নিমত্ত থলুনু।"

ঐথোয় ইবোক কম্মুংদা য়ামফক তাদুনা লৈগ্রে। খুল্লাকপগা ঐথোয় তাদগা লোম্না হেক হেক য়াতাম্নরম্মী। ঐথোয় তাদনা ফিজিনা মপি তৈথোকপা ঐহাক উরম্মী। ঐনা থোদৌ অদুদা অকিবগা লোয়ননা করি য়ানো হু লম্মী। হংলুবদা মহাক্না ঐব মথদা চেংনা কেল্লগ, পাউখুম পীবগী মহুত্তা হীক হৈনদুনা কপ্লম্মী। মহাক্না লোল্লম হায়রম্মী, "ঐথোয় ইবোকপু থাদোকম্নু, মাগী মশা য়াম্না শোক্লে হায়। ঐহাক মাম্ম চাওয়াইনাহোয়, খুনগী মী কৌরুখিগে।"

'করিগীনো ?'

খুল্লাকপনা মরক থত্তুনা ইপুগী নাক্ত লাউ হয়না ঐবু কৌশিল্লম্মী, ঐথোয় তাদম্ম অদুম চেনগ্রে। ইবে কী নাক্তা চংবদা ঐথোয় ইবোক্কি নীংতাইদন্না পোথ রিবগুম মনিং অনী উকশিন্দুনা ফম্মু থক্তা শাগন য়াতারম্মী। ঐনা ইবোকপু হৌদোক্লম্মী অদুবু থুমলমদে। ঐনা ইপু খুল্লাকপদা য়েংথংলুনদা "বব-কু" তাকপীরুম্মী।

করিগীনো হংনীংলম্মী, হংবা ওমলমদে। ঐগী খোরী চরম ফুন্নম্মী, হায়ভম থোক্রবা চৈনাখোল অমা ফাউরম্মী : চৈরক অসিদা থুনগী অহল অমা অনী তাদগা লোয়মনা লাক্লম্মী। ঐনা তাদগী মথুং পায়তুনা ইবোকী নাক্তা চিংশিল্লি ঐখোয় অনী শুবা ভাইরম্বগুম মাগী মুংশিরবী মিংশ্না থম্মাল অনী পাংথোক্তুনা ঐখোয়-রোমদা য়েংলক্লম্মী; য়েংলগা কংলবী মখুৎনা মোম্পাক মথাদা থম্বা পোৎ অমা থিবগুম মোম্পাক মচিরোমদা মারম্মী। খুল্লাকপনা মোম্প্যাক কাংখৎলুবদা কুহি মচুগী শেঙ্গাউ অমা লৈরিবতু উরতুনা মথুৎনা লৌথোক্লগা ইবোকী খুত্তা শিন্নরম্মী। ইবোক্না শেঙ্গাউন্থু চেৎনা কোল্লম্মী, কোল্লগা ঐখোয় তাদদা পীরম্মী। মাগী মায়থোং ভনৌ-ভনৌ উরম্মী। ঐখোয় ইচিন-ইনাও অনীবু মিৎফম হেংদ মখৈ য়েংলগা কংলবী চাইরুং অনীদা নোংখোঙ ফুইবা কুমগী নোংগুম অতেৎ অথম লৈত্রবা পিগী ঈচেল শিন্থরম্মী। মিকুপ খরগী মন্নুংদা মাগী মায়থোং অরাংপাংবরোমদা ওনতুনা য়েংলোমদা য়াতারম্মদগী লোং-থোক্কে হায়রবগুম খজিক লেংথিরম্মী, পুংন্নাম চানা হেক লোংথোকখিবমক্তদা খুল্লাকপনা ঐখোয় অনীবু থোকলকউ হায়না কৌথোকলগা ইবোকী মথুদাং মিঙ্গন য়েংলম্মী। য়েংলগা অহনশিং অতুদা হায়রম্মী, "ইনাওশা মপানগী খোরাং নং-ওইদোরে কর্মনো!", ইমুংদা লৈরম্বা মখোয় মরী মওাহ্ন মহৈ মহৈ চেন্নস্ত্রে, মখোয় পুমনমক পুমলাও লাঙস্ত্রে।

ঐখোয় ইবোক অমুক হন্না কৌবা লাকপা তাখিস্ত্রে, মমিৎ পাংথোক্লকখিস্ত্রে, মখোয় ময়াম্না মাবু মপাললোমদা থাংদোকপীস্ত্রে। তাদগা ঐগনা করি ভৌতুনা লৈরম্বগে হায়বা ঐহাক নীংশিংবা

থোক্রে, ঐনা অহুক নীংশিংবা হায়ববু সুমিৎ থা থোক্‌ত্রবা সুমিৎকুম পুমম মম্বগুম উরম্মী, মায়কৈ মরীমক্তা কল্লবা ঈরাঙথোল, নোং নুংশিৎ হৌরকপগুম তারম্মী, মফম ইখঙ খঙদনা ঐখোয় ভাদতবু হন্না হন্না কৌরম্মা, মাগী মতুং কোইয়িন ইল্লম্মী, ঐহাক কিবনা ইথস্তা লৈবা ঙমলমদে; ঐনা লেপ্লিবা পৃথ্বী লৈমায়থক্তু চেৎখায়-রক্লদৌগুম খোঙ থাভম খঙলমদে।

অস্নুম্না ঙম্নমক চৎখিবোইরে ! তাইবংপান অসি অকিবগী মশক্তি, মসিদি মোংফমনি, হিংতুনা লৈনবগী মফম নৎলমদ্রে অরেপ্পা অমত্তা লৈরমদ্রে, ঐখোয় ইবোক্লফাও ঐগা তাদগা ঐখোয় অনীবু অস্নুম্না থাদোক্লমতুনা রা-রান অমত্তাফাও হায়রমদনা তুমিন্না নোংমা হেক্তা চৎখিগনি, মশক উথিরোই হায়বা করম্না থাজগনি। মহাক্তি লৈপাক লৈমগুম অখংকনবীনি, মপাঙ্গল শোল্লবস্থ ঐখোয় অনীবু য়াংবাগুম কনবীরকপনি ঐখোয়না থাজরম্মী মহাক শিবা নাই-রোইদৌবী, অমাং-অতা লৈরোইদৌবী ঐখোয়গী ইবোক্তি। মহাক্লা হায়নীখি, ঐখোয় অনীবু স্নুপথা থাদোক্লোই, অস্নুম্না ইমাগী মফমদা রাশকখি। ওন্থোকপনি অশিবা নঙোন্দা করি লঙজখিবগে, ঐখোয়গী লৈজবা পুম্নমক অস্নুম অমমমতা ওইনা পুথ্রিবা !

অয়ুক অঙনবা উচেক-রায়াগী 'চে-চা' রাদান-হৈদাম্নরকপা তাঙ্গাদা ইবোক্লা, "ইবোক্বী থোবা, নীংথেম, নখোয় অনীবু মিকপ থোক্লব্রা?" হায়না হেক হেক হংখিবত্থু তারিবগুম তৌরম্মী। অয়ুক্বী চাকলেন চাবদা সুমিদাংগীদা, ঐঙোন্দ, "নয়াম্বগীছু য়েং উরনু নংগী হাপলকখিনি" হায়রগা ইবোক্লা ঐগীনি হায়তুনা ঙারৌ মচা অমমম তত্তনা হাপখিবা, ঐখোয়না হরাও হরাও চা-থক্লগা মহাক্লা

চৌংঙাওগুম ঐখোয় ইচিন-ইনাওবু কুপশেন শেম লৈরম্বী, ঐখোয়
ইবোক্তু তাইবংপান অসিদগী মাঙখ্রেকো। হায়বসি মিকুপ অমত্তুং
য়ৌনা কাণ্ণখোকপা ঙমলমদে। হায়না হায়নমক তাদগী মরুমদা
থুপ্তুনা লৈরিবনি ঐহাক্তি, মহাক্কদি করি ওইরমগদগে খঙদে।
তৌইগুম্বসুং মহাক করি খোইদোকপামা ঐঙোন্দা হায়দোকলমদে;
মহাক্কী হ য়ববু হবোক্না তৌরম্বগুম্না ঐবু ঙাইহাক্তা য়ৌনা মাগী
মিংলম ৱাংমদা থাদোকপীরমদে, মাগী মতুং কোইয়িন ইনহল্লম্মী।
মহাক্না ববিগুম্বা ঐবু থন্বা তাবপ্দি ইমুংদগী খোঙকাপ অমা
চখোক্পা য়াদে হ যবসি মশাং খঙদনা তাকপী।

অসুম্না মতম কয মা হৌখিরম্মী, লৌমোক পাম্বা য়ৌরকম্মী।
লৌলোকপা হেক লোইখিবা মতুংদা, নীনি মরক, হুংনি মরক,
ঐখোয়গীদা মশক খঙদবা মী অমা অনী ত্তত্তনা লাক্লম্মী। মখোয়না
লাকগা ঐখোয়না বারেমখৈ উজবা লৌগী ফৌথোক অতুদগী
মখোয়না ফৌ হেক হেক পুখিবম্মী, মমৈথংদা ঐখোয়গীনি হায়বা
ফৌ মেরুক অমাফাও লৈহোৌরমদে। তৌবগীদি ইবোক্না লৈরিঙৈদসু
অসুম্না হেক হেক পুখদি হায়রবু ঐখোয়গী শরুক থম্না থরদি মথাক্কে
পীরম্মী। অসিদগী হেন্দোক্না ঐখোয়গী খুনগী লুপলাকপা মপু
মচা লাক্কুনা ঐখোয়গী শন হাতম মচা অমত্তং লৈজরহস পুরীখে।
ঐনা তাদুদা হংবদা ইবোক্তীদমক, অমা-অমা থাজরদা পোলা পুরা
মীঙোন্দগী পুখি অতুগীদমক শন অদু পীখিবনি, হায় .... তাইবংপান
অপুম্বা ইবোক্না হেক লৈখিরেদা ইচিন-ইনাও ঐখোয়দা পুমহুপ কপ
য়েংশিল্লকবনি হায়বসি ঐহাক থাজদবা ঙমলমদে। চাননবা ফৌ
লৈখিরে, লৌ কৈদোম অমত্ত ওইরবসু খোয়বদা মতেং ওইরগদা।

খল্লম্বা শন অহুমসু পুখ্রে। মতুং অহুবদি ঐখোয় তাদসু ঐবু ঙাইহাক্তা ফাও থাদোকপীরম্মদবহু অয়ুক ঙন্তাদগী চৎখিবনা মুমিৎ চায়দ্রিমথৈ হল্লক্কবা কোঙ্গায় অমা ওইরম্মী। মুতি মুমিৎ খুদিংগী ওইনা মহাক্না হঞ্জিল্লকপা ম তমদা ময়োম অমমম হেক হেক পুরক্লম্মী, মহুদগী শেম শাহুনা ঐখোয় অনীগী চান-থক্লবা লাংলম্মা; কদায়গী পুরকপনো খঙদে।

মহাক্না চথোংকখিদ্রিবৈদা খুনগী ইমান্নবশিংগী মরক্তা মখোয়না শান্নবা য়াওগে চৎলুই অহুবু মখোয়না ঐবু কয়া থওইরমদে। ঐবু উবদা থুল্লাকপর্না নোংমদি অম্মুম্না হ্য়রম্মী, "নীংথেম নংসু নয়াম্বগা চপ মমান্নরবনি নয়াম্বনা শুরি চৎলিবসি খরা পাংবীব য়াদ্রা? অরেম্বদা লৈরিবশং অসিদি লেমজা চাবা ঙাকনি।" হায়রিবহু ঐহাক খঙলমদে মুমিদাংবা ঐখোয় তাদনা হল্লক্লগা ঐনা রাকম অহুমক তমলম্মী, মহুদা তাদনা হায়রম্মী, "ঐনা নংবু য়ুমদগী হেন্দোকনু হায়দ্রা? করিগী মখোয়গা শান্নমিন্নরুরি?" ঐনা ইবোক মকমদা পেৎনা পেৎনা হংবা রাহংশিং তাদগী মফমদদি হংবা ঙমদে করিগীনো হ্য়রবদা হঙ্গায়বনা পোক্লম্মী। ঐসু মহাক্না হায়গুম্নহুনা মুমিৎ অহুদগী খুনগী ইমান্নবশিংনা শান্নবহু য়াওরমদে অহুবু য়ুমদা ইথস্তা লৈরগা ঐখোয় ইবোকপু তত্তনা নীংশিংলম্মী, মহাক মশাগীতা নত্তনা মহাক্না হায়খিবা ইমাগী, পাবগী রা পুম্নমক অহুবুসু নীংশিংলম্মী। মসিনি ঐগী অরাবা। তাদবু কিরবসু কিনা রাশিং অসি নীংশিংলকনি হায়বসিগীদমক ঐহাক মখোয়গী মরক্তা চৎলম্মী। অহুম্না মখোয়গী মরক্তা চত্তুনা শান্নবা য়াওরুইদ হায়ববু নোংমা নোংমগী মখোয়গী মরক তীল্ল-তীল্লগা হেম্না হেম্না

ভীম্ননীংঙক্কবা অমসু হেক্সংলম্মী। মমাংঙৈদা ইবোঙ্গা হিংলিঙৈমক্তসু ঐহাক অসুম্না খক লেম্না লৈথোকখিদে থবক অমা নত্রগা অমা শুখি, হৌজিক ইবোঙ্গা লৈখিদ্রবা অসিদা করিগী ঐহাক থবক অমত্তা শুদবমখৈ লেম্না শাম্নহুনা লৈখোক্কদগে হায়বসি ঐহাক ইশা ইথস্তা ততুনা হংজরম্মী। য়াকম অসিনক ঐনা তাদদা হংলম্মী। মহাক্না খুমখি, “নহাক্না খঙপোৎ নত্তে” “করিগী?” ঐনা তকশিল্লম্মী, খঙগে হায়নঃ কম্না তানশিল্লম্মী। ঐনা অসুম্না তানশিল্লুরবদা মহাক্না তাকপী মতুদি মহাক ঐহাক পুম্না শুমিহ্নবা য়াবা থবক লৈত্রি, মহাক মথন্তুনা শুয়বসূ শুফাত্তবা থবকনি মতুদা মহাক্না ঐহাক্না চঙহুনা শুরুবগী করি কাম্নৈ। হংদা হংচিল্লুরগা মহাক্না অশাওবগা লোয়ননা ঐবু অসুম্না কিহনখি, “ঐহাক অসে য়ামত্রবদা নংগী নয়াস্বনি; নহাক্কীদি ঐহাক অসে ইবোক অতুসু শক্কবনি। ঐনা কৈ হায়বা থবক অদো নহাক য়াফম খোকই। ঐনা শুনোমহুনা নংবু য়োক-খাকপা অসিবু নংগী কয়ামুক য়াম্না ননীং থুদবা লৈরবগে, মতু লৈরবদি তাকউ ঐঙোন্দা।”

ঐহাক মথা তানা হংথবা ঙমলমদে। মুমিৎ অতুদগী হৌনা মহাক্কী শাজৎসু খংহোং হোংখিবগুম উরম্মী; চাবা থক্কপা য়ৌনা মাগা ঐগা হেক হেক ফম্মিন্নহুনা চামিন্নবা তৌরংদে, ঐবু হাম্ন হাম্না হেক হেক পীজরম্মী, ঐনা চাবা হেক লৌইবগা থবক অমদা মত্রগা অমদা হেক হেক শিম্মায়। মাগী ময়াথং অতু ঐনসু হিক্তোকপা ঙমলমদে। তৌইগুম্বসুং ঐনা অসুম য়েংবদা মাগী শাজত্তা নত্তনা মশাগী মশক মওং হোংলবহুম উরম্মী। মহাক মহৌশাদি য়াম্না কন খৌগদৌগুম মাল্লম্মী অতুবু মানখিদরে, মশাগী মরেক মহাও মাঙলম্মী,

থবোখা ওম্মা উরম্মী।

মাগী মতৌ অসিদা ঐহাক্কী নীঙাব্রেদনা, লৈথোকপদি লাইরম্বা থওহৌদনা চিংনবা অমা পোল্লম্মী; ঐগী পুক থম্ববা হোৎনবদা মহাক চাক্লম-থকলম থওঅবমাল্লে হায়রমা কাওরম্মী। য়াথল অসি ঐগী পুকনীংদা হেক কাওরকপগা মহাক্কা ঐখোয় অনীগী চরা অমাঅমি চানবনি পুরক্কলিবা চেংচাকশিংছু মুমিদাংবাই অহুমক্তদা ঐনা জে মা য়েংলম্মী। পোংয়োম অহু য়েংলুরগা ঐহাক মিতগী পি শিন্থখিবা থওহৌদে। চরা-অনীগীবি হায়না ত্মদনা পুরকপা চেংয়োমহু মুপগী খুজোক অহুম মরীয়োমগী চাংদা ওইরমগবি। মুনিদাং অহু ঐনা অমুম য়েংবদা চেংয়োম অহুগী তথ্বায় অমত্তমক থোংলম্মী; থোংবা থাকপা লোইরগা ঐবু চাক চাব্রো হায়না মহাক্কা কৌরক্লম্মী। চাকথুম্মাংদা চঙশিল্লরদা ঐনা হায়রম্মী, "চাক অসি ঐখোয় অনিগীরা?" তাদিনা খুমলম্মী, "নহাকী শরুকনি।"

"নহাকীদি কদায়?"

"চফুদা লৈজি।"

"পুম্না চানিল্লরসি, থিল্লোরক-ও।"

"নহাক হাম্না চাথোকখো।"

ঐনা চাকথুম্মদা চঙশিন্দুনা চাকথোং চফুহু খুৎনা থিংজিনহুনা য়েংলম্মী। ঐনা হায়রম্মী, "চপ্রীং খরা অসিরা নহাকী শরুক্তি?" মহাক মরু লুকখিরম্মী। ঐনা মিৎ অনীমক্তা পি শিন্থনা, খোঙ্গেল য়ারা থোক্তমখৈ, "অমুম্না নহাক্কা মুতি মুমিৎ খুদিংগী চরা হেল্লগা ঐগী পুক থনবনি হায়তুনা পীজুরম্বা!"

মহাক্কা হায়রম্মী, "ঐহাক চাক চানীংদতুনা ভোবনি। নাকও চাথোক অরোনে।"

খঙহোদনা ঐনা খুমলম্মী, "ঙসিদগী ঐহাক নহাক্না পীজবা চাক অমুক চাররোইদৌবনি, ঐহাক শুপচা চাররোইদৌবনি।"

"করিগী চারোইদৌরিবা ?"

"ঐহাক চাররোই হায়রিবসিনি, ঐনা পুক থম্না থম্না চারগা নহাক্না চরা হেন হেন্দুনা থবকশুবা। নহাকপু ঐগী ইয়াম্বনি হায়বদায় ! ইবোক লৈরম্লবদি—!"

মুংলি মুংলি ঙাল্লিবা পোদোন থাউমৈগী মৈঙান্দা মহাক্কী মায়থোংদা পিগী চত্থুম চত্থুম শিম্বরকপত্থু ঐহাক উরম্মী; মহাক অসে ফত্রবা মীশক অমনি হায়না ঐনা থল্লম্মী; অমুকস্থু মহাক্কী মথাদা চঙজত্থুনা ঐবু ঙাকপীয়ু হায়জনীংলম্মী তৌগুম্বস্থুং চিন থোকনা ব্রা অমত্তা হায়জবা ঙমলমদে। ঐগী থম্মোয়গী নুংঙাইতবা রাখল মহাকপু উরুবগা হেন্না অহোয় হেঙ্গংলম্মী; ঐহাক খোঞ্জেল থোক্না কপলম্মী।

ঙাইহাক লৈরগা তাদনা ঐবু অস্থুন্না থেমজিল্লম্মী, "মুমিদাং অসিদা করিগী কপলিবনো, ইকাইদ্রবরা নহাকপু ? ঐহাক চাক কয়া চানীংদত্থুনা তৌবনি, নংনা য়াদ্রগা চামিম্মরসি লাকও !"

ঐবু খুং পায়ত্থুনা চিংশিল্লম্মী। অশাওবনা ঙম্মুরবা, নীংঙমদবনা অমুকস্থু হেন্না মৈচাক ফনা চাকলুরবা ঐগী পুকনীং হকচাং, মহাক্না ঐগী খুজেং পায়রকপমক্তদা কয়ন্না মাঙখিবা খঙদৌদে, ঐহাক কপলি-ব্রা হায়বা ফাওবা খঙহোদ্রে; মাগী মতুং ইন্দুনা চাক্লকপানদা ফম্মীম্বরে। য়ামখিদ্রবা ইথত্তমক চাবমকস্থু চকম ফারোইহোবা চাক-লুক অত্থুদগী চখোম অমা অনীদং চাক্লবতদা ঐগী ল'ম্নবা পুক ইথন থনখিরম্মী, পোকপদগী চাক্কী মহাও খঙখিদ্রিবগুম ঐগী পুক ইংলম্মী।

চাক-চা তোক্লবদা ঐনা তক্লরম্মী, "ঐস্থু হয়েংদগী নহাক্কী নতুং

ইনগনি।"

"য়ুমদি কনানা শঙহৌগনি?"

"করিস্থ লৈতবা য়ুম অসিদা কনানা করি ভৌরগদগে?"

"ইমা ইপা শরুবী, পোকপদগী ঐখোয়বু কোল্লরুবী ঐখোয়গী ইবোকনি। মহাক্না থনম্বা, ফিজেৎ ফিগাই ওইরবস্থ সনা-লুপা মণি-মুক্তাদগী হেন্না মমল য়াম্লবনি, মহাক অসুমক শঙহুনা লৈহৌ। হয়েংদগীদি ঐনা নপুক থম্নবা হোৎনগনি।"

"ঐদি হায়রিবা অসিনি, হয়েংদগীদি থবকশুবা চৎলগনি; ঐহাক শোয়দনা চংকনি"

মহাক অমুক মখা তানা খুমলমদে, ঐগী রাহু য়াবীরবমাল্লে। মহু খল্লুরগা মুংঙাইবা রাথল অমা ফাউরকলম্মী, লুখুমদা য়াল্লিবা তৌদিহু পায়হুনা মাঙ্গোন্দ থোক্লম্মী, মাঙ্গোলগী চুরীতাফমদা খোঙ য়াম্থরগা খোংহুনা শান্নরম্মী। ফনা য়াম্না কুইরগা তাদনা কৌরকুনা ঐখোয় অনীমক ফম্মুংদা চঙখিন্নরম্মী। মহাক্তি হেক তাখিবগা ঘুম-থখিরম্মী, ঐদি মাং উইশিনবা য়ারমদে মাঙঙুরবা রাথল কয়ামুক পুকনীংগী মচি মচাদা অমগা অমগা লোনশিন্নহুনা নোংমুংশিংকী মতৌশুন্না শাফু কন্না অমগা অমগা থাইদাক্লফম খঙদনা হৌরক্লম্মী। খুনগী ইমান্নবশিংগী মমা মপা কয়া কয়া ঐগী ইমাংদা মথং মথং লাক্লম্মী অমুক অমুক মাঙলম্মী, কোরৌ নোঙ্গাপ্রবী ইবোকী শকফম, মহাক্না হরাও হরাও কোনবীখিবা, করিগুম্বদা চৈশু পায়হুনা কোইতান তানখিবা ঙম্না উরম্মী।

মুমিদাং অহু ফনা য়াম্না থেঙলমগনি, মং-ওই হা-ওই ঐখোয়বু কৌবগুবা অমা তাবি-অমুক অনীমক। ঐবা নিং পাংখোক্তুনা নাকোং

থাঙ্গত্রুনা তাক্লবদা “হন্থবী শিগৈসনহৃগী শন অহুনিনে” হায়বানা তাখিরম্মী। ঐনা তফিং তফিংনা তাদবু হৌদোকলম্লগা থোং হাং-দোক্লুনা মপাল্লোমদা চেস্থোকসম্মী; ঐনা তাখিবা রাকম অহুমক অমুকস্থ তারম্মী, ঐথোয় অনীবু হম্না হম্না লাকনা লাক-না অহিংগী অচিকপহু থুগায়হুনা কৌরক্লম্মী; অরাংগী থংনবা ইমুং অদোমদগীনি। কৌরিবা অহু ঐথোয় তাদা তারমগদা তারিরোইদা খঙদে মাবু অমুস কৌরুবস্থ তৌরুদে; ঐহাক ইথন্তা ইখোল লোম্নবহু তাম্না চেনশিল্লম্মী। ঐনা চেনশিনখিবদা শন অনথক কোইতান তাম্নবা, মপাদা চৈনা ফুবী শেং শেং লাউবা শাফু কল্লবা চৈফু অমা তারম্মী, অফু খুদিংমক্তা ঐহাক ইশাদা ফুবগুম্না খংপ্রেক খংপ্রেক থংলম্মী। অমম্বা অহুনা ঐহাক থোঙ থাভন খঙদনবৈ চেনশিল্লুবনি, তেম্প কী লৈহঙ্গ য় মরক্তা অমুক অনীরক তুশিল্লম্মী। থারিশা শম্বল মনাক য়োবদা শম্না ঐথোয়গী ইঙ্খাল অসোমদা চোংশিল্লকপগী শউন তারম্মী। অমম্বদা মহাক মমাংগী শঙ্গোন, তুরোয় ঙাংক্লোইরবা অদোমদা তপ্না তপ্না চঙশিনখিবা উরম্মী, ঐস্থ মাগী মতুং ইন্দুনা চংলম্মী। শঙ্গনগী চিথেক অমদা মহাক তপ্না চঙশিনখ্রে। তাঞ্জা অসিমক্তদা তাদনা পোদোন থাউনৈ অমা মখুৎনা খল্লহুনা থোরক্লম্মী। ঐথোয় অনীনা শঙ্গোন্দা চঙশিনমিন্নরবদা তাদনা হায়রম্মী, “কমদৌনা লাকশিবনো?” মহাক্না চঙশিনখিদুনা শন অহুবু নানবীরম্মী, অমুক হায়রম্মী, “হয়েং নোংঙাল্লগা খিল্লুবা হায়বহুনি। অহিং অশিদি অম্নমক লৈজরসম্থ।”

ঐথোয় অনীমক ইমুংদা চঙমিন্নরক্লে। ঐন হংলম্মী, “করিগীনো মহাক্না অসিদা লাকইসিবো?”

"হাল্লা ঐখোয়গী অসিদা লৈরম্বতুদা তৌরিবনি, শা-ঙা হায়বা অমুক লৈতে। মাগী হৌরকফম চাওরকফম কাওবা ইঙম ঙমদমাল্লে।"

"অদুদি ঐহাক রামা হঙ্গে!"

"করিনো?"

"নহাক কাওরব্রা, ইবোক শিদ্রিঙৈদা নোংমা মুমিদাং অমা ঐখোয়গী অসিদা শন অঙাংবী অমা চেল্লকখি।"

"উম কাউদ্রি।"

"মতুম্ম ঐখোয়গী অসিদা হাল্লা লৈরম্বরা?"

"মহাক মরক মরক্ত চেল্লকপা থেঙনখি। করিগী চেল্লকপনো হায়বদি খঙদে।"

"নহাক শনতু মুংশিদ্রা?"

"মুংশি।"

"ইবোক্তা মাগী রারী রাখোঙ থক হংহৌদ্রা?"

"ঐখোয়গী নত্তে হায়।"

"ঐখোয়গী নত্তে হায়বা?"

অদুদি মহাক করিগী অসিদা লাকইবা? —

ঙসি চেল্লকইবা শন অসি ঐখোয়গীনি, অহানবদা ঐখোয়গী ওইরম্মী, ইবোক্তী অরা-অনা খ:ঙবদা চঙথিবা শেন শকুনা লৌথিবনি হায়রবদায়, অদুনা মহাক মানা হাল্লা লৈরম্বা মফমদু থিরকপনি হায়রবদায়?"

"উম্— "

"অদু ওইরবদি শন অঙাংবী অদুস্থ নোংমা ঐখোয়গী ওইরমগনি।"

"ওইরম্বা য়াই; অদুবু করি তৌনগনি?"

'ঐদি শন অদু ওম্মোক্লা পামজগ্রে, হন্দক অমুক লাক্লবদিনে,

ঐখোয়গী অসিদা অহূম থমগনি ঐদি।"

"মীগী শন্নি অতুম্না তৌ-লাকনু—

নহানসু ইবোক্না মাম্ম চাওয়াইমাবু থিলহনখিবদো !"

"হন্দক্কি তাক্লগুমসি। কনামত্তা খঙহল্লগুমসি।"

"মীগী মপু লৈবা পোৎপু কদায়দগী য়াগদগে, ঐখোয়না তাক-উত্রবসু মপুনা থিরক্কনি। ঐখোয়বু হুরানবনি হায়তুনা ফাগনি।"

পোদোন থাউমৈ মুৎশ্রতুনা ঐখোয় অনীমক কম্মুংদা অমুক চঙমিন্নরে। ঐগী পুক্কিংদা খল্লিবা রাখল পুন্নমক তেংনা হায়দোক্লুদে। শেগায়রবা য়ুমগী অকোয়বদা কৌজেং-হারৌনা অমগা অমগা শৈদম্নরি; নোং-ফাদোক করিগুম্বদা মতাং চাদনা য়াকায়রুবা ঐগুম্বনা মখোয়গী শৈশক তাবসিমঙায়, কনানবু কৌজেং-হারৌগী শৈশক অসিবু তানীং-লমগনি। মখোয়না থম্মোয় শোক্না খোংলি-লাউরিবা অসিবু তাবী-নীংঙায় লৈত্রবা তাইবংপান অসিদা করিবু কান্নরি, অতাবা মাগী মাগী থম্মোয়দা ফাউরমগদবা মঙায় !

তাবীনীংঙায় কনা লৈত্রবা মখোয়গী অমত্তা ঙায়রবা ভাবুক ওইতুনা অহিংগী অরোইবা শরুক্তু লেনখিরম্মী, করিনো হায়বা অমত্তবু লৌশিনহৌদে। কোয়ৌ খোঙদারক্লিবৈ, অহিংগী চেক্লাশিংনসু য়াকুমখিবদা মঙায়রিবৈ তাঙ্গাদা ঐখোয় তাদসু মিকপ থোক্লক্লম্মী। হুমিদাং শঙ্গোন্দা য়ারেকহৌবা শন অহু খিন্দোকলুখিগে চৎখিরম্মী। মহাক্না চৎথ্রিবৈ অসিদা তাদগী মতুং ইন্দুনা চৎনবগী ঐহাক শেম শাবা লোইতুনা মহাক্না হল্লকপা ঙাইরম্মী। চান-থক্লবা শেম শাগৎলম্মী। মহাক্না লাক্লগা ঐনা চৎকদৌবগী শেম শাবতু উবদা চৎকনু হায়না ফনা য়াম্না থামলম্মী।

"নহাক নৈহৌ হায়বসি ময়াদ্‌বরা ?"

"ঐহাক চংকনি।"

"ঐনা চগুহুনা তোক্লবদি।"

"ঐবু নহাক্না অস্নুক য়াম্না পুনীংদি্‌বা করিগীনো ?"

"ঐ বা হায়গে, নহাক অঙাং খরা ওইমল্লি, হোরেল য়াম্না য়াগনি হায়বনি।"

"ইবোক নৈরিঙৈদা ঐহাক লৌরাংশুরম্মী মতম অহুদদি অঙাং ওইদবরা ? হৌজিক করিগী ঐহাক থবক শুরোইদৌরিবনো ?"

"লৌরাং শুবা ওইরবদি ঐনা করিগী পুরোইদৌরিবনো ?"

"ঐবু পুবীয়ু তাদা। থবকী থবক অক্মানি।"

ঐনা শিরগেমখৈ মখাংলবদা তাদগা ঐগা থবক শুরা থোকমিল্লরক্লে। খুনগী কাংজেবুং শম্লগা মনিংপাংবরোমদা কুমথমিল্লরক্লগা মহৌশা খক য়ৌরুদি্‌বা অরাপ্পদুগী মাগী শকওং শক্তম লাক্ত্‌না, শুকনা মম্না তামথ্রিবা অশংবা চৌংগী মায়কৈ পাংলম্মী। উনা উনা খুনগী চরাংনবা পুম্নমক তুংওই থনমহুনা মখং মথং অস্নুম চঙশিল্লকপনা চৌংগী চৌংখোঙ, চৌংখোঙদগী পীক্লরা খুরবা লম্মী মতুং ইন্দুনা চৌংথক্লম কায়ম্মী, অস্নুম অস্নুম কাখৎলম্মী। অঙম্বা, অরোংবা চৌংমায়থক য়ৌরকপদা খোঙ অনীমক অমুক্তা মপুং ফানা তিংখোকচগে হায়বা ওন্নমদে; চনীং তানা হোঞ্জবা ফংদ্‌বা শ্বরনা অস্নুম অস্নুম ফুইরক্লম্মী, মরক মরক্তা মাংদা চংলিবা ঐগী ইয়াম্বনা অমুক অমুক য়েংখোক্লকই, ঐনা রাদশিল্ল শাহুনা মাগী মতুং ইল্লম্মী। অকোয়বা নারক শিংলক্তা হায়ভম খঙদ্‌বা য়াক্লবা 'নীং নীং' হায়না ঙুং ঙুং ঙংবগুম্বা অমনা ঐখোয় অনীবু খোঙথাং খুদিংগী ইল্লবগুম তারম্মী; য়েংখি য়েংখিবদা

শক খঙদ্রিবা উপাল্ল রাপান্না নোংমদোন তেমশিংনরম্মী, ঐগী চোক-থরবা হককচাংদা, অতোওবা চৈংমায়থক অসিদা পুখৎলকপগী চদৎনবা খরগী তেংবাংবা ওইনা মুংশিংকী শউম লাংলম্মী; মীগী মীনিল উচেক রায়াগী চে-চা অমা ফাওবা তাখিদ্রে; হেন্ন হেন্ন চঙশিল্লক্লগা কোরৌ ওমদায়নদ্রিবা অচিক অশা থায়দ্রবা লমদম অমা ওইনা উরক্লম্মী। কদায়দুনো চৎলিবহু ?

খঙহৌদনা য়োরক্লয়ে, অতেম্বা লম অম। পাকচাওরবা লমহাং ওইনা তৌই; চাওর-চাওরবা উগী মপৈ মপৈনা শামু লমশান কুন-বওয়া শাংনা শাংনা তারম্মী: অসুম য়েংখিবদা শঙ মচা অমা অনী উরম্মী, মীগী মীনিল তারম্মী। মফম অসি হেক য়োরকপদা তাদনা অমুক্তুং হংলম্মী, "রাদ্রা নংবো ?" ঐহাক পাউথুম পীরমদে, খর অমুক্তুং হোন্দোক্লবা লাক্লরুবা তাঙাগা চান্নরুবননি। ঐখোয়না চঙশিনখিবদা শঙ অমদগী অহল অমা থোক্লকুনা ঐখোয় অনীবু উরকপদা ঐবু য়েংলগা কনানো হায়তুনা হংখীরম্মী। তাদনা ঐগী ইনাওনি হায়না খুম্নবদা মহাক্না করিগী পুরক্লিবনো হায়না অমুকহু হংলম্মী। ঐনা খুম্নম্মী, "থবক শুবা য়াওগে হায়তুনা লাকইবনি।" ঐগী ইচংথৌবা মতৌ অতুনরা খঙদে মহাক্না মুন্না য়েংলগা "উম মপামচা ওইনা পোক্লবদি নুপাগী থৌদাং পাংথোক্কদবনি" হায়না হরাও হরাও তাকশীরম্মী। তাদনা চঙশিনখিতুনা শঙ অতুদগী শীংজং অমা লৌথোক্লুরে, মফি মরোল তাখতুনা তুরিবা উজাও অমগী মনাক তান্না চঙশিনগ্রে; ঐহু মাগী মতুং ইন্দুনা চঙলম্মী। ঐঙোন্দা রা অমুক হায়রমদনা উ অতু থায়বা য়ানবা হৌগৎগ্রে, ঐনা লেপ্তুনা মাগী মতৌহু য়েংলম্মী। য়েংলিঙৈ অসিদা অহল

অহুনা ঐগী ইনাক্তা চঙলক্তুনা ঐঙোন্দা শীংজ অমগা পীরম্মী; মতু উৱগা তাদনা হায়রম্মী, "মহাক খায়বা হৈরোই পীবীরুম্নু।" অওইবমক শিং-থায় উথায়বগী থবক্তি তৌরুম্রিমক্লি, ঐস্নু ঙাইহাক ঙকচানরম্মী; অহুবু খুদক্তা থুং তিংথোক্লম্মী। মুপা অহুনা তাদরোমদা য়েংলগা চঙক্লবগুম লেপ্লা উবদা ঐনা চঙশিন্দুনা শীংজংতু লৌরম্মী। লৌরগতা তোকলমদে নাক্তা তারিবা উকং অমা তম্না চঙশিল্লম্মী, তারম্লিবা শিংঙাইবাকশিং অতুগী মরক্তগী অমা থল্লগা শিং-থায়বা হৌগৎলম্মী। পাক্লবা য়োংকী শীংজংনি ওস্থোক্লা লুম্মি, হাইগৎলগা থাদবদা হকচাং অসি মাংলোমদা ইখঙ থঙহৌদনা থিক্তং ঙামথখিবগুম তৌরম্মী, শীংজংনা ঐবু থরা ভম্রপ তৌবননি। ঐনা অহানবা শীংজং হাইথরগা মাংনা ওম্নপ তৌখিবগী ফিরেপ্তু ঐখোয় তাদনা উখিমাল্লে, মহাক্লা লাউরক্লম্মী, "এঃ এঃ নখোঙ শোক্তুনা তোক্লরনি, ঐগী ফিরেপসি য়েংউ।" মহাক্লা ঐবু য়েংজসম্নু হায়তুনা মাগী ফিরেপ্লচিংবা তাক্তুনা শীংজং হাইগংলি, তপ্লা অমুক থাদে। মহাক্লা হরাও হরাও মাগী ফিরেপ চাকলেপ, শীংজং মহাইগৎ, শীং মথায় অতু তাকপীরকপদা থঙহৌ থঙহৌদ্রবা তরায়থোক হৈরগনি হায়বমা হেক্তা নীংলম্মী, করম্না অতুক খুংলৈ য়াঙনা থাজখিবা হায়ভন থঙদে। ঐহাক শীং থায়বা হেক্তা হৌগৎলম্মী; অসিগুম্বা ফিরেপ্তা লেপ্লগা, অসিগুম্বা খুৎ-মহাই অসিনা, ঐগী পাঙ্গল থোকই হায়বা মশানা মতোমতা তাকচর-কপগুম্মী; মাগী থঙহন্নীংবা মথরায় য়াওবা থুত্তাক অহুনবু ওইরিগদ্রা। অনীরক, অহুমলক, মরীরক, শীংজং থারম্মী, ঐনা অমুকা য়েংথোক-লুবদা মহাক্লা ঐবু মুন্না য়েংহুনা ইঙক ঙক্লা লৈবা উরম্মী, ঐস্নু হরাও হরাও নোকলম্মী, পুকনীং লুম্বগী মিনোকনি। মমৈ কাইনথংদদি

তাকউবা হৌনরুবা য়াওদনা ঐহাক শীং খায়গৎলম্মী; মহাক্না পোত্থাবো হায়রক্লবতদা ঐহাক শীং খায়বদু তোকলম্মী।

মুমিদাংব্রাই কোরৌহনবনা লৈথরকপদা চীঙ্গোন মমুংদু ইঙান ঙাম্মোকপগুম উরম্মী। মতম অদুদা ঐখোয় অনী থবক থারম্মী। চিঙৈনা ঐখোয়গী অমুমম্নি হায়দুনা তাদনা লৌরুবে; ঐখোয় অনীমক তুংথা-মাংথা চীঙ্গোন অদুদগী মথং মথং চীংবা তম্না কুম্নকপদা হাম্না কান্নকপদা চঙথিবা মতমগী তখায়ফাওবা চঙদনা চীংখোঙ ফংলম্মী। কাংচুপ চীংখোঙদগী অচা অথক্লচিংবা তীকউরগা অফংবা থন্না পুদুনা ঐখোয়গী থুন য়েনবা পরপ পরপ লাকমিন্নরম্মী।

নুম য়েৌরক্লবদা অশাই শুরু নোম্মুবগী অরাবা পুম্নমক্তু নৌনা নীংশিংলম্মী, হকচাং পুম্নমক পুমচোক চোকথরম্মী। অমুকসু মুংঙাই-রম্মী, অসিগুম্বা অরাবগী শরুক তাদগী মফমদগী ঐগী ওইনা মচেৎ থন্না য়াজবা ঙমলে হায়না খল্লুদুনা। কোরৌ মুমিৎ শিংবুম কয়ানি ইবোক্না লৈতৈঙদগী মহাক মথম্তনা পুরক্লবনি অসিগুম্বা অরাবগী পোৎলুম; হৌজিক্তি ঐগীসু ঐনা ঙম্বা শরুক য়াদুনা মাগী মতেং পাংলগনি খল্লম্মী। অসিনা ওইরে ঐখোয়বু য়োকপী থাকপীরম্বী. অহল মতম ওইরবী ইবোক্না 'তনগমু, লাইরিক্লমু, নোম্মু-চৎলু' হায়দুনা নোংঙান-পাবারকপদগী ঐখোয়গী থুৎ পায়দুনা তাকপীরম্বা। অম্মুম্না শু চত্তুনা মুমিৎ কয়ানিমুক হৌথিরম্মী।

খঙহৌ-উহৌদনা হৌথিবা মতম্না মথং মথং চৎখিদুনা লৌ-তানবগী মতম য়েৌরক্লম্মী। কুম খুদিংগী ইবোক্না লৈরিতৈদা ঐখোয় ইচিন-ইনাওনা লৌতাথিবা লৌবুক, কুম অদুদদি লৌতাবা য়ারমদে। ঐনা লৌতাবগী মতম লাক্লবদা মহৌশাগুম শেম শারসি হায়রুবদা তাদনা

অস্নুম্না খঙহনবী,“কুমশিদি লৌকম অতু ঐখোয়দগী শক্তোকপ্রে; অতোপ্পা অমদা শিন্নপ্রে হায়তুনা শ্রীপঞ্চমী মমাংদা হায়দোক্লম্বতু নহাক কাউরব্রা ?” :নাংমা খুনগী খুল্লাকপনচিংবগী মমাংদা অহল অমনা অস্নুম্না হায়খিবা অমদি তাখিবগুম নীংশিংলি । তৌইগুম্বসুং মতুগী অর্থ ঐহাক খঙলমদে, লৌকম অতু ঐখোয়গীনি, ঐখোয়না কুম কুম খুদিংগী লৌতাতুনা লাকখিবা, কুম অতুদসু ঐখোয়না অতুম তাকুগনি থাজরম্মী । তাদগী ৱাতু তাবদা ঐহাক পুমণক ভক্লম্মী। ঐনা হঙঙ্ বদা মহাক্না লৌ অতু মীগীনি ঐখোয়গী নত্তে, ঐখোয়না শান্দুনা উবনি হায়না তাকপীরম্মী । কুম খুদিংগীদি শানবা য়ারগা কুম অতুদনা করিগী শানবা য়ারোইদৌবনো ? ৱাফম অসি ঐগী ইয়াম্বনা তাকপীবা ঙমলমদে । ঐনা হায়রম্মী, “লৌ উত্রবদি ঐখোয়গী চানবা যৌ কদায়দগী লৌরুনি ? লৌ উরিঙৈমক্তদা চানীংভায় লৈত্রিবনি ঐখোয়দি ।” মহাক্না ভাইহাক খল্লগা অস্নুম্না খুম্নম্মী, “ঐখোয়না শু-নোম্নগা চারিবসি মঙায়দনা ।”

ঐনা, থাজরম্মী ঐখোয়গীনি হায়বা পুম্নমক হবোক্লা চংাখবগা অতুমক চৎখ্রবোইরে। অতুম্নদি ওইরগা ঐগী পুক্লিংদা ৱাফম অতু ইপেন পেনবা ঙমলমদে—ঐখোয়সু মী ওইতুনা, মীগুম্না শুনোমতুনা হিংলিবনি, করিগীদমক লৌ অসি শৎকম থোকপগে ; ৱাফম অসি মতম পুম্নমক্তা খল্লম্মী। ৱাযম অসি খুনগী খুল্লোন লৈরোম্নবদা তারিবা ইপা-ইপম শকপশিং, ইরেং-ইমান্নবশিংনা মাগী মাগী শমোক-লাঙ্গোন পুথোক্লতুনা লৌকুম্নখিবা উরুরগা ইমৌ নৌতুনতা মরৈরম্মী। অওইবমক লৌউ-শিংউদবা মতমদফাও কৌবাক-কাওথুম তান্দুনা, পেরুক পেদাই থিতুনা চাজখিবা অতুগুম্বা লৌবুকনি ;

মাগী মতম্বাক্কী খোকখিব। কৌগী মরু মরুনা ইচিম-ইনাও ঐখোয়গী পাঙ্গল চাওখ্রবনিকো হায়বসি মুমিৎ থুদিং থুন্দগী ঐখোয় তাদগা থবক শুবা চৎকে হেক হেক খোকলকপগা নীংশিংদবা শুকভম ভম্নদে। তাদগী পুক্নিংদদি করি হায়না খল্লিগদগে? অসি ফাওবদি উরম্মী মহাকম্বু গৌবুক অতুবু উরগা মায়খোং লুক্করুনা হেক হেক চৎলম্মী।

নোংমদি ঐখোয় তাদনা ঐখোয়গী চান-থরুবা লাংতুনা লৈরি-ভৈগীদা ঐহাক লৌবুক অতু তান্না চৎলম্মী, লৌফম অতুদা ঐখোয় খুনগী চাওম্বু মপামচানা লৌ তারম্বা উরতুনা মখোয়গী মনাক্তা চঙশিন্দুনা ঐনা হংলম্মী,

"ইপন লৌফম অসি ঐখোয় তাদগা ঐগনা ইবোক লৈরিভৈদগী হেক হেক ফাৎলম্মী অতুবু কুমশিদি ঐখোয়বু ফাংপা য়াব্রে হায় হায়রে। করিগীনো হায়বা খভব্রা?"

চাওনুপানা য়াম্না শাংনা থুমলম্মী,

"নংগী করি নশিন লৈতুনা থিরিবনো, মীগী অম্বুক য়বা লৌফম অসি নখোয় নচিন-ননাওগী শিন্দমকম লৌবুক্রা? নবোক অতুনা লৈরিভৈদবু মীগী মখোং মথুৎ থরা পায়জা চৎচবগী উজরম্বনি। লাইরবনা অয়ুক চারগা নুমিদাং হেনবা নখোয়দবু কনানা লৌ শান্নীংগদগে? নংনা হায়রিবু ঐখোয়বু লৌকুন্না য়াদে হায়গে হায়রিব্রা?"

"ঐদি কৈম্বু হায়দেনা ইপন, হংবতনি চুম্না, ইপম্না অতুপ শাও-রিবু ইপন্না হায়জিন্দুনা ঐখোয়দগী লৌ শৎহল্লুব্রা?" শাওনিংবদগী ঐম্বু অসুম্না হেক থুমলম্মী।

"হায় অভাং, মতোয়নরা নং, শমোক শাজৈসি চানীংব্রা?"

ঐঙোল্লোমদা শাজৈন্থ চিঙলহ্না শংত্রিক য়েংনা লৈরে; চাওম্নুস্থ শম্পোং খোইবা লেপ্লম্মী; ঐনা হায়রম্মী, "ঐদি করিগী শাজৈ চ'গদৌরিব্বা? ঐদি চুম্না থুনগী ইপা-ইপন ওইবগী হংবনি, ইপন্না ঐখোয় ইচিন-ইনাওবুত নত্তনা শিথ্‌বী ইবোকপু ফাওবা চৈরিবদি করিগীনো?"

মপা-মচা অনীমক শমপোং-ল'ঙ্গোন থনমহ্না লৌবুক্তগী ঐঙোল্লোম তম্না চঙশিল্লক্লম্মী। ঐস্থ ইবোকপু চৈথিবগী শাওনীংবনে, মখোয় অনী চঙহ্না ফুগে হায়রবস্থ ফুজখ্রসন্থ, ঐস্থ অঙম্বা অমৃক্তা ওইরবস্থ নথাহৌরগে হায়বসি চপ য়ুংলম্মী। তাঞ্জা অসিমক্তদা ঐখোয় তাদনা "কৈদৌনরে" হায়না তুংল্লোমদগী লাউরকপা তারম্মী। মিকুপ অমগী মতুংদা ঐগী নাক য়োৗরক্লম্মী। তাদগা ঐগা থাত্রাং লেপ্লহ্ন উরগা চাওনু-পানা হায়রম্মী,

"য়োং রারক থৌবাওদবা মচা, মচিন-মনাও খুং লীংহ্নাকা ঐখোয়না ফাংলিবা লৌবু মুনগে হায়রিনেসে!"

ফনা য়াম্না নক্করবদা ঐখোয় তাদনা হংলম্মী, "অঙাং অসিনা করি অকায়বা হায়রবগে ইপন?" "নচিন-ননাও তাম্নরগা ঐঙোন্দা 'মুকস্থ হংজবা শাই। নতীক লৈরগা চঙংকউ লৌফমসিদা!" মহাক চঙশিল্লম্বদগী লেপথ্রে, চাওম্রস্থ মপাগী নাক্তা ঐখোয়বু মুম্না য়েংহ্না লৈখ্রে। তাদনা ইশাও শাংগত্তনা অমুকস্থ হংলম্মী, "অহুবু ইপন রাহ্ন ঐস্থ অমুক্তা মতাংগ, মানা করি হায়ররবগে?" ঐনা থুমলম্মী, "ঐদি ইপনহোয়না লৌশাল্লি হায়— ঐখোয়দগী লৌ শংলিবহ্ন করিগীনি হায়বগে, থ্রঙত্রা হংবতনি। লৌগেস্থ হায়রুদে। ইপন্না ইবোকপুহ্নম মীগী মখোঙ মখুং পায়জ চংচহ্না উজরম্বনি

হৈক্তো মহায়।" তাদনা তাপ ওকলম্মী, "ঐখোয় ইবোকনা মীগী মখোঙ পায়দ্রনা লৌ উজগে হায়জৈ হায়বদি ইপনদি উহৌত্রা? অঙাংনা খঙদহ্রমা হায়রবস্থ ইবোকপুদি করিগী অত্থমা চৈবীরি। ঐখোয় লাইরৈ মংই হায়বদি চুম্মী, মীগী মখোঙমক্তি পায়রক্তে। ঐখোয়বু চৈবদি য়াই ইবোকপুদি অত্থমা চৈবীগম্থ, ঐখোয় লৈরি হায়বসি খঙত্রা?"

"মীগী পৈশা মথৈ তোনশিন্দুনা শিগ্রবী মবেন অদো—" খুনগী অহল অম'নি য়ৌরক্তুনা "করি তৌনরবগে" হায়দ্রনা ঐখোয়গী নাক্তা চঙলক্সী। ঐখোয় তাদনা রাফম অতু তম্মুবদা মখোয়না অহল অতুবু অঙাংগা মাম্নৈ, করিগী অহল অতুগী রা পুখোক্তুনা ঙাংইবনো হায়তুনা চৈহংলম্মীঃ ঐখোয়বুস্থ চংলো হায়দ্রনা তাকপীরম্মী। তাদনা রা অস্থম ডাংলম্বদগী মশাপুম্না চেংথৈবগুম মীকলিহ্র ঐহাক উরম্মী ; ঐস্থ ময়েক শেংনা লাউখিবা "মীগী পৈশা মথৈ তোনশিন্দুনা শিগ্রবী মবেন" হায়বহ্র তাহ্নতা মরৈরম্মী। অহল-লমন ময়াম্না চংলো তাল্লবদা ইচিন-ইনাওমক য়ুমদা হল্লক্সী।

নোংমহ্রমা পুংফম হেন্নে হায়তুনা ঐখোয় অনীমক থবক শুবা চংলমদে। পীক্রবা শেগায়রবা য়ুম অহ্নগী মস্থংদা ঐখোয় অনীদা তুমিন তুমিন ফম্নবস্বদগী ঐখোয় তাদনা হৌদোক্লম্মী, "ঐনা নংবু চখোক্তস্থ, য়াবমথৈ মীরক তিল্লুখিহ্র হায়বা মংনা থক য়াদেঃ করি-থোক্লে ঐখোয় ইহাকককী শিখ্রবী ইবেন অহ্নবু পুখোক্তুনা চৈবহ্র নহাক স্থংঙাইত্রা?" ঐহাক পাউখুম অমত্তা পীবা ওল্লমদে। অমুকস্থ, "ঐখোয় মুপামচা ঙাক্তনি—শু-নোমতুনা ঐখোয়গী ইপুক থম্নবা হোৎন'স্থমঙায়, লৌ উত্রবদি চানীংঙাই লৈরোই নীঙত্রা নহাক্লা

লৌফম অদুদা চত্তুনা মখোয়গা বা ভাংনরুববো ? করিস্থ চিংনগনু।
লায়রবা অনংবা হায়বসিবু নুংশিবা বনা অংন্তা লৈতবনি।"

ঐহাক পাউখুম অমত্তা পীরমদে, মহাক্না হায়রিবদু অচুম্বনি।
নোংমত্থমা চারম থক্লম খঙদনা, চথোক-খোক্তোকলুদনা অদুমক
লেনমিন্নরম্মী। মথংগী নুমিত্তগী ঐখোয়গী থবক শুকম তান্না চত্তুনা
মহৌশাগুম থবক শুবুম্মী। মথং নুমিৎ কয়ানিমরুম লৈরগা ঐখোয়
তাদনা অম্মুন্না খঙহল্লম্মী, "ঐখোয় হয়েংদগীদি ঐখোয়গী থবক
শুবদু লেপথিবা তারি।" ঐনা করিগীনো হংবদা, "হৌজিক লৌউ
শিংউবা মতমগা ওইবনে, নোংচিংগা তাবনে, শীংফম অদুদা থবক
শুবা মী পুন্নমক লৌ উনবা হোৎনরুখিনি হায়, থবক লেপ্পগনি
হায়। ঐখোয়দনা শুরুবা য়াদে।" অম্মুন্না তাকপী। অদুদি
হয়েংদগী ঐখোয় করি শুগনি, করম্না ঐখোয়গী পুক থন্নবা হোৎন-
গনি ? মসিগী মরিদা তাদনা করিমত্তা খঙহল্লমদে, ঐনস্থ হংলমদে।
নোং চুবস্থ হৌজিক্তা মহৌগৎলক্লি, লৌ শুবস্থ ঙরাংদা মঙায়খ্রি,
নোংনা লেপত্রিফাউ ঐখোয়গী থবক লেপ্পা তারবা, অকিবগী মশক্লি !

তাদনা অম্মুন্না থেম্জিল্লম্মী—"ঐহাক হয়েং অসে থবক অমা
চাথাকলুগে, নহাক য়ুমদগী হেন্দোক্লমগনু— চেংচাক ঙম্না লৈবনি,
থোং-থাকুনা চারম্মু।"

ঐনা, "কদায়দা চৎকদৌরিবা ?"

"থবক অমত্তং থিরুদবা য়াখ্রি, অদুগী চৎকদৌরিবনি।"
করি থবক্নো, কদায়রাইদনো, তাকপীরমদে। মথংগী নুমিত্তা ঐবু
ঙহানা হৌদোকন্নগা ঙরাং হায়বগুন্না মহাক অদুমক চৎখ্রে।
ইংতোমতা ঙায়হৌরবদা চৎখ্রবা পুন্সিগী রাফম কয়ামরুম থম্মোয়নুংদা

মথং মথং হন্দুনা চেল্লক্লম্মী, মং-হাদা থোকখিবগুম হৌখিবা ঙাক্কি। শুক্লবা পুন্সিগী উম্নুংদা, মায়কৈ মরীমক্তা মমহুনা লৈখ্রবা রাফম 'ঐথোয় কনানো' হায়বা অমা মুনিং অতুদা কদোমদগী হৌরকপা ঈহৌনো খঙদনা, থম্মোয় ঈপাকথক্তা হৌরক্লম্মী। ঙাইহাক অতুদা খঙনীংলকপনা ঙায়ঙম্লক্তে। লাইরৈপাক তানখ্রবী ইবেম্মা তাকপীরম্মী, ঐথোয়বু পোকপী ইমা, মপুন্সিগী অঙনবা তনৌ তনৌবা মতাংদা ঐথোয়বু হুন্দোকপীরম্মী, অতুগা পাবদি, পাবনা অমুক হন্না লাক্ল-রোই চংখি। মহাকসু শিগ্রবরা, করম্না চংখ্রিবা থোংচংনো, শিথ্রবদি ইমাগুম্না শিখ্রে হায়না ইবোক্না তাকপীরমখ্রিবা করিগীনো? ঐথোয় তাদনা চংফম থুংফম খঙদনা চংখ্রিবসিবু পাবগী মনাক্তরা? থুন অসিদা মসিগী রারী রাখোঙ খঙবা মীসিবু ইরৈমক লৈরম্মোইদ্রা। মমলবা, শুক্লবা, উম্নুংদা লম্মাংনরবা তাঞ্জাদা, অথাপ্পদা মুংলি মুংলি থানবা থাউমৈ, অকনবা নুংশিংনা হুপ্পদা, মৈরী অহুনা অমুক অমুক মাঙখিদৌগুম ফর ফর হায়হুনা থাঙলিবহু উরগা, থাউমৈগী মৈঙান তম্না, মুংশিংকী মমাং থানা, চেনশিন্নীংবগুম ঐগী মমলবা থম্মোয়মুং সিদা পীক্লবা তনীক তনীক্লবা মঙান-মশেক অমা ফাউরিবগুম তৌরম্মী; ঐনা থাজরম্মী অরাপ্পদা মৈঙান অমা উরিবসি নঙ্গনে! পীক্লবা ইমুং অতুদগী ঐহাক মপাল্লোমদা থোলকক্লম্মী, তাইবংপান পুম্ববু মঙাল পীনবীরম্বা কোরৌহনবনা নোংচুপ চীংমায় তমগ্রবা, উতোল-রাতোল লোমলবা অতু ফাওবদা মালং অতিয়া মকোয়দা কোরৌহনবা কারক্লত্রা য়েংলম্মী। ঐহাক খুদক অতুমক্তদা মফম অতুদগী থোক্লক্লম্মী—খুনগী শঞ্জাবুং ফাওহুনা মথা পাংনা অম্নুম অম্নুম চংথরম্মী। কনা থোইদোকপমা উরমদে। অম্নুম চংথরক্লুনা

খুনগী অয়োইবা চিদায় য়ৌশিল্লক্লম্মী। মতম অহুমক্তদা তুংলৈমদগী কৌরকপমা তারম্মী "হো নীংথেম।" হন্না য়েংথোকখিবদা লৌ কুম্মুবদগী কারকপা, লৈথোম লৈনাং তৈরবা, মুপা অমনা লৌবুক্তগী কৌরকপহু উরম্মী। লম্নগা খরা তামখিবগা, মশাদা লৈথোম লৈনাংগা তৈবগা, কোক্তা কোকশেং শেংলিবহুনগা মুপা অহু কনানো হায়বা তাপ লাকশিনবা ওয়মদে। মানা কারকপা ওয়হনা লেপলম্মী। নক্তা নক্লরক্লবদা ঐহাক মীশক খঙলম্মী।

"কদায়দনোনে নহাকপো?"

"ঐহাক মাম্মবু থিরক্লিবনি।" অওইবমক্তি মাবু থিগে হায়না অতম্মনা লাকপদি নত্তে।

ঐবু থিরক্লিবা, করিগীনো?—

ওায়খো ঐনা তাবব্ কুমসিদি নখোয়না উরম্বা লৌহু চান্দমদা পীগ্রে হায় চুস্ত্র।?"

"চুম্মী মাম্ম।"

"অহুদি নচিন-ননাওদি করি ওরি?"

"চীংদা উ-খায়বগী থবক অমা ওরি।"

"হৌজিকপো?"

"ওরাং ফাওবা ওরুই। ওসিদগী লেপখিগনি হায়।"

"অহুদি করি ওবা তারি হৌজিক্তি?"

"ঐখোয় তাদনা থবক থিরুনি চৎখ্রি।"

"করিগীনো ঐবু থিরকইবদি? ঐশু নখোয়গা উন্নরগে খল্লম্মীবনি অহুদা নখোয়না নং-বহু উবদা হেক লাকপা ওমত্রবনি।"

"করিগীনেনে মাম্ম, ঐখোয়না লাইরবা অসিদা শেল-থুম পুগে

হায়রকনি হায়বগীরা ?"

"অত্থগীদি নখোয়না হায়রুনবু কৈদৌনি, ঐস্থ ওস্থোক্রা খুদোং রাইয়োং চাত্রবনা হায়বা !"

"মাস্মহোয়েস্থ নংবরনে ?"

"কুমশিদি ওস্থোক্রা রাইয়োং চাদ্রপোংনি। নহাক্তি খণ্ডলিদ্রা খণ্ডদে ইনেনা লৈরিঙৈদা লুপা খরা লৌথি। ইথোল অত্থ পম্ববনি, নচিন-ননাওনা খরা কোম্নবদি মাস্মনা খর-খিৎ পাস্মী।"

"ইবোক লৈরিঙৈদগী ?"

"উম নবোক্রা লৈরিঙৈদগী; নয়াম্বা খণ্ডলমগনি। খুনগী মী লোয়নবা খণ্ডবনি।"

"কয়ানিনা মাস্ম ?"

"লুপা চন্মাথক্তনি।"

ঐনা হংগে নীংলকপা রাফম হংথবা ওন্নমদে— হংলুনবা তাঙ্কা ফংখিদে। ওরাং নহাক্তা লৌবুক্তা 'মীগী শেন মথৈ তোনশিন্লুনা শিত্রবা' হায়বস্থ ইনৌ নৌনা নীংশিংহল্লি। অসিনরা ঐখোয় তাদনা ঐবু য়ুমদগী খোঙকাপ অমা চথোকস্থ হায়রিবা ? মাস্মনা অমুকস্থ হায়রম্মী,

"ঐদি নহাক্রা ঐবু উন্নগে লাকপনি হায়বত্থদা রা অসিগী ওইরিগত্রা হায়ত্থনা হরাওরুরেদা। লৈত-লাইরগী ওইরবদি মাস্মনা হায়রিবসিনি পাই অমা ইশাদা পক্রে।"

মথা তানা হংথগদবা কিরম্মী, হেম্না কনবা য়াওলবা ঈচেল অমনা খংগ্রবমকনি ঐগী রাখলগী ঈচেল।

"হোয় ঐস্থ মাস্মদা রা অমত্তা হংগে লাকপনি অত্থবু—"

"হোয়নে ইবুংঙো অত্থম তৌসিনে, য়াবমথৈ নোস্মু ঐস্থ

হোৎনরমখিগে।"

অসি হায়রগা মহাক হন্না ফাওবা য়েংলমদবমখৈ চখৎপ্রে; খামগে নীংনা নীংনা খাম্মুবা ভমখিদ্রে। ঐগী নামিবা ঈচেল অদু অনৌবা, খঙহৌদ্রবা, হান্নন শেমশাহৌদ্রবা, হৌজিক্তা ঈহৌরকপা চাংজৌ পায়বা ঈচেল অছুদা মশক মচু খঙদনা তীনপ্রে, খোং-লাউহুনা চেম্বপ্রে; ঐগী লেপ-পৌ চম্না থুমপ্রে, পুম্নমক তাউথোকপ্রে।

ঐগী পুক্নীংদা তথক-তথকপা, হিরম খুদিংদা ভায়ভমলক্কবনা ইভাও ভাওবগুম্বা অমা ফাওরম্মী। ঐখোয় তাদম্ব হল্লকপা মরৈখিদ্রে; ক্বাকখোং অহানবদগী খোঙ-শানথিবনি, কোয়্নৌহনবনা নোংচুপ চীংগী মরুমদা লৈথপ্রে, অম্ব ক্বাওবদা মহাক হল্লকখিদ্রে। করম্না ভায়গদবা ঐহাক খঙলমদে; খোম্লোংপান্দা খোকউই খুনগী শঞ্জাবুং য়োনা অমুক চৎলুই, ইমুংদা অমুক চঙভুই, অদু ফাওবদা হল্লকপা মরৈখিদ্রে। অকিবগী মশক ফংনা মন্নবা, হৌনশা মুশুক মুরবা অহিংগী শককম, অরা-হুকশোক লাংবগী অমুবা মায়হিংনা কুপলবনি, ঐগী মন্নবা রাখলগী মমিস্থ তাখ্রবনি, করম্না হল্লকদৌরিবা অসিগুম্বা অহিং অসিদা! থম্মোয়নুংদগী হৌরকপা খাম্বা ভমখিদ্রবা, তনীক তনীকপা খোঞ্জেল অমা তাইবং ফাওনা লাউখিরম্মী "তাদা" মশিং খঙদনা কৌরম্মী; মায়কৈ মরিদগী ঈথক হৌরক্লম্মী; অদুবু ঐগী ইয়াম্বদি হল্লক্রমদ্রি। মহাকস্থ ঐখোয় পাবদৌনা চৎখ্রবরা? মাদি লাকখিগনি হায়রম্বদাইনে। মহাক মীনম্বা খক ভাংখিদ্রি!

তাংলৌ মতাং কদায় য়ৌখ্রবা খঙভুদ্রে, মায়কৈ মরীমক ইচীক হুল্লম্মী, মীচিক মীরাউখোল তারমদ্রে। কায়নথংদা থাজদ্রবা খোঞ্জেল অমা তারম্মী, ঐহাক ফমলম্বদগী মং-হাগুম্না মায়কৈ অদোমদ চেনশিল্লম্মী। ঐহাক খোঞ্জেল থোক্না কপলম্মী।

"করি তৌরে ইয়াম্বা লাক্লে-নহে ?"

"নহাক হয়েং মখৈদি ঐবু ইতোমতা থম্বীরমগন্নু।"

"লাকও ! লাকও ! হেক হল্লকপা য়াদত্রুনা তৌরিবনি । চঙলসি লাকও !"

—ইমুংগী থাউমৈ চুখৎলমদ্রি, চুখৎপীরে।

"শীংয়েন লৌশিল্লুচো ঐহাক চাক থোঙ্গৎপীগে।"

—চাকথুমদা চঙখ্রে। ইঙক ঙক্লা মহাক্লা হংল্পী,

"নহাক অয়ুক্তা চাক চাদ্রবরা ?"

"চদ্রে।"

"কদায় চৎলুই ?"

—ঐহাক পাউখুম পীবা ঙমলমদে।

"কদায় চৎলুবগেনে ?"

"মাম্ম চাওয়াইমাহোয়দা।"

"করিগী ?"

"ব্রা অমা হঙ্গে চৎলুবনি, মহাক্লা ব্রা মা হায়রকই। ঐখোয় ইবোক্লা মাঙোন্দগী পৈশা পুথি হায়, চুস্ত্রা ?"

"চুম্মী; তংখায় অমদি শিংখ্রবনি।"

"মী পুম্নমক ঐখোয়বু উননীংদরে, ঐখোয় উন্নবা য়াদ্রবা মীগা চপ মান্নরে।"

"মাগী পৈশা শিংগনি। অঙাংদফাওবা!"

"অঙাং ওইরবস্থ ঐঙোন্দা অথঙবা পুম্নমক তাকপীয়ু। ঐবু খঙহনদবা করি লৈরিবগে ?"

"করি লৈগদগেনে নীংথেম !"

"ঐতাক থাজদে।"

"থাজদবত্তু হায়য়ু করিনো ?"

"শোয়দনা তাকপীগদ্রা ?"

"তাকনি হায়য়ু।"

"ইবোক্না হায়রম্মী, ঐখোয় পাবদি অমুক লাক্লরোই হায়না চৎখিবনি। কদায় চৎখিবনো ?"

"ঐঙোন্দসু ইবোক্না অত্থুম্মা হায়খি। করিগী চৎখিব্রা, কদায়দা চৎখিবা তাকপীরমদে।"

"অত্থুদি ঐখোয়গী অসিদ' চেল্লকখিবা শন অত্থু কদায়দগীনো ?"

"শন হায়বদি ?— শন অঙাংবী, অত্থুৈঙ মুমিদাং অমা চেল্লক্লম্বদো ? করিগীনো নহাক্না শন অত্থুবু অস্থুপ তোইনা হংলিবা ? মীগী নত্তুনা ঐখোয়গী ওইরম্বা হৌনদে। ঐখোয়গী ওইরবদবু ইবোক্না থিলহনখিবা হৌনব্রা ? হোয় ঐখোয়গীসু ওইরম্বা য়াই; ঐখোয় ইবোক লাইরবীনি হায়বা নহাক থঙলে। ঐখোয় অনীবু চাওননবা য়োক থাকপদা ঐখোয় ইবোক্না মীঙোন্দা য়োম্বোকলম্বা ওইরমগনি। নহাক্না অত্থু ফাওবা অত্থুপ লুনা থম্বরুরিবা করিগীনো ? ইবোক অদো লাইরবীনিনে। মাগী হায়ববু ঐখোয় অনীতনি। অত্থুগীরা নহাক্না মাম্মা চাওয়াইমাগীদা চৎলুরিবা ?"

"মানি অত্থুগী চৎলুবনি।"

"ইকাইদ্রবরা নহাকপো, ইবোকপু য়োনবা নব্রা ? অত্থুগুম্বা নত্ত নত্তবা রাত্থু থল্লুরগম্বু ঐখোয়গী হায়হবু ঐহাকীনা নহাক, নহাকীনা ঐ। লৈরমসন্থু ঐখোয় পাবন্থু, ঐখোয়বু মুংশিদ্রফুনা হল্লক্লরোই চৎখ্রবনি। পীশক পীক্লিৈঙদগী ইবোক্না য়োকপী থাকপীরক্লবনি।"

অসি হায়রগা মথা অমুক তাথবা ঙমদ্রবগুম মখোঞ্জেল তনীক তনীক থাংখিরম্মী। ঐস্তু থল্লম্মী, অচুম্বনি ঐখোয়বু সু শিদে থাদোক-পীরমলবনি। মাগী খোঙ্গুল অমুক লীরুবগী করি কাম্নরি। মথা অমুক তারমদনা মহাক চাকখুম চঙখে, চাক থোংনবগী থোরাং তৌখ্রে।

মুমিদাং চাবা থকপা লোইরগা অতুম পোথামিন্নরম্মী, হয়েং করি থবক শুরুগদবগে হায়বা খঙলমদে।

ঐনা মিকপ থোক্লকপদদি ঐখোয় তাদদি হায়না চংখিরয়ে, ঙরাংশুম্না পাউফাওবা তাকপীরমদে! করিগী তাকলমদ্রিবনো! হিপ্রফমদগী ফুক হৌগত্তুনা ইঞ্জো'লমমুংদা মহাকপু কোইয়েং য়েংলম্মী, কৌরম্মী, মহাক লৈরমদ্রে মিকুপ খুদিংগী চিংনহম্বা ইতৎ তত্তুনা ঐগী পুক্নীং-ঈপান-লাইজথক্তা নৌনা নৌনা ঈথক হৌদুনা লাকখি, ঈথক ঈপোমশিং অচু নমহত্তুনা, হোল্লগে খন্দুনা হোল্লক্লবা ঐগী রাথক্লি, অদুবু অস্তুম্না হেক হেক চৌরকপা নোংজৈ-চুংশিংনা থক তপথহনবা ঙমলমদে, ঈচ ও অতুদা অমুক অমুক লুপলম্মী।

মিকুপ খরগী মতুংদা মিকপ অমুক থোকলম্মী। ঐখোয় তাদনা হরাওনা কোম্পোংপান্দগী হৌনা ঐবু কৌর কৌরদুনা চেনশিল্লকলম্মী, অরাবগী মং অতুবু মাঙহনবীরম্মী। ঐস্তু চেম্পোক্লম্মী।

"ঐহাক চাক থোংদোকলুরগে নংস্তু ইরুমায়ৎজরুয়ো! অরৈবা থবা হেক্তা চারসি। চৎলো চৎলো।" করিগীনো হায়বাফাওবা হংলমদনা মাগী ময়াথং ইন্দুনা খুনগী পুখ্রীতাম্না চত্তুনা ইরুমায়থজ-থোকলুরে। মহাকস্তু চাকখুমদা চাক থোংবা হৌগৎলমলে। ঐখোয় তাদগা ঐগনা চারি থকলিবা অদুদি শিদনবা চাবগীদি লাইরতুনা চরি হায়বঃ মমিং অতুতগী রানি, মখল মথেল নায়বা এঞ্জাংদি

লাইরভুনা পুকথন রাইরোং থগুবা নত্তে। অওইবমক ঐনা তিংবা ঙমলিবসি হৱাও হৱাওনা ঐখোয় তাদনা ঐগীনি হায়না খরদং তম্বীবা অহু তননি হায়বা ফাওবা য়াই। মহাক্কী মুংশিবা প্রেম অতুনি ঐগী পাঙ্গল পীরিবা চিঙ্গাক হায়ববু। ঐনা ইরুজরুরগা কারভুনা মাগী মমাংদা লেপ্লুবদা মহাক্না নোকলভুনা হায়রকই,

"উনা-শিংনা থুরা খে'মলকউনে, মী পুম্নমক কুম্লপ্রবনি ।"

ঐনা ৱা'মা হঙ্গে হায়ভুনা ওনশিল্লম্মী; চাকথুমগী মৈ চখোক-লকপা, ইনশিম্মীংঙাই শীং লৈতবদু উবদা শীং থিবগে অমুক চেন্তোকলম্মী। অফংবা থবা খোনলপা চিটেনা অমুক হুল্লকই, মৈ য়াংশিল্লম্মী। ঐনা হংলম্মী, "কদায়দনো ?"

"ইপু থুল্লাকপগীদা। লৌফাংমন পীগে হায়রে। মাগীদা লৌকুম্মুবা তারি।"

ঐনা থল্লঙ্গা চিংনরংা পুম্বা মাগী ৱ ঙাংভ তাক্রুরগা পুম্মাং মাঙখিরম্মী। ঐখোয় অনী চঙভুনা পোং-ধাকপা লোয়খোকমিন্নভুনা চাক চখোম অমা অনী চেঙ্গা চানিন্নরগা, লৌকুপ্পা অতুম চৎমিন্নরম্মী। মতম কুইনগীদি প্রঙ্গ্রে তবানি থা অহুমদি নোংঙানবা ঙায়ঙংদনা, মপাঙ্গল লৈত্রিবা উচেক মচাগুম ঙসি কদোমদা চাক্তারুগদগে হায়বগী অরাবা অহু থঙলমদে। ঐখোয়না লৌকুম্বা হৌখিবা মুনিত্তগী ফৌ চেং থরা লৌ, পৈশা ওইনা থরা পূরক অস্তুম্না ঐখোয়গী চানবা তাল্লম্মী।

নোংজুপাম্বাগী ঈরায়রকপা, লৌরাংঙবগী অয়োবী মতম য়োরক্লু-ঝদা নোংমদি লৌকুমগে চৎখিবদা থুল্লাকপগা থাকী শেংপা, মকোক্তা কোইরেং অঙাংবা য়েংপা, মুপা অমগা লৌবুক্তা লৈরম্মী।

ঐখোয় ইচিন-ইনাও অনীবু উবদা খুল্লাকপনা কৌশিল্লগা ক্োইয়েৎ অঙাংবা য়েৎপা মুপা অতুদা মহাক্না থিরিবা অঙাংশিং অহু ঐখোয়নি হায়না তাকপীরম্মী। মুপা অহ্ কনানো, ঐখোয়বুনা করিগী থিরকপনো, খঙলমদে। ঐখোয়দা হংলম্মী, "থৌবা, নীংথেম হায়রিবসি নখোয় অনীরা?" তাদনা মানি হায়না খুম্লম্মী।

"ঐহাক লোইশঙগী মীনি। নখোয় চৈরাপ হায়বহু তারবরা?"

খুল্লাকপনা, "মখোয়দি কদায়দগী খঙগবনো?"

"সে ঐহাক রা হায়গে তাউ, নখোয় নচিন-ননাও 'নীগী নথক্তা চৈরাপ্তা দরখাস্ত অমা থারক্লি। মতুগী সমন পীগে লাকপনি। নখোয়দি লাইরিক হৈব্রা, 'শোই' তৌবা ঙম্ব্রা?"

তাদনা, "মিং ইবদি ঙম্মী।"

"অতুদি চে অসিদা নমিং ইশিল্লু, অতুগা চে অসিমা লৌহো। ঙসিদগী তরানি হেক শুবা য়ুমশাকৈশা মুমিত্তা চৈরাপ্তা কারক্কদর্বনি। কারক্রুবদি ফাজরনিহৈ।"

মুপা অতুনা পীবা পেন্সিল লৌহুনা ঐখোয় তাদনা চে অমদা মাগী মমিং ইশিল্লম্মী। চেহু পায়রগা কোইয়েৎ অঙাংবা য়েৎপা মুপা অহু খুল্লাকপদা তাক্লমলগা চৎখিরম্মী। মহাক্না চৎথ্রবা মতুংদা তাদনা খুল্লাকপদা করিগী চেনো হায়না হংলম্মী। খুল্লাকপনা অমুম্না তাকপী, "নহাক লাইরিক পাবা থোকপদায় পাহুনা য়েংউ। নহাক্না ঐঙোন্দা হায়রমলবনি, নখোয়গী মাম্ম চাওয়াইমা হায়বসিনা মখোয়গী ইথোন্দু নবোক্না মাঙোন্দা য়োম্বোক্লমলে হায় অতুগী ওইরমাক্লে।"

তাদনা হায়রম্মী, "ইবোক্না হায়রম্বদি য়োনবা নত্তে শেল পুবগী-

দমক থম্বনি হায়রম্মী। শেন্দোন অহুসু তঙ্খায় অমা শিংথংগ্রবদি তাকপীরম্মী।"

"ঐখোয়্না তাবসু অহুম্মা তায়। খঙদেদা ইশুশা নখোয়না তৌগদৌবসে! চাওয়াইমনা বা অসি নহাক্না হৌদোক্লম্মবনি, ঐনা থামখিবনি অহুবু সরকারগী লোইশঙদা রাকৎলুরমাল্লেদনা। কমদৌনি মহাক্না মহাজন হায়বহু ওইরবনিনা মাগা য়ানবা ঙাংনরুবা ভাইদনা।"

"মানা য়ারক্লবদি?"

"অঙম্বশিংগী রাদা তারেদনা। রাথোকপা হায়বসিদি অতানবসু চয়োম অচেনবসু চয়োম, মাসু নখোয়সু তিংনবা তারি, অঙম্বগী শেঙ্গাও চোম্নবা।"

"করিনো, ইপুনা হায়রিবদো ঐহাক কৌভম খঙদ্রে।"

"মহাক্না অতানবা নখোয়না অচেনবা লমজেন তাম্নবগী মওং-দৌগুম তাম্নগদৌরিবা। লমজেন তাম্নবা হায়বসিমক্তবু চয়োম য়োমহুনা পুনৈ, লমনা শাংলবদি। মতোংনা অঙম্বনা চাংহৌবা। রানোম-থোংনোম্ম তৌরদবু হৌজিক-কানগী অঙম্বনবু লরাইদা পোকপা ঐখোয়গীদমক কদায়দগী মীচং শাবীদগেদো। অতৈদি লাইরি ইশুশা নখোয় নচিন-ননাওবু থবক শুদৌরিবা নত্রা?"

"অহুগী লাকপনি।"

"অহুদি লৌকুম্মো মতম থেঙদ্রে, মুমিদাংদা রারী শাম্নসি। তাদসু মথা তানা অমুক হঙভ্রে, ঐডেন্দা লাকও হায়রক্লগা লৌবুকলোমদা কুমথগ্রে। মখোয়না ঙাংনরিবহু করিনো হায়বা ঐহাক্তি লৌবা ইভম ওমলনদে, অসি ফাওবদি খঙই, মাম্না

চাওযাইম'না ঐখোয়গী ইঙ্খোল অসি মাগীনি হায়বা ওইবতাই। ঐখোয় অনীমক থবক শুইদি হায়ববু ঐনা অস্থম উবদা ঐখোয় তাদদি মঙম কয়া শাল্লমদে, লৌবুক লৌরক অতুদা চপ চপ লেপ্পী, ঐবু মুন্না মুন্না যেংই, ঐবু য়েংলিব্রা হায়দস্থু অরেপ্পা খঙদে। মাগী মীৎয়েং ইহাং হাংবগুম তৌই।

কোরৌহনবগী খোঙচৎনা হানথিগনি হায়বশিংগী থবক খুৎস্থনি, মাগী খোঙচৎপু শিংনবনি; মহৌশা ঐখোয় ইবোক্না লৈরিবৈদা শুখিবা থবক খুৎশুগা ফনা য়াম্না খেন্নরম্মী, মহৌশাগীদি কোরৌ খোঙ ৎ এতুং ইনবনি শোথহৌরবস্থ তানখৎলমদে, নোংমহুমা শুবদা মহৌশা তরানি শুবগুম্না ৱারম্মী। ইপু খুল্লাকপনা নক্রগা মাগী মী অমনা ঐখোয় তাদগা ঐগবু কোম শেনবগুম শেন্নখি। লৌশুবনি হায়হুনস্থ মহৌশা শুবগা এস্তোক্না খেন্নে। মুমিৎ অতুমদি ঐখোয়না কোরৌ খোঙচৎপু মায়থীবা পীরম্মী।

গুমিদাংৱাই লৌকারকপদা মুতি মুমিৎ খুদিংগী খুল্লাকপগীদা শম্পোৎ লাঙ্গোল হেক হেক থিনগৎলুবগুম্না নোংমা অতুদস্থ চংলম্মী। শম্পোৎ লাঙ্গোল থমজিল্লয়গা তাদনা চিংহুনা ঐখোয় অনীমক ইপুগী নাক্তা চঙমিন্নহুনা ঐখোয়দা পীরম্বা সমন অস্থগী ৱা হংলম্মী। তাদনা হায়রম্মী, "ইপু ঐহাক্তি করিস্থ খঙজদে, অসায়গী ৱাহুবু কমদৌগদগে?"

"ঐনা অসায়না হায়ব্রে, মহাজন ওইরিবা চাওয়াইমাদা অমুক্তা হায়নরুখো। মানবু য়াবীয়ক্লবদি ৱা করিস্থ য়ামনীংঙাই লৈতে।"

"করি হায়না হায়জরুগনি?"

"হায়রুগদৌবা হায়ববু, হোয় লৗব্রে। নখোয়বু পৈশা কয়া

লৈজরবগে ?'

"কদায়দগী পৈশা লৈগদগে ?"

"তো অদুনা হায়বনি। মহাক্নদি পৈশা ত'ল্লকনি নখোয়না পীনীংঙাই লৈরোই। হান্নগী হান্নদু মঙায়।"

"পৈশা কয়া পীরগা যাগদগে ইপু ?"

"অদুদু খঙহিক্নপা নত্রি, নখোয় ইবোক্না পুরুবদি কয়ানো ?"

"লুপা চাম্মনি হায় তখায় অমা শিংগ্রবনি।"

"চহীদি কয়া শুরে ?"

"চহীদি ঐখোয় অরেপ্পা খঙহৌদে।"

ফরে চহী মঙাসু মহায়রো, খাদা চাম্মদা মরি মঙাদি মকারম-গনি, চহীদদি চাম্মদা হুক্ফু কারগনি, চহী মঙা ওইরবদি লুপা চহুম তারে। অদুনদি মখোয়গা করিগা লুপা চামরী থোকই।"

"লুপা চামরী!"

"হো চামরী থোকলমাল্লেনে, মসি পীয়ু হায়রকনি।"

"পীত্রবদি।"

"পীদ্রবদি ইখোল মানা লৌরগনি, অসি ওইরমগনি মাগী কেশ মতাসি।"

"করি তৌবা য়াবা ইরৈমক লৈররোইত্রা ইপু ?"

"মানবু য়াবীগে হায়রবদি কোকপীবসু য়াইমা! মতম খরসু ঙাইবীবা ঙমই।"

মথা অমুক তানরমদে। তাদনা চাওয়াইমাহোইদ চংলুসি হায়দুনা ঐখোয় অনীমক ইপুদা তাকলমলগা থোক্লক্লমী। মুমিং পুমতা তাগ্রবা মতুংদনি য়ুমদা হুনবগী করিমত্তা থমরুদনা

চাওয়াইমাগী তান্না চৎলম্মী। অহুবু মহাক মশা ইম্ফাল কাখি হায়হুনা থেংনরক্তনা য়ুমলে'মদা অমুক হল্লকলম্মী। মুমিদাং অহু য়ুমদা হল্লরগা ঐথোয় অনীমক ফুকনাক-পান্দা ফম্মিনহুনা রাগী মচেৎ অমত্তা হৌদোক্লদনা ফনা কুইনা লেল্লম্মী। থেংদা থেংজিল্লক্লবদা ঐথোয় তাদনা খংনীং নীংশিংলকপগুম চাক থোংউগনি চগুখে। ঐথোয় অনীমক চাক চখোম অমমম অনীনি চারগা চরে চমৌনরম্মী, চেং খুয়া অমত্তং থোংবহু চাবা ঙম্নরমদে। মুমিদাং অহুদা অহানবা ওইনা চাক লেম্বা হায়বহু ঐথোয় খণ্ডলম্মী।

লুমলবা পোৎলুম অমা ইকোকথক্তা থোঙ্গৎপগুমলে ; মাম্ম চাওয়াইমানা ঐথোয়গী ইকোকথক্তা অসুম্না পোৎলুম অসি থোঙ্গৎলক্তনি হায়বসিমক ফোংবা ঙমলরোইদোবা পাথোংগুম থোক্লম্মী। ঐবু অঙাংনি হায়বগী ভাবননি খণ্ডে তাদনা রাফম অহু ঐঙোন্দা হৌদোক্লমদে। ঐনা অমরোমদা রাফম অহু ডা'নিংঙিদি হায়ববু মহৌশাগী য়াম্না খংনীঙ্গনবা পুকচেল অহু চেল্লমদে, অয়ম্বা রাখল অমা পোকখিরম্মী। তাদনা মুমিদাং অহুদা ঐঙোন্দা হায়খিবা হায়ববু হয়েং নোংঙাল্লগা ঐহাক্লা খুল্লাকপগী লৌকমদা লৌ কুম্বা অহুগা মহাক্লা চাওয়াইমাবু থিরুবা অসিনি।

মহাক্লা হায়বগুম্না ঐহাক নোং হেক ঙানবগা খুল্লাকপগী লৌকম তাম্না চৎলম্মী, মহাক্লা চাওয়াইমাগীদা। মুমিৎ বাতোন লোমনিং লোম্মাং তৌরকপা অহুরাইদা ঐগী ইনাক্তা লাক্লম্মী। মহাকী মায়থোং উরুবদা মহাকী পুকমুংগী রাহু শিৎশিৎনা খঙবা

থমলম্মী, অমুক নুংঙাইবা পাউ ওইরম্মরাই। অদুবু ঐনা হঙঙু বদা মহাক্না খুম্মীরম্মী, "মহাকসু মীনি; ইবোক লৈরিবেদগী তিন্নরক্লবনি, ঐখোয়বু নুংশিফম থোকই।" অসিদগী হেন্না মখা তারমদে। নুমিৎ অদুদগী হৌনা তাদনা থবকশুবা হনমিন্নরক্লবা মতুংদা চাব-থকপগী করিসু থওইদনা মথন্তা হেক হেক চৎখি; ঐনা হৈতা হৈতা চান-থক্লবা লাংই। মহাক্না চখোকলুরগা হন-জিল্লকপদা তুমিন্না ফুংনাক পানদা ইহৈ হৈনীংদনা হেক হেক ফমলে, চিন্তা তৌবে, মরক মরক্তা নুংশা ফুইনা ফুইনা হোল্লি। তরানি হায়বতু সুজিল্লকলে। নুমিৎ অদুনা অহানবা ওইনা তাদনা অমুক রাফম অদু হৌদোকলম্মী, "ঐহাক ঙসিদি য়ুম্ফাল কাক্লবা তরি। নহানগী চে অদুগীনি।" ঐনা হংলম্মী "মহাক্না করি হায়রবগে?"

"হৌজিক ফাওবদি য়াদ্রি।"

"অদুদি ঐখোয়—"

"হায়জখিগনি য়ারকখিবা য়াই।"

"নহাক্না ঐবু অঙাংনি হায়দুনা রা অমত্তা তাহনদে, ঐসু চৎকনি।"

"কদায়দা?"

"য়ুম্ফাল হায়বদুদা।"

"চৎলু কৈদৌগে—"

অসি হায়রগা মাগী মিৎলুদগী পি চদুম চদুম শিন্থরম্মী; ঐবু উহল্লোই হায়বগুম্না মমায় লৈথোকখিরম্মী।

ঐখোয় অনীমক অয়ুক ঙন্তা অদুদা য়ুম্ফানলোমদা অদুম চৎলম্মী।

"অহুদি কমদৌনা শিংগনি ?"

"ঐখোয় অনীনা নোম-চৎলগা শিংগদবা মঙায়, কনানা শিংবীগদগে ? মাগী শেল শোয়দনা শিংগনি।"

করম্না নোমলগা কদায়দা নোমলগা অতুপ য়াম্বা শেন্দূ শিংগদবনো হায়বসি ঐগী ঱াখম্না লাম্বা ফংলমদে। মথা তানা অমুক হংলমদে। ফনা য়াম্না শাংনা লাকলগা অচৎ অওকশিংদা তাদনা চৈরাপ হায়বতু কদায়দনো হায়না হংলম্মী। অহল অমনা খ্বায়রম্বন কৈথেল য়েৌদ্রিউৈদা সরক্কী য়েৎথংবদা চেক্কী দলান অনীথক লৈবনি, মমাং থংবা অতু চৈরাপ হায়বা লোয়শঙহুনি, অসুম্না তাকপীরম্মী। ঐখোয় অমুক চথৎলম্মী। হায়রিবা মফম অদু পংলাপ লাপলমদ্রে, লৌ ফৈদোম অহুমলোম চথৎলগা, অহল অতুনা হায়খিবা লোয়শঙ অনীতু উরম্মী। অতুমক্তদা তাদনা চংলম্বশিং অমদা অমুকম্তু হংলম্মী ; শোয়দ্রে তাকপীরক্লুহুনা লোয়শঙতু তম্না চঙশিল্লম্মী।

অয়ুক ঙম্বা হৌগত্তুন লাকপনি, ঐখোয়না থুঙভুবদা মুমিৎ কনা য়াম্না কারমলে। লোইশঙগী অকোয়বদা লৈবা পংচাও চাও-দবা লমহাং অতুগী মচি মচিদা মী অনী অনী অহুম অহুম চোইনা চোইনা ফম্লম্মী, চৈরাপ কোই হায়বা লোইশঙগী কাখৎফম সিঁড়ি মনাক্তা মাম্ম চাওয়াইমাম্ম কনাগুম্বা মীওই খরগা ৱারী-ৱাতাই শাতুনা লেপমিম্নবা উরম্মী। মহাকপু হেক উরুবদা ঐগী পুক্লীংদা ইখঙ খঙহৌদনা মুংঙাইতবা, শাউনীংবামা পোকখিরম্মী। মহাকমু ঐখোয়বু উরগা মিংলৈ-মায়রৈনরম্মী। অতুঙৈ ইবোক্লা লৈরিঙৈদা নোংমা মুমিদাং শন অমা চেন্নকঙৈগী হাক্তক্তা ঐনা খঙখিবা চাও-

য়াইমা অহ্ নংলমদ্রে। পংকুই কুইরনা চরাংনরিবৈ অসিদা লোই-
শঙগী মাঙ্গোন্দগী নহানমুক ঐখোয়না লৌফমদা লৈরিবৈদা ঐখোয়বু
থিরক্লম্বা মীওই অতুগুম্বা, ফিজেৎ চাকচা মান্নব, কোইয়েৎ অঙাংবা
য়েৎপা, দোলাইপাবা অমনা অহানবদা চাওয়াইমাগী মিং অহুবগী
ঐখোয় তাদগী মিং মথংদা ঐহাক, মথং মথং কৌরকলম্মী। ঐগী মিং
হেক কৌরকপদা ঐহাক খংপ্রেক খংলম্মী। তাদনা পুবীতুনা ঐখোয়
অনীস্থু লোইশঙ মমুং তাম্না চঙশিল্লম্মী। লোইশঙগী সিঁড়ি হেক
কাখংপমক্তদা দোলাইপাবা অতুনা ঐখোয় তাদগা ঐগনা শেৎলিবা
ফৈংজামগী কুপ্পাহ্ য়েপথংলু, ঐখোয়না ইল্লিবা ফিয়িন অতুস্থু
লেংহুম নায়গনু তাকপীরম্মী। ঐখোয়না মানা হায়রিবহু তানবা
শেম শাবদা হৈতবা উরহুনা মহাক মশামক চঙশিল্লক্লুনা ফিয়িন
চাকয়িন শেম্বীরম্মী। মহাক্না মাং থাহুনা ঐখোয় ইচিন-ইনাও
অনীমক লোইশঙ মমুংদা চঙশিল্লম্মী। হেক চঙবগা মাঙ্গোলগুম্বা
ইহাং হাংবা কা অমা, অতুদগী চেক্কী শুমু তৈবা য়ুম্বীরেন অনীগী
ময়ায় ফাওজিল্লগা চাওরবা মরাক ময়ুং মান্নবা উবা কা অমা
ফংলম্মী। কা অসিগী থা থংবদা শুমু তৈবা চেক্কী ফক্লাং অতুগা
মায়কৈ অহুম্মক্তনা অচৌ অচৌবা য়ুম্বীরেন অনী অনী লৈ।
নোংপোক নোংচুপ মায়কৈ অনীদা য়ুম্বীরেনশিং অসিগা পান্নবা,
উনা শায়রংগুম্বা ইরল-লম্না খ্বাংমুক রাংনা থাগত্তুনা লৈ, থারিবা
অসিগী ময়ায়দা চঙফম ফাংলি। ঐখোয়না চঙশিল্লিবা কা অসিনা
শঙ অসিগী ময়োম্নি। নোংপোক নোংচুপ অনীদা উনা লম্না
লম্না থাগৎলিবা অসিগী রাংমদা কা অমমম লৈখি। নোংপোক
থংবা কা অদোমদা ফক পরেং থারগা মী থরা ফম্লম্মী, নোংচুপ

থংবরোমগীদি ইহাং হাংলম্মী। কা ময়েল অসিগী খা থংবদা লৈখিবা ফল্লাং শিংথোং মক্তদগী কাগী ওঙ্খায় য়েনিংচিং তৌনা নোংপোক নোংচুপ্তা লম অনমমরোম থাদোক্লগা খুবোম অমরোম ম্রাংনা চেল্লা চনখত্তুনা কাংথক হাবগুন থোঙ্গংতুনা শেন্না ফম্নাক অমা লৈরম্মী। ফম্নাক মথক অসি তরু তহেল্লি, ফক মুং অমত্তা থাদে।

ফম্নাক মথক অসি নত্তবা, কা অসিগী অনেম্বা লৈমায়থক অতুগী নোংচুপ থংবা অদোমদা খা অম্রাং পল্লেং শানা কোইয়েং ফৈয়েং য়েংপা, চন্দন চব্রা নিংখিনা খিল্লবা, ফিগৈমক্তা শেংপা মতীক মগুণ চাওনা উব্রবা, অহল ওইদা ওইবমু নল্লিবা, মীকোক তরুকখক, অডাংবা ফম্নাংজি মথক্তা ফমতুনা লৈরম্মী নখোয়গী মমাং খরা চখংলগা শেঙ্গেংগী চায়শেন অমা অমসুং লম অমরোম শাংবা য়াইরী লীচৈ মত্তা ফক মচা অমগী মথক্তা পাতুনা থম্লম্মী। অমুক মসিগা মায়োক্লবদা নোংপোক থংবা অদোমদা ফক অমদা মরেংবান্দা ফি য়াল্লবা মখোয় মরী মডা, অডম্শিংগী পাম্বোমনি হায়, অমসু ফমলম্মী। মখোয়গী ওইপংবা অদোমবা মাং চখংলপ তৌনা মাংদা লাইরিক ফানগুম্বা অমা থাতুনা হেডে 'গিরানি' বাবুনি হায়বা অমসু ফমলম্মী।

ঐখোয়না হেক চডশিনখিবদা চাওয়াইমাদি হান্নমা অহানবা চডফমগী, ঐখোয়গী য়েং-ওইননা লৈরিবা, য়ুম্নীরেল অতুগী মাং ওই-রপ্পা ওইথংবা মখুউনা লৈপাক ভারগা, মখুং অনী লোম্নতুনা ফম্নম্লে। মকোক্তা কোইয়েং অমসু য়েংলম্মী। ওইথংবদা লৈবা য়ুম্নীরেল অতুগী খা থংবদা, কাগী মমুং থংবা অদোমদা দোলাইপাবা

চক্রবর্নি হায় অম' ফমলল্মী। ঐখোয় ইচিন-ইনাও অনীবু মুন্না য়েংলগা কা অতুগী খা থংবদা লৈবা ফম্নাক অদোমদা মথুৎনা খিল্লগা, "শ্রীযুৎকী খুদা অদোমদা ভক্তি কৎলু" হায়না তাকপী-রম্মী। ঐখোয় অনীমক দণ্ডবৎ তৌদুনা থুকমলম্মী। হেক হো-গৎলকপগা ফর্রাং জিবক্তা ফমলিবা মথোয়রোমদ গুনশিন্দুনা, "হৌশিংদা ভক্তি কৎলু" অমুকসু তাকপীরম্মী মানা হায় হুয়বদু তৌরম্মী। থুরুম্বা লোইরগা মাগী মনাক য়েংলোমথংবা অদোমদা ফম্মু হায়না তাকপীরদুদা ফমথরম্মী। ফমথবদা অহল অদুনা, "অদুম্ন' ফমগদবা নত্তে মীনা তৌরিবসি উদ্রা" হায়দুনা থবা কল্লপ হায়রম্মী। মহৌশা অমুক্তা ফমলক্রবা ফমফম ওইবদুদা তাদসু ঐসু ফমফম অদু হেক তাবা ঙমলমদে; ঐদি মদু তানবা হোৎনবদা অমুক অনীরকসু তুশিল্লম্মী। ঐগী ইতৌদু উবদা অশুম্বশিং অদু হৌদুনা নারম্মী, ঐসু নোক্রম্মী। ঐনা নোকপদু উবদা দোলাইপাবদুনা য়াম্না শাওনা য়েংলগ, "মচোং মপাক নাইদবা করম্বা অঙাংনো" হায়না চৈরক্লম্মী। কিবোই খংবোই হোৎনবদগী চাওয়াইমনা কমলিবা ফমফমদু তারম্মী।

ঐনা কোইয়েং য়েংখিবদা কা ময়োল অসিগী ককলাং মতোন অকোইবদা লাইতিন য়াম্না য়েক খোৎলিবদু উরম্মী। খা থংবা মতোনগী ময়ায় চপ চানা নৈতৈগী শক মানদবা, ফিজেৎ চাকচা মতা অমা ওইনা শেৎপা মখোয় অহুমথক য়েরুম্মী। মখোয়গী নাকয়েত্তা লাইতিন মানবা কয়া অমসু য়েরুম্মী। মোইরাং লাইজি পাংবা কাচিন অদোমদা মৈতৈ কুপা, নিংথিনা কোইয়েৎ য়েৎপা, মগুণ লৈনা উবা, শক্তন অমগী মূর্তি য়েরুম্মী। নোংচুপথংবা

অদোমদনা হিয়াং তোংবগী ফিজেৎ শেৎপা মুপা অমনা কাও ফাবা, কৈদা তানা থিনবা, অতোপ্পা অমদনা অনা লাইকম্নবা অমস্তুং লৈশাবী অমনা অহল অমদা কা লানবনচিংবা য়েকপা উরম্মী। নোংপোক থংবা অদোমদনা অকিবগী মশক ফংলবা মীওই মুর্তি, মীবু মবুক খায়দোকপগী, মৈদা হুপ্পিন্দুনা চাকহনবগী, উচেক রায়ানা চীকপগী, খাংদা থাঙজুনা ভোবগী, ওম্ৰোক ওম্ৰোকপা ফিভম, উত্তুনা য়েক্লম্মী। অরাং থংবারোমগীদি কোক মপা থোকখিবনা য়েংবা ওমলমদে।

লাইশিং অসি য়েংবদা মুল্লিঙৈ তাপ্পা অসিদা ঐখোয়গী নাক্তা ফদ্বা দোলাইপাবনা চাওয়াইমাদা 'রাশকউ' হায়খিবামা তারম্মী। মতু তাবদা চাওয়াইমানা অস্তুম্না রাশকলম্মী,

"ঐনা ওসি ইবুংঙোশিংগী স্না চরন্দা হঙ্গচ্ছগদৌরিবা অসি অচুম্বা ওাক্তা হঙ্গচ্ছগনি, করিগুম্বা অরানবা য়াওরবদি খাংজেংনা থওগনি, কুমশিগী মহৈ মরোং চাদবা ওইজগে।"

রাশকপা লোইরবদা ঐখোয়গা মায়োক্লনা ফমলিবা হেড 'গিরানি'না অস্তুম্না হায়রম্মী,

"নহাক্না হঙ্গংকদবতু হঙ্গংলো।"

চাওয়াইমানা হায়বযী, 'স্না চরন্দা ননাই ঐনা হঙ্গচ্ছরিবদি অঙাং অনী অসিগী মবেনবোক্তা, মশুমুপা অহল থোবা হায়বসিগা অনীনা অহল অতু লৈরিঙৈদা ননাই ঐঙোন্দগী লুপা চাম্মথক লৌতুনা মখোয়গী ইখোনতু ননাই ঐঙোন্দা য়োল্লি। চহী মরী থরা কল্লগনি। দলিল তৌনৈ রেজিষ্টার তৌনজৈ। মহাকীদি কনাস্ম লৈজদ্রে, মতম থরদং লৈজগে হায়তুনা ননাই ঐনা লৈহল্লি;

চঞ্জবান হায় অমা ফনলম্মী ঐখোয় ইচিন-ইনাও অনীবু মুম্না য়েংলগা কা অতুগী খা থংবদা লৈবা ফম্বাক অদোমদা মথুৎনা থিল্লগা, "শ্রীযুৎকী খুদা অদোমদা ভক্ত কৎলু" হায়না তাকপীরম্মী। ঐখোয় অনীমক দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুমলম্মী। হক হোংলকপগা ফবাং জখক্তা ফমলিবা মখোয়রোমদ হনশিন্দুনা, "হক্তোশিংদা ভাক্ত কৎলু" অমুকস্থু তাকপীরম্মী মানা হায় হু য়বহু তৌরম্মী। থুরুম্বা লোইরগা মাগী মনাক য়েংলোমথংবা অদোমদা ফম্মু হায়না তাকপীরদুদা ফমথরম্মী। ফমথবদা অহল অহুনা, "অতুম্না ফমগদবা নত্তে মীনা তৌরিবসি উক্রা" হায়দুনা থরা ফল্লপ হায়রম্মী। মহৈশা অমুক্তা ফমলক্রবা ফমফম ওহবহুদা তাদস্থু ঐস্থু ফমফম অহু হেক তাবা ঙমলমদে; ঐদি মহু তানবা হোৎনবদা অমুক অনীয়কস্থু তুশিল্লম্মী। ঐগী ইতৌহু উবদা অণ্ডম্বশিং অহু হৌদুনা নোল্লম্মি, ঐস্থু নোল্লম্মী ঐনা নোকপহু উবদা দোলাইপাবদুনা য়াম্না শাওনা য়েংলগ, "নচোং মপাক নাইদবা করম্বা অঙাংনো" হায়না চৈরক্লম্মী। কিবোই থংবোই হোৎনবদগী চাওয়াইমনা ফমলিবা ফমফমতু তারম্মী।

ঐনা কোইয়েং য়েংখিবদা কা ময়োল অসিগী ফকলাং মতোন অকোইবদা লাইতিন য়াম্না য়েক খোৎলিবহু উরম্মী। খা থংবা মতোনগী ময়ায় চপ চানা মৈতৈগী শক মানদবা, ফিজ্রেৎ চাকচা মতা অমা ওইনা শেৎপা মখোয় অহুমখক য়েক্লম্মী। মখোয়গী নাকয়েক্তা লাইতিন মানবা কয়া অমস্থু য়েক্লম্মী। মোইরাং লাইজি পাংবা কাচিন অদোমদা মৈতৈ মুপা, নিংথিনা কোইয়েৎ য়েৎপা, মগুণ লৈনা উবা, শক্তম অমগী মূর্তি য়েক্লম্মী। নোংচুপথংবা

অদোমদনা হিয়াং তোংবগী কিজেৎ শেৎপা মুপা অমনা কাও কাবা, কৈদা তানা খিনবা, অতোপ্পা অমদনা অনা লাইকল্লবা অমসুং নৈশাবী অমনা অহল অমদা কা লানবনচিংবা য়েকপা উরম্মী। নোংপোক থংবা অদোমদনা অকিবগী মশক ফংলবা মীওই মুর্তি, মীবু মবুক খায়দোকপগী, মৈদা হুজিন্দুনা চাকহনবগী, উচেক রায়ানা চীকপগী, থাংদা থাঙত্তুনা ভৌবগী, ওন্থোক ওন্থোকপা ফিভম উত্তুনা য়েন্নম্মী। অরাং থংবারোমগীদি কোক মপা থোকখিবনা য়েংবা ঙমলমদে।

লাইশিং অসি য়েংবদা মুল্লিভৈ তাঙ্গা অসিদা ঐখোয়গী নাক্তা ফম্বা দোলাইপাবনা চাওয়াইমাদা 'রাশকউ' হায়খিবামা তারম্মী। মতু তাবদা চাওয়াইমানা অসুম্না রাশকলম্মী,

"ঐনা ঙসি ইবুংঙোশিংগী স্না চরন্দা হঙ্গচ্চগদৌরিবা অসি অতৃম্বা ঙাক্তা হঙ্গচ্চগনি, করিগুম্বা অরানবা য়াওরবদি খাংজেংনা খঙগনি, কুমশিগী মচৈ মরোং চাদবা ওইজগে।"

রাশকপা লোইরবদা ঐখোয়গা মায়োক্নবা ফমলিবা হেড 'গিরানি'না অসুম্না হায়রম্মী,

"নহাক্না হঙ্গৎকদবতু হঙ্গৎলো।"

চাওয়াইমানা হায়রম্মী, 'স্না চরন্দা ননাই ঐনা হঙ্গচ্চরিবদি অঙাং অনী অসিগী মবেনবোক্তা, মশুম্নুপা অহল থোবা হায়বসিগা অনীনা অহল অতু নৈরিভৈদা ননাই ঐঙোন্দগী লুপা চাম্মথক লৌহুনা মখোয়গী ইখোনতু ননাই ঐঙোন্দা য়োল্লি। চহী মরী থরা কল্লগনি। দলিল ভৌনৈ রেজিষ্টার ভৌনজৈ। মহাক্নীদি কনাস্থ লৈজদ্রে, মতম থরদং লৈজগে হায়দুনা ননাই ঐনা লৈহল্লি;

অতুদগীদি ননাই অতু মশা শোঞ্জিল্লক্লে, ইখুন মচানি হায়ছুনা হেক তাম্বোকপা চমদহুনা লৈরিবৈদা মশা শিদোকথিবনা হানখ্রে। হৌজিক্তি ননাইশিং অসিনা লৈজরি, চৎলু হায়বস্থ য়াদ্রে, স্না চরম্না ক্লপা তৌবীহুনা ননাই ঐগী ইথোল অসি ফংহনবীয়ু।"

মাংদা ফম্বা মুপাহুনা চে অমদা মানা হায়রিবহু ইশিল্লম্মী; ইশিল্লগা অমুকস্থু হংলম্মী, "মখোয় অনীসিদি য়াম্না নৌরি, মপা-মমাকা লৈত্রবরা ?"

চাওযাইমনা খুমলম্মী, "ননাইশিংশি লৈত্রবা হায়বহুনি।"

"শেংনা হায়য়ুদনা।"

"লৈত্রে ঐজ্ঞা।"

"মপা-মমা লৈত্রবদি মখোয়দি কদায়দা লৈগনি, মতোপ্পা ইথোল অমদি লৈত্রা ?"

"লৈত্তে ঐজ্ঞা।"

অঙম্বাশিংগী মরক্তগী অমনা,

"হাইস করম্বা মুপানো! অদুদি মখোয়দি উক্রাক্তা য়ান্দুনা লৈগদ্রা ?"

ঐগী পুক্লীংদা 'তস' হায়বামা ফাওরম্মী।

চাওয়াইমানা অমুকস্থ খুমলম্মী,

"ননাই ঐগীদি মখোয়না য়োনবগী লৈজবনি।"

"হোয়নে অদুস্থ চুম্মীনে। অঙাংশা শেনবুগা খৎনবা হায়বসে মহাজম্না থক ফায়বা হৌনদে। নখোয়দি কমদোবা তারি ?"

তাদনা খুমলম্মী, "ঐখোয় ইবোক্তি ইথোল য়োনবা নত্তে।"

"অং অং কমদোবা জাৎনো ?"

"পৈশা পুবনি পৈশাদুস্থ তঙ্খাই'মদি শিংখ্রবনি।"

"পৈশা কয়ানি হায়বগে, নংদি কম খণ্ডুই ?"

"ইবোক্কা পুবদ্ ঐস্থ য়াওই, লুপা চাস্মনি, হাকুম হাকুম অমগী চিংজিন্দা পুবনি। ওল্লকপা চিংজিন্দা শন য়োন্দ্রনা শিংখি, খুল্লাকপা হোয়স্থ খণ্ডিপোৎনি। হৌজিকস্থ অৱাৎপদ্ শিংজগে হায়রিবনি।"

"লুপা অণ্ডাংশিংসিনা হায়রিবসি চুস্ত্রনে, চুম্মবদি কৈদৌই শিংহল্লুদনা ?"

"কদায়দগীনো ঐজ্ঞা নবাই ঐহাক, স্না চরন্না কুপা তৌবী-গনি, শেস্থংবা নচ্চদে ইখোল 'লজবনি, রেজিষ্টার তৌবা দলিল য়াউজরি।"

চে অমা পীশিল্লি; চেহ্নু পারগা অণ্ডম্বনা অস্থুম্না হংলম্মী,

"দলিল ইচাও চাওনা লৈরিসিদা নখোয়না শেল পুবনি হায়সিবু কলি চঙলবা হায়বহু ওইরে। অসিবু বিচাব অমুক তৌখিজনে, মশানা রায় তাবা হেক্কা য়ারবসিবো।" অণ্ডম্বশিং মহৈ মহৈ ওমশিন্নহুনা য়েংনরম্মী।

মখোয়গী মরক্তগী অমনা অমুক হায়রম্মী,

" অণ্ডাংশিংসিবু মখোয়গী অবস্থা মতাসিনা ওইদবা ভাংগনি থাজদে। অণ্ডাংশা! পৈশা শিংবদি খণ্ডহৌবা লৈত্রা ?"

তাদনা, "খুল অয়াম্বা খণ্ডই।"

অণ্ডম্বনা "অহুদি বিচারসি য়ৈথোক্লগা সাক্ষী সাবোদ লৌবনা কপদ্রা ? নখোয় অমুক্তং মপার থোকউখো।"

মখোয় মশেন ওনশিন্নহুনা ব্লাতান্নহৌরে, ঐখোয় অহুমুনা

অহুদগীদি ননাই অহু মশা শোঞ্জিল্লক্লে, ইখুন মচানি হায়হুনা হেক তাম্হোকপা ওমদহুনা লৈরিঙৈদা মশা শিদোকথিবনা হানখ্রে। হৌজিক্তি ননাইশিং অসিনা লৈজরি, চৎলু হায়বস্থু য়াদ্রে, স্না চরম্না কুপা তৌবীহুনা ননাই ঐগী ইঙ্খোল অসি কংহনবীয়ু।"

মাংদা কম্বা মুপাহুনা চে অমদা মানা হায়রিবহু ইশিল্লম্মী; ইশিল্লগা অমুকস্থু হংলম্মী, "মখোয় অনীসিদি য়াম্না নৌরি, মপা-মমাকা লৈত্রবরা ?"

চাওয়াইমনা খুমলম্মী, "ননাইশিংশি লৈত্রবা হায়বহুনি।"

"শেংনা হায়য়ুদনা।"

"লৈত্রে ঐজ্ঞা।"

"মপা-মমা লৈত্রবদি মখোয়দি কদায়দা লৈগনি, অতোপ্পা ইঙ্খোল অমদি লৈত্রা ?"

"লৈতে ঐজ্ঞা।"

অঙম্বাশিংগী মরক্তগী অমনা,

"হাইস করম্বা মুপানো ! অদুদি মখোয়দি উক্রাক্তা য়ান্দুনা লৈগদ্রা ?"

ঐগী পুক্নীংদা 'তস' হায়বামা ফাওরম্মী।
চাওয়াইমানা অমুকস্থু খুমলম্মী,

"ননাই ঐগীদি মখোয়না য়োনবগী লৈজবনি।"

"হোয়নে অদুস্থু চুম্মীনে। অঙাংশা শেনবুগা খৎনবা হায়বসে মহাজম্না থক কায়বা হৌনদে। নখোয়দি কমদৌবা তারি ?"

তাদনা খুমলম্মী, "ঐখোয় ইবোক্তি ইঙ্খোল য়োনবা নত্তে।"

"অং অং কমদৌবা জাৎনো ?"

'দ্বো ?" অসুম্না চাওয়াইমাদা হংলম্মী, মহাক্নসু মানি হায়না খুন্নম্মী।

মুপাদ্না হায়রম্মী, "মীগী মপোত্তা তাংদ্না করি কান্নগনি, খুলগী অহাংবা লম মচেৎ অমত্তা লৈত্রবরা, য়ুম অমা শারগা হেক চোংথোকউদনহায় !"

ঐনা মুপাদ্দা মুন্না য়েংলম্মী, মহাক্না ঐবু য়েংলগা শাওরংননা হায়রম্মী, "করম্বা অঙাংনো মমিৎ অসি চোংথোক্কদবা মথৈ য়েংইনহায়। ঐগা খংনবকা ওইরবদি শুবাক চানিসে। —সিগীদমকপু নংনা কেশকা তৌদ্না কারিসিদ্নে তনবীরেদকো ইবো। হোরেন চৎখ্রগা নপা-নচা চঙহনা য়ুম অদ্ কোক্ন শিদোক্লগা মৈচন হেক থইনথোকউবা !"

মাগী রাঙাংদ্ তাঙমখিদে। খঙহৌ উহৌদ্রবমকসু চাওয়াইমানা খুমখিবা রাদা ওইদবঙাক খূমখিবগী শাওনীংনা লৈরিঙৈদা পোক-পদগী মশক ইশক খঙনদ্রিবা, মাগ: ঐখোয়গা মরি করিসু লৈনখিদবা মুপা অমনা র'ম্না থওই উশিত্তনা ঙাংখিব রাঙাংদ্ করি হায়রগা মপা চাবনো হায়বা অমুক খলহৌবা ঙমহৌদে। ঐনা অসুম্না ওনশিল্লম্মী,

"নতীক লৈরগা শিরোরাউ ?"

"মচিনবু থিনহায় মসিগী অঙাংসি, নচিন্দুদা খুবাকসিনা থাংজিনবদি ."

ঐহাক তম্না মুপাহু চঙশিন্নক্লম্মী. তাদনা ঐবু শাগন পায়দ্না চিংথোকলম্মী, ঐনা মানা চিংথাকপদ্ থাংলম্মী। মুপাদ্না চঙশিন্নক-পহু ঐগা থেংনগদবা পংলাপ লাপ্লমদে অদ্রু চাওয়াইমানা থত্তনা ঐখোয় অনী মায়োক্লখিদে; মায়োক্লরম্নবদি করি থোক্লমগদগে খঙদে। ঐখোয়বু অহুম্না থাবদোক্লবদা ঐগী খুজেং পায়রিবা

তাদগী খুৎকনদগী ঐডোন্দা ফাউরম্মী, মহাক্কী মশা চেং খৈবগুম তনীক তনীকই, মখুত্তা কাখিবা হুমাং লৈরীকস্থু ঐগী খুদাংদা মরীক মরীক কারম্মী। মাগী মমিৎ অনীমক কোরী শংবগুম তঙাং তঙাংলম্মী মহাক্না হায়রম্মী, "শাওরুখিনু নীংথেম, শাওরুখিনু।" করম্না শাওনীংলোই ; ঐনা তাদবু পুক্লিংদা নিন্দা তৌরম্মী, মহাক্কী থম্মোয় অসিবু করিনবু শাবনো, লৈনরিবা খুনবু মৈ থাদোকউ হায়রফাউ শাওনু হায়বসিবু, মহাক অসি করম্বা মীওইনো, করিগী অমুপ য়মলিবনো। ঐহাক মাবু তুক্কচরম্মী।

তাদনা পুহনা লোইশঙগী নোংচুপথংবা অদোমদা থোকমিন্নরম্মী, চাওয়াইমগা নুপা অহুগা করি করিনো ঙাংনহোই, ঐখোয় তাদগা ঐগবু চৈহৌবগুমস্থু তারম্মী। কিগল্লবা ইয়াম্বনা ঐবু ফাহনা, নমহনা, চিংহনা পুথোকপীরক্লবদা ঐগী থোনা পুম্বা ফুদোকচবা ওন্নমদে।

নুমিৎ কনা য়াম্না লৈথগ্রবা মতুংদা হান্নগুম্না ঐখোয়বু অমুক কৌশিল্লম্মী। লোইশঙ মমুং য়োরবদা ঐখোয়গী কেশ য়ৈথোক্লে হায়হনা ঐখোয় তাদবু মমিং ইহল্লগা মথংগী তারিক্লি হায়হনা চেজেৎ অমা পীরম্মী। তাদনা চিংহনা ঐখোয় অনীমক ঐখোয়গী য়ুম তান্না অমুক কুমলক্লম্মী। অহুপ শাংলবা লমশাংহু লাকপদা ঐহাক তাদগী মফমদা রা-মতা হৌদোক্লনদে, ঐগী অকোয়বদা করি গোক্লিবগে হায়বস্থু খঙসমদে, অসাইগী নুপা অহুনা হায়খিবা অহুতা মতারম্মী। ঐনা খল্লম্মী, করিগুম্বা ঐখোয়গী শেগায়রবা য়ুম অহুবু মহাক্না হয়বগুম্না শিদোক্কে হায়হনা অমুক্তং লাক্লবা মুংঙাইগ্রনিদা। অসিমস্থু খল্লম্মী, মথংগী তারিক নুমিৎ অসিদ

ঐগী ইয়াম্বা অসিগা অমুক হন্না লোয়শঙ অসিদা লাকচয়রোই, মীগী অথীবা, থওই উশিত্তবা য়াঙাং অসি তাগদো শরুক মখোয়না পাম্বা অমা তৌজরক্লসনু।

ঐখোয়গীদি হৌজিক হৌত্তিক্কী চাদ-থক্কবা য়াদবনিনা তাদগা ঐগা মহৌশাগুম শু-চংলম্মী। চাওয়াইমনা নোংমতা মাগী শেনফম শসিগী য়া হৌদোক্লকখিদ্রে, খুল্লাকপনচদি ঐখোয় তাদনা য়াফম অদু হৌদোকপী অদুবু ঐখোয় তাদনা খুম্বা ঙাংবশিংদু তানীংদঙ্কুনা ঐহাক কয়া য়াওরমদে। মহাক্কীদি চাওয়াইমাদা হায়জনীংবগী য়াফম অদু শুকতোক তোক্লমদে, মাগী য়া অদুদা খুল্লাকপনস্থু থোদোংলম্মী।

নোংমা মঙানি তরানি হৌগ্রবা মতুংদা খুল্লাকপনা চাওয়াইমাবু মাগী ময়ুমদা লাকউ হায়গ্রে, ঐখোয় তাদবুসু লাকউ অরোইবা অমা ঙাংনখোকসি হায়না মখোয়'নি চিবোন চিবোন ঙাংনবা তারম্মী। য়াফম অদু তাদনা ঐঙোন্দা খঙহনবীরমদে; ঐসু অহানবদা য়াওনীংলমদে অদুবু মুমিদাং মহাক্না মথস্তা খুল্লাকপগীদা চংখিবদুদা ঐসু চংনীংলম্মী; মহাক্না চংগ্রবা মতুংদা ঐসু চংলম্মী। খুল্লাকপগী মমাং শংঙ্গায়দা পোদোল মচা অমা থাল্লদুনা মখোয় অহুম য়ারী শাগ্নরম্মী, ঐনা য়েনখাদা থৈজিন্দুনা মখোয়না ঙাংনবদু তারম্মী। ঐখোয় তাদনা শেল তঙ্খাই অমা শিংগ্রে লেমহৌবা তঙ্খায়দু শিংগৎনবা মতম থরা ঙায়বীয় হায়বদা চাওয়াইমানা শেল শিংগৎখিদ্রি, ঙাইবসু ঙম্মোই হায়না শিংখাং খাংলম্মী। খুল্লাকপনা অঙাং ঙাক্তনি, ঐখোয়গী খুনগীসু ফজদে মখোয় অনীসিবু কদায়দা চৎহনখিগদগে শিংগৎহনসি হায়না য়ানবীরম্মী; অদু কাউবদা চাও-

য়াইমানা য়ারমদে। মমৈদা তাদনা হায়রম্মী, "মাম্ম, অঙাংনি হায়দুনা ঐখোয়বু মীনম্বা তৌবীয়ু, মাম্মগী অরাংপা শেলদগী হেন্না ঐখোয় পাই অমত্তা পীবা ঙম্মোয়। ঐখোয় ইচিন-ইনাও অনীমক ইবোক্কা লৈরম্বা য়ুমসিদা থরায় হেক্তা থাগনি, ঐখোয়না হায়জবসি য়াদ্রবদি মাম্মনা অপাম্বা তৌ। নহান নুপা অমনা ঐখোয়গী য়ুমসি শিদোকউ, মৈ থাদোকউ হায়বদায়দো, ঙম্মগা শিদোক্লোলাউ। ঐখোয় ইচিন-ইনাও লৈরমগনি। ঙসি হায়নরিবা অসিনা অরোইবনি। ঐখোয়গী থরায়না লৈরিফাউদি ঐখোয় ইখোল অসি থাদোকলোই।"

"কোর্টকী হুক্কুম মতাবা মরাইনা লাকচগনি। নরীন পংফ ফগনুদা।"

"কোর্ট কোরাংকা থংদে, মতুং তারিক্কা অমত্তা চৎলোই। য়ারে শেল অহু শিংগৎকনি, য়ান্রে ঐখোয় অনী ইখোলমুং অহুদা থরায় থাবা হায়বহুনি।"

"নরীন অহুপ ফগনুদা অঙাং! নখোয়গী নচংবা হায়রবদি নহান্না য়ুমহু শিরগদবনি। নবেন অহুগী য়েংবগী তৌবনি।"

"শিরো লাউনে হৌজিকসু।"

তাদনা ফম্বদগী হৌগৎলম্মী, খুল্লাকপনা থামই—

"নখোয়বু থংনৌ হায়তুনা ঐগীদা কৌবা নত্তে।"

চাওয়াইমা, "খুল্লাকপসু মীচং নায়বীগনু ঐহাক ইখুত্তা রেজিষ্টার দলিল পায়রিবা মীশক অমনি। মখোয়না নে নে থেম্বগী শেল থংবনি।"

"শেল থংবা ঙইরবদি শিংগে হায়বসি করিম্মু কায়দেনা। নহাকসু অহল অহুবু খরা ময়েংউ হায়বনি। মতম অমদা মপান

ফরম্বনি; নংস্থ মাগী মপান মথুন চাখিবা নত্রনে? ”

“ঐদি পৈশা পাই অমা মাঙবা ঙম্মোয়। শিংগে হায়রগা তারিক লাক্রিঙৈসিদা শিংহল্লু।”

হায়রম্নগা চাওয়াইমা হৌগত্তুনা থোকখিরম্মী। মহাক চৎখ্রবা মতুংদা তাদনা খুল্লাকপগী নাক্তা কম্না কম্ন থম্মোয় শোক্না কপ্প; ঐহাক তারম্মী। মহাকপু ঐনা লান্না তুক্কচরমক্লে; মাগী কপ্পক্তু তারুরগা ঐস্থ মিত্তগী পি শিম্বরম্মী। অমুক তুমিন্না লৈবা ঙমদ্রহুনা মাগী মনাক তান্না চঙ্শিল্লম্মী। ঐবু উবদা মহাক ইঙক ঙক্না কপ্লথা তোক্লম্মী।

খুল্লাকপনা তাকপীরম্মী, “খঙদে, ইস্থশা মাগী মশাদা মুংশি মুংএনগী রা অমত্তা পোকখিদে। ইমিৎনা ইখোঙনা উহৌবদি নত্র-বনিনা নখোয়না শেল শিংগৎখি হায়বত্থু ইপা-ইপু পন্দুনা রাশক্তুনা খুম্বা ঙম্মরোই। অহুগা ইখোলঅসি চুম্না পন্নবনি লৈবা য়োনবা নত্তে হায়বাসিবুদি ইপুনা খুম্বৗবা ঙম্মী।”

তাদনা কমলম্বদগী মক্কোক লৈপাক তানা খুল্লাকপদা খুরুম্নম্মী; মহাক্না হায়রম্মী, “অদুবু খুম্বৗরবদি ইবোক্না থম্বিরম্বা ইখোলসিদি ঐখোয়না লৈক্তবা য়াই; শেল অদু ঐখোয়না শিংজগনি।” খুল্লাকপনা হায়রম্মী, “ইশুশা থাংজেং খুরম্মু, চৈরাগ হায়বত্থু নিংথৌগী লোইশঙনি অহানবদা সাহেবনা লাকপা কুইদ্রিঙৈদা ঈনা কুপ্তুনা শাখিবনি। কুইখিদ্রি, চেক্না শাখিবা, লোয়শঙগী মথুংদা অকোয়বা কাং-দোলদা য়েক্লিবত্থু উররিনি। থা থংবদা মথায় চপচানা য়েক্লিবত্থু বিলাটকী নিংথৌ, মহারাণীনি; থা থংবা কাচিন অদোমদা য়েক্লিবত্থু হৌজিক পাল্লিবা শ্রীযুৎ মহারাজ চুড়াচাঁদ সিংহ কৌই। নোং-

পোকলোমদা য়েক্লিবশিংতুনা ওইদবা ঙাংবগী, তৌহৈদবা তৌবগী, পুকমুংদা লৈবা 'মুনি' হাৎপগী দণ্ডি ময়াম হয়েং শিরগা ফংগদৌবহু তাকলিবনি। নোংচুপ থংবা ভন্দামগীনা লান্দবা থম্বনা কাও ফাবগী, কৈ ফাবগী, ধর্ম লৈতবা নোংবাম্না কৈনা শোকপগী য়ায়ৌ তাক্লিবনি। লান্দা লাল্লুনু লাইনা তঙ্গা লাকনি।"

বিচারগী তান্নিক হায়বহু পংলাপ লাপ্লমদে, হেক্তা ময়ৌশিল-লক্লম্মী। ঐহাক চংলরোই থল্লম্বনি অহুবু খুল্লাকপনা ঐখোয়গীদমক খুদ্বীগনি অহুগী মথক্তা অভম্বা কনাগুম্বা অমগী মফমদ। ইচিন-ইনাওবু পুশিনবীহুনা য়াফম অসি তাইনবীগনি হায়রবদা নোংমা য়াংলিঙৈ সুমিদাং য়াইয়মদা য়ুম্ফাললোমদা কাথংলম্মী। সুমিদাং কৈথেল হায়গংনরকপা অদুয়াইদা খ্বায়রম্বন কৈথেল হচৌবা ফংলম্মী। খুল্লাকপনা শেল পুথোকপীহুনা ঙায়োনকম চঙহুনা শয়েং অচৌবামা লৈবীয়ে। মহাক্না তাকপীরম্মী, "অচৌ অশাংগী ইমুংদা য়াচং য়ানোম চঙবা তারবদি করিগুম্বা অমা পুশিন্দবা য়াদে। নখোয়না ঙমজদবগী ভৌবনি শেল-থুম থরগা কাগোক হাল্লবদি নচিন-ননাওগী উপায় য়াম্না ওইগদবনি।" মহাক্না তাকপী হায়বহু মঙায় শয়েং অহু লৈবকাও মহাক্না শেল পুথোকপীরবদা ঐখোয়না কদায়দগী কাগোক হায়বা শেল পুথোকচবা ঙমগনি। তাদনা অস্থুম্না হায়রম্মী, "শয়েং লৈবগী মথায় অমা অসি ঐহাক শিংজিল্লগনি। অহুগা য়ারবদি কাগোক হানবা হায়বহু কয়া য়াম্না হায়বগে খুল্লাকপনা পুথোকপীয়ু ঐখোয় অমুক শিংজিল্লগে।"

"অত্তানবসু চয়োম অচেনবসু চয়োম হায়না ইপুনা হায়খিবদো অহুনিনে ইগুশা! লাইয়বা নংনা মনিং থুংহনবা ওঃশায় কায়বগী

ইপুনা শরেংসি পুসি হায়বনি। চাওয়াইমাহোয়দি খুৎ কল্লি, মহৌশা মহৌশাদগী রাচৎ রানোম্নগী থবক য়াম্না হৈশিংই, খুরখুলগা ইপুগা ইরোইগী হাক্তক্তা খৎনখিবদু মহাক্না লম শাদুনা উচিন নাচিন্না ইপুনা ঙমহৌই, শেল তিংজরবসু। নহান্না মাগী মী-ঙাক ওইরম্মনি, অঙৌবনা মপুক চোল্লম্লগনি। ইপুনা হৌজিক চংকদৌরিসিসু মানা অদুডৈ পুশিনবদগী অসুম খঙনহৌবনি। চংলসি লাকও লাইবক য়েংবা হায়বদুনি মাগা মান্নবা শেল তিংবসু ঙম্মোয় নখোয়না।"

ঐখোয় অহুম্মক খ্বায়রম্বনগী চেক্তী থোং নম্বোনবী লান্দুনা মথা পাংনা অমুক কুমথরম্মী। করি লম কৌবগে, করি খুম্নো থঙদে লৈরক অমদা পুশিনবীরম্মী। কোম্বোং মরী মঙা লাম্বোক্লগা ইমুং অমদা চঙশিল্লে। মাঙ্গোন্দা লালটেন থাউমৈ থান্দুনা অঙাং অমা অনীগা অহল অমগা লাইরিক ওরাইরম্মী। খুল্লাকপনা অঙাং অমদা হংলম্মী,

"ইমা লৈরো ইবুংঙো?"

"ইস ঙাসিদি চাওখ্রেদা ঐখোয়গী পুরক্লিবা নত্রা পুশিনগ্রগে।" অঙাং অদুনা খুম্লম্মী।

"পুশিনখ্রে পুশিনখ্রে।"

অঙাং অদুনা "ইমা ইমা" কৌদুনা চেনশিনখ্রে। ঐখোয় অহুমদি চুরীতাকমদা অদুমক লেপহৌরি। ঙাইহাক লৈরগা হঙ্গাম-মপানগী খুদৈ ফৈজোম্মুক চোম্না শেৎপা, মোজাফুরিৎ ঙৌরোক ঙৌবা লিৎপা, মথুক্তা চিনচুপ হাপ্পা চুরুট থকপা মুপা অমা অঙাং অদুগা তুংথা মাংথা থোকমিন্নরক্লে। মহাক হেক থোরকপদা খুল্লাকপনা মাঙ্গান কাখৎখিদুনা খুরুখুদক কুম্না খুরুম্মী, ঐখোয়বুসু

খুরুম্মু তাকপী। ইমুংদগী খোরকপা মুপাদুনা মুম্না য়েংলগা হংবীরম্মী,
"ঐবু ভাবনা লাম্বা ফংদে, করি লমদগীনো য়াম্বা ?"

"ননাই ঐহাক কাংচুপ চীংখোংদগীনি। খুল্লাকপনি।"

"ও-খুল্লাকপা ! উখিদবা কুইরেদা ঐ নীংশিংলক্লে, করিগীনো, লোইথবদায়নে নংগী য়াহুবো ?"

"ঐজ্জা ননাই ঐগীদি চরনগী কুপাদগী ভমজখে, ননাইশিং অনীসিগী করিগুম্বা অনক্ত' লৈরদুনা ম্না চরন্দা হুঙৎকে লাকচবনি।"

"মমাং শঙ্গোয় অসোমদা চৎসি অভাংশিং লাইরিক তম্বীবা অসিদা মুংভাইররোই।"

ঐখোয় হৌগত্তুনা চুরিদা কুমথমিম্নরে। মুপা অদুনা ইমুং-লোমদা ওনশিন্দুনা খোদারম্মী—

"হেমো ! হাই, হেমশিং ! থাউমৈ অনত্তা পুরকউ হাই !" হায়বগা য়োৗরকপগা মাম্নখিবগুম য়উই, ঐখোয়না মমাংশঙ্গোই য়োফাব্রিভৈদা থাউমৈ য়োৗবকলম্মী। অবাং থংবা কা অদোমদা অরোনবা ফক অমদা মুপা অদু ফমখে; ঐখোয়বুম্নু মনাক্তা লৈরদ্বা ফক অমদা ফম্মু হায়রম্মী। খুল্লাকপগী মতো তমদুনা ঐখোয়দি লৈপাক্তা ফমলম্মী।

"করি য়াগীনো হায়য়ু তাসি।"

"ননাই অনীসি তোনবা হায়ববু অসিদগী হেন্না তোন্নিংভাই লৈত্রে। মবেন অমত্তং লৈজরম্মী লৈখিদে। মবেন অদুনা লৈরি-ভৈদা ইঙ্খোলদু পম্নদুনা শেল খরা পূ-মাল্লে। মহাজনদুনা ইঙ্খোল লৌরগনি হায়দুনা মথক্তা চে থাদুনা নহানমুকস্মু লেংখ্রবনি।"

"ও ! ও ! নীংশিংলক্লে চাওয়াইমাগা খৎনবা কেশত্তু ওইবা

তারে। চুম্মীনে অঙাং অনীসিস্থ কারকইনা হো?"

"অদুনি ঐজ্ঞা, কেশ অদুনি।"

"মদুগী কেশ অদুদি চাওয়াইমানা লৌঙনা উইদা, রেজিষ্টার দলিল অমা লৈবদুনা হায়বা।"

"ননাই ঐখোয়না খওজহৌবদি ইখোল অদু য়োনবমক্তি নত্তে শেল পুবদা ঐখোয় লল্লাইগী চৎনবী পোৎ অমা অদুক পন্নসি হায়বগী পন্নখিবনি। রেজিষ্টর তৌবা য়ানবা হায়দুনা লৈবা য়োনবা হায়দুনা ইনখিবনি। খংদে, ননাইশিং অসি উৎতা তুবা ব্রাইদা চৌগৎলবা ঙাক্তনি। স্না চরনদা হৌনবী করি অমত্তস্থ কৎনীংঙাই লৈজদে।"

"অদুগীদি লাইব্রিনে খুল্লাকপা, মদু তৌদ'য়াদে হায়বা করিস্থ লৈত্তে। হোয় ঐগীদি লাইব্রি মখোয় অতৈদুদি চাওয়াইমাগী মী ঙাক্তা ওইনা উই। অদুস্থ মতোকও হৌজিক্কি শেল পুরগা নখোয়গী পোৎ পন্নবী হায়বসি ঙাক্তা মঙায়থ্রে হৌজিক কানগী কেশ হায়বু। তৌদ্রবস্থ পুক্ষম লৈত, অনংবশিংদস্থ পংব্রা মব্রায়বা।"

"মসি অমুক্তং স্ন.বুদ্ধি তৌবীদুনা।"

"ঐতনস্থ ঙম্বা, নত্তেদো খাংজেংগী কৃপা হায়বদুনি। ঐস্থ মী অমা অনী লাক্কদৌবা লৈ।"

"স্নায়াথং তাকপীরিবদু মঙাই, ননাই ঐখোয়স্থ হঞ্জরগে।"

অমুক হন্না ঐখোয় অহন্মক খুরুমজরে। মহাক্কা ইমুংলোমদা চঙহৌরে ঐখোয়স্থ অদুম থোক্লক্লে।

শুক্কা মম্বা অহিং অদুদা কদায় তান্না অমুক চৎক:দৌরিবা খঙদনা খুল্লাকপগী মতুং ইন্নদুনা অস্থম থোক্লক্পদা লৈরক মতুং

অহুদা বারী রাতাই শানহুনা মখোয় খরমু চঙলকলম্মী। রারী শাম্নরিবশিংগী মমুংদা নহান ঐনা শক খঙবা কাউঙমদ্ব। খোনকম অমা য়াওরম্মী, মহু হেক তারুবদা ঐহাক কোকচাউবী কারম্মী, তাদগী খুজেং পায়রম্মী। মহাকসু খঙবগুম্না চপ লেপলম্মী। লেংথেনহুনা অহুম চঙশিনহৌরে। লম্বী পরিং তারবদা তাদনা হৌদোকলম্মী—

"ইপু হৌজিক চঙখিবহু চাওয়াইমাহোয় মাল্লি।"

"ওইরম্বা য়াই, লৈবাক্কী অঙম্বা হায়বসিদি ঐখোয়গী ডাক ওইগে য়াবরদো। নখোয়গী লাইবক্তা তম্বা অমা লৈরম্নগনি।"

খুল্লাকপনা চিংহুনা ইমুং অমদা চঙশিন্দুনা অহিং অহু লেল্লম্মী। নোংডাল্লগা ঐখোয় অহুম্মক লোইশঙলোমদা অহুম চৎলে। অঙম অখৌশিং কানরক্লবা মতুং ফনা য়াম্না চোস্থরগা নহানগুম্না ঐখোয়বু কৌশিল্লকুনা লোইশঙ মমুং চঙলম্মী। অঙম্বা অমনা ঐখোয়দা অম্নম্না হংবী, "নখোয়গী সাক্ষী সাবোদতি লৈবরা?"

তাদনা খুম্মী, "লৈ।"

"পুশিল্লকউ অহুদি।"

তাদনা থোকখিহুনা ইপুবু কৌশিল্লুরে। মহাকপু দোলাই-পাবা হঙ্গবনা রাশক রাতেমহল্লম্মী। রাশকপা লোয়রগা খুল্লাকপদা অম্নম্না হংলম্মী,

"অহল নংবু মখোয় অনীসিনা থৎনরিবসিদা করি থঙবগে?"

"ননাই ঐনা খঙজবা হায়ববু ইচে অহুনা লৈরিবৈদা শেল খরা পুই। শেলহু পুবদা ইথোল অসি পমৈ, ইথোল য়োনবগী বাদি হায়নখিদে, অসিতনি।"

চাওয়াইমনা মরক থৎলম্মী, "মীগী দলিল লৈরিবা অসিবু ওন্থোক্লা ঙমগ্রেদা।"

অঙম্বনা, "নুপা নহাক্কী নথৌ লৈতে।—মীগী দি রেজিষ্টার দলিল পুগোক্লি?"

"য়োনখিবা নত্তে পল্লবা হৌনৈ হায়দুনা পন্নখিবতনি।"

"অসিনা লোইরব্রা অঙাংশা?"

তাদনা, "শেলস্থ ওথ্য়ায় অমা শিংগৎচগ্রবনি।"

"রসিদ লৈব্রনে অদুবো?"

"লৈতে।"

"অদুদি কৈদৌননি?"

খুল্লাকপা থোকহনগ্রে। ঐখোয় পুন্নমকপুম্ম খোকখে। হায়দুনা ঐখোয়স্থ মপাল খোক্লম্মী। পুং অমরোমগী মতুংদা অমুক কৌ-রক্লম্মী চঙখিবদা অম্মুম্না তাকপীরম্মী,

"ঐখোয়না থা অমগী মতম পীরিবসিনি, থা অসিগী মন্নুংদা নখোয়না যেচ্ছা উপায় তৌদুনা ইখোল অসি থাদোক্কদবনি; মসি মীনা মমল পীদুনা লৈখ্রবনি। খৎনক্লগম্ম, ইরেন্না পীখোকখো। থা অসিমগী মন্নুংদা নখোয় ইখোল অদু থাদোকউকো।"

হুকুম হায়দোকপা হেক লোইবগা হুঞ্জবনা চাওয়াইমাদা তম্মন্না হায়রম্মী, "হাই নুপা রাখৈশেল কংলু।"

চাওয়াইমা দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুমহৌরে। ঐখোয় অনীনা খোকও হায়রদুনা অদুম খোক্লম্মী। হেক খোকখিবগা খুল্লাকপনা হংবীরম্মী; পাউ অদু মাঙোন্দা তম্লম্মী।

খঙহৌরবা রাথলগী খোম্থাং অমনা ঈহৌররি, হৌজিক্কদা

মুমিৎ অতুদা তাখিবা মখোয়গী রায়, অরোইবা বিচারগী রায়! অসিরা রায়েলশঙ, লোইশঙ, অচুম অরানগী মন্দির হায়রবতু? নিংথৌগী লোইশঙ, নিংথৌগী সন খুদা, লোইশঙ মমুংগী কাংদোল অকোয়বদা অরানবা চৎপগী ফংফম থোক্কপা দণ্ডি ময়াম য়েকখিবা? কনানা কনাদা পীগদৌরিবা! ঙাংনবনা অমা, ইনবনা অমা, করম্বনা চুমশিবা! কনাদনো দোষ পীরুগদৌবা? মীনা ফত্রবদা আইন্না ফহনবা ঙমত্রা, শেমদোকপা য়াত্রা? মখোয় অসিগী মমাংদনিকো ঐখোয়না খুং লোম্নতুনা, খুকউ লৈপাক তানা, ভক্তি কত্তুনা অচুম্বা নীজখিবা! অদুবু অমুকসু তারকই খোঞ্জেল অমা, করিগী অদুপ শাওরুরি, মখোঙ মখুৎ পুনশিল্লবা, য়োংকী পোম্নুংদা হাপচিল্লবা, মশক মতৌ চঙখোল্লবা, চেক্লাগী মচিন্দা শোল্লিবা, শ্রীহরিগী নামামৃত অদুবু শক শোল্লিবা, নহাক্লা খঙলিগত্রা—তারুরিবা ঐখোয়গী থম্মোয়দদি শেঙলবা রাখনবু ঈহৌহল্লি, সংসারগী অরা-অনা পুম্বা কাউথোকহল্লি, মক্রুবা তাইবংপান অমদা খোঙদাহল্লি, কৈসু খঙত্রবা চেক্লাতুবু অরান খুভম ফংহল্লি।

হুকুম অদু হায়দোক্কপা মুমিৎ অতুদদি অফ-ফত্ত খনবা ঙমলমদে, স্বপ্নগী ঐখোয় তাদগা ঐগা মুমিত্তুদগী থা অমগী মতুংদা কনাগীদা লৈরুগনি, মফম খুদিং কোইচৎ চত্তুনা, উচেক রায়াগুম কোইপাই পাইদুনা লৈরুগত্রা অসুম্না থল্লম্মী; তৌইগুম্বসুং রারমদে ঐগীদি অদুক হাক্লা, ঐখোয় তাদা লৈরি, মহাক্লা লৈরিভে ঐগী রাংকদবা করিনো? অদুবু পুক্নীংদি তরোয় তরোয়রম্মী, পোৎমাঙ চৈমাঙ নংলবগুম্মী, অওইবমকসু নংলবনি। ঐখোয়গী অবাবগী মৈচাক অদু থুল্লাকপা ফাওবদা মৈরী কাওখি। মমিত্তা ঈরা

চেন্নহুনা মহাক্না তাকপীরম্মী,

"লাকও লাকও ইগুশা! তাইবংপান অসিদা লাইরা অনংবগী মীচং অমুক লৈবা হৌনদে।"

তাদদি লোইশঙগী সিঁড়িদা লেপ্তুনা অহুম লৈরম্মী, সে-মাই থুন্নমদে। থুল্লাকপনা কৌথোকপীহুনা ঐখোয় অহুম্মক ঐখোয়গী থুল তান্না লাকমীন্নরম্মী।

লম্বীদা থুল্লাকপনা অম্মুন্না তাকপী, "অসি ঙাক্লি থৌবা, নপুক্নীংদা নত্তবা করি অমত্তা খল্লুম্মু ইগুসিদি। মীবু উচেক্না চেল্লি হায়বা তাগ্রবরা? তাইবংপান অসিদা ঐখোয় কনাস্মু ফিজেৎ অমা পুহুনা লাকপা নত্তে, পাই অমা য়াদা উমহুনা খোঙদারদে। ঐগীনি হায়বা করিবু লৈবগে? হিংলিঙৈ অসিদা ঐগীনি মাগীনি হায়হুনা পুহুনা চৎপা য়াররোইদৌবা পোৎময়াম অসি থুবাম থম্না হাপচনীংই। হাপচসম্মু ইগুসিদি। মুমিৎ অফবা অমা য়েংলগা ইপূগীদা হেক লৈথোকপস্মু মঙায়।"

তাদনা থুন্নমম্মী, "ঐনা মুংঙাইতবদি ইখোলগী ঙাকস্মু নত্তে, মহাক্না ইবোকপু অম্মপ কুইবা থাজহন্দুনা লাক্লগা, রাফংনবা য়াররোই হায়বগুম্না ইবোক্না হেক থুপখিবগা য়ারগনি মতাগুম চে থাহুনা চেন্নাক চেনফোইগুম তৌথ্রিবা অসিগীনি।"

"অহুবু পৃথ্বী লৈমায় অসিবু মাগীনি হায়হুনা কয়া কুইনা লৈগদগেনে?"

পাউথুম অমত্তা পীরমদে। থুল্লাকপগী রাফম অহু ঐহাকস্মু অহুক হান্না মুম্না লৌবা ঙমলমদে। তাদনা হায়খিবগুম্না ঐগী পুক্নীংদা ওয়্নোক্না লাকচগ্রেদা হায়বা অমা ইনৌ নৌবা ফাওরকই। ঐনা

থল্লম্মী, চাওয়াইমা অসি মফম চাবা অমদা মহাকপু ভাইরগা মপোক অসিমগী মানা য়াম্না পামজবা ইংখোল অসি ফংবা ওমদনবা অরোইবী হেক্তা তৌরবদি ওস্থোক্না মুংভাইখ্রনিদা। মহুগীদমক লানওং শিনবদা ঐগী রাখল পুন্না চীংমান লোক তাই য়োনা চৎলম্মী, মখোয় অনীনা কবি রারী শাম্নখিবগে হায়বা ফাওবা তারমদে ; ঐনা খল্লিবা শাগৎ-লিবা অহু করম্না লোইশিনখিবগে হায়বস্থু ঐহাক খঙলমদে। অহুগা অসিনস্থু থাজরম্মী, য়ানবা হায়বা লৈতে, য়ানদবা হায়বা লৈতে, হুরান্নুরবস্থু হুরানবহু লোৎপা হৈরবদি হুরানবগী দণ্ডি ফঙভোই, মী হাংলুরবস্থু মীহাৎপহু খঙহনদবা ওম্নবদি মীহাৎপা ওইরোই। লোৎ-পা হৈতবদা লৈরে মরাল হায়ববু। অহু ওইরবদি ঐনা কনাস্থু খঙহন্দবা ওম্নবদি চাওয়াইমাবু ঐনা পাম্বা দণ্ডি ইথুৎনা পীবদা ঐহাক দণ্ডি করিস্থু ফংলোই।—অহুম্না থাজরম্মী।

ঐখোয়গী খুল য়োরম্লে ; খুল্লাকপনা ঐখোয়বু চঙভো হায়হুনা ঐখোয় অনীমক য়ুমলোমদা লাক্লে। অয়ুক্কগী চরা হেন্দুনা লোইশঙ কারুবনি অহুবু চাক লামফম খঙলমদে। ইমুংদা ফুক্লাক 'পান্দা ঐখোয় অনী ফুঙ্গা রাংমা রাংমদা ফম্নহুনা অহুম মরৈরম্মী।

নীনি হুমনি হৌজিনখ্রে ; ঐখোয় তাদগী মায়থোং খঙহৌদনা ময়েং তাখিরম্মী, মশা মউ ওন্থোক্না চোকথনা উরম্মী। মথস্তা হেক হেক ফমহুনা অঙাওবগুম মুরুম মুরুম শোল্লি অহুবু তুম্মুবদগী মিকপ থোক্লকপগুম ঐবু হেক উরগা থবক শুবা চৎশি হায়হুনা হেক হেক হেক চৎমিনরম্মী। থবক হায়রা খুত্তা হেক থোকপা নত্তে, নোংমনা অমগীদা, নোংমা অমনা অমগীদা অস্নুম্না খুলং চৎপগুম্না কোয়চৎ চৎলম্মী। রানা শুরু চংলুরবস্থু ফংলকপা খরহু চনীং তানা চাবগী

সুংঙাইবাহুমদি কংখিত্রে ; শুরি চৎলিঊৈদনা রাখলগী পোলুমহু অহুক লুল্লমদে ; রাখলগী পে ৎলুম পুরিবা পুক্লীংগী অরাবদি ইচিন ইনাওদা ভরক তরক লৈরবতদা খঙহৌ উহৌদনা হেক্তা ময়াক্লম্মী, থাদোক্কে ঙমলমদে। ঐগী পুক্লীংদা থাজরম্মী, ঐগী করি রাংকবা, তাইবংপান অসিদা ঐগী ইয়াম্বনবু লৈরবদি ঐগী করি অরাবা লৈগনি ? অহুবু ঐখোয় তাদগী খেগুম লাংশিল্লবা মায়খোং, মাগী খঙহৌদনা হুস্থিবা পুক্লীংগী মমি উরুবদা ঐগী খোনা হুস্থিরম্মী, হনখিবরা হায়বস্থু নত্তে, ঐনা থাজরম্মী মহাক্কী মপাঙ্গল ময়ৌশিং মাঙথ্রে, মসিগী মরু চাওয়াইমানি—মহাক্তনি, মহাক্তনি ! করিনা লমন খুমগনি ?

করিনা লমন খুমগনি ? মসিনি ঐগী লাকঙম কাঙমদ্রবা রাখল হায়বহু। ঐখোয় তাদগী মতৌ উর উরগা ঐহাক খৌগংনরকই, মৈ-চাক অসি অসুম অসুম ছাপকংলকই। নোংমদি রানা শুরুবগা ইচিন ইনাও চাক চারসি হায়দুনা চাক খেবদুনা থম্লবদা মহাক ইরুজগনি থোকথ্রগা খুনগী পুথ্রী মপান্দা মথস্তা কপ্পুনা লৈরম্বগুম উরম্মী। ঐহাক লৈবা ঙমখিত্রে, ঐহাক্কা থাজরম্মী চাওয়াইমা অসি হেক লোইথোক্ত্রিমখৈ ঐগী ইয়াম্বগী অরা মৈচাক অসি কোক্লরোই। অসুম্না লেপ্লে, য়ুম্নোমদা চঙলক্তুনা করম্না পাংথোকলুসিগে খল্লম্মী, ইমুং মনুংদা কোইয়ুং য়েংলম্মী ; ঐখোয়না লৌবুক পেংবগী থাংজৌ অমা লুথুম কাদা ভাহুনা লৈ, চঙশিন্দুনা থাংজৌহু খুহুম চেৎনা পায়রম্মী, পায়রগা ঐহাক্না অঙাওবগুম লাওথোক্লম্মী—ময়ৌম্দি ঐহাক খঙদ্রে। খুদক্তা ঐখোয় তাদনা চঙলক্তুনা ঐঙোন্দা হংলম্মী,

"করি হায়বা নীংথেম, করি হায়বা নংনা হৌজিক লাউখিবদো ?"

"ঐবুকরি হায়থ্রবগে ?"

"নখুত্তগী থাংদু থম্মু। মাঙলে অদুম্না থক তৌফদে। নহাক্না লাউরিবা ৱাদু থক খনফদে। মহুদি পাংদ্রবা অয়স্বগী পুকচেল্লিকো। নহাক অঙাংনি ইয়াম্বগী মিত্তদি নহাক অসি অদুঙৈগী চৎপা হৈত্রিবা অঙাংদু অদুম মঙইরি। হায়য়ু, অদুম্না থক তৌরোই হায়য়ু—ঐহাক ল ল্লে হায়য়ু।"

"ঐহাক নংগী নশক য়েংবা ঙমদে, নংগী অমাবা মৈতাক [illegible]রদ্রে।"

"অদুনবু কোক্কদ্রেনে ঐগী [illegible], নীংবা [illegible] [illegible] ক্তাগী নীংঙমদবা থক কোক্কন [illegible] নত্তে। মহুদি [illegible]। ঐবু [illegible], ঐহাক নংগী নয়াম্বনি, ঐনা [illegible] নহাক্কী [illegible]। ঐগী ইঙ্গৌ ঐবু পাংথোকহল্লু। অদুম্না লমন [illegible] নত্তে।"

নহাক্না চঙশিল্লক্তুনা ঐনা পায়রিবদু মুল্লম্মী। ঐবু [illegible] ঐখোয় [illegible] চাকলুকপান্দা ফম্মীরম্মী।

মঙানি তরানি হৌজিনগে, ঐখোয় ত দন ঐবু [illegible] থাদোকখিদ্রে। খুল্লাক্পগীদা চংসি হায়দুনা পুম্না [illegible]। [illegible] হৌদোক্লম্মী, "চা [illegible] য়াম্ন, পানলিবসি ঐহাক্না থনবদা শেল্লি। নানা হায়ৱিবা শেনসি [illegible] [illegible] ইঙ্খোল অসি তৌদবগে [illegible]।"

"নখোয়বু শেলদু পীবা ঙমগদ্রনে?"

"মানা য়াগদ্রা?"

"য়াগনি নীংই। নহুমক্তদা য়াদ্রবদি খুল ঐখোয় মমাংসি [illegible]লিরিদনা।"

"অদু ঙইরবদি খুল্লাকপনা মহাকপু অমুক্তা খুনগী মমাংদা কৌবীয়ু। ৱাফম অসি অমুক্তা হৌদোকপীয়ু।"

মহাকস্নু য়াবীরম্মী। ঙাইহাক অদুদা খুনগী অহল লমন কৌ-

হল্লে. চাওয়াইমাবুসু কৌইল্লে।

খুনগী অহল-লমন ময়াম চঙহুনা চাউয়াইমাগা কয়া তক্নরে, ঐখোয় তাদনা কয়া হায়জরে অহুবু মহ'ক্তি য়াবা মরৈখিদ্রে। মখোয় ময়াম্না হায়নরিবা রাশিং অহু ঐহাক অহুম তুমিম্না তাবা ভম্রক্রহুনা মফম অহুদগী থোক্লক্লে, খুনগী শঙ্গাবু তান্না ইথন্তা লাক্লে। খুনগী অহাংবা মফম অহুদা লেপ্পগা ঐহাক করি তৌসিগে পোল্লেগফম খণ্ডদনা লৈরুরে। অসি য়ৌনা পুকচেন ফত্রবা, অসি য়ৌনা অচাওরম ফাবা, অসি য়ৌনা মীহু শি খণ্ডব্রবা মীশক অসিবু করিগীদমক ঐখোয় তাদনা শিরগে মখে কনথংলিবনো ঐহাক ভাব তাবা ভম-লনদে। অমবু ওইরবসু, অমবু ওইরবসু, ঐসু ঐগী ইথৌ খরদি পাঙ-থোকপা তাই। করম্না পাঙথোক্লদবনো অসিনি ঐনাখল্লিবা। ঐহাক কনা কনাসু উদবা মফম অহুদা পাখোঙ অসি ফোঙগে লাক্লরম্মী।

মঙানি তরানি অমসু তৌভম খণ্ডদনা লৈরিঙৈ চৈরক্নদা চৈরাপ কোর্টকী অনৌবা সমন অমমুক য়ৌরক্লম্মী; রারোলদি, ঐখোয় ইচিন-ইনাও অনীবু অকক্লবা মুমিং অমদা য়ুম ইখোল্ল থাদোকদবনি নত্রবদি আইনগী হৌনবী মতুংইন্না চথরগনি অসিনি। ঐখোয় ইচিন-ইনাও অনীগী য়ুমলৈ কৈরৈ অহু য়েংলগা করি খল্লুরবনো খঙদে চে লাকপা দোলাইপাবনা অসুম্না হংবীরম্মী, "ইচাশা নখোয়দি কনাগুম্বা বাড়ী সবন্ধ থোকপা, নখোয়না চঙজবা য়াবা কনামত্তা লৈত্রবরা?" তাদনা লৈতবনিনা লৈতে খুমই। মথংদা মহাক্না ঐখোয়গী রাথোক অসিগী মরীদা য়াম্না কুপ্না হংবীরম্মী, তাদনা রারী পুম্বা অমত্তা চিথদনা স্তমলে। রারীহু তারগা মহাক্না অহুম্না হায়রম্মী—

"ইচাশা নখোয়গী রারীশিনা হুবা ওইরবদি ঈশ্বরনা কৃপা

তৌনি। রায় অসিগী মথক্তা আপীল অমুক্তং তৌদনা ?"

"আপীল হায়বদি করিনো খুরা ?"

"চৈরাপকী মথক্তা জুডিসিয়েল মেম্বর হায়বা অমা লৈরি। চুমদবা বিচার তৌরবদি মখোয়না চুমথোকই। মখোয়দা রাকৎপা য়াই।"

তাদনা মকোক লৈপাক তানা খুরুমহনা অম্মা হায়জরম্মী, "খুরা, ইচিন-ইনাও অনীবু অমুক্তং অরাবসিদগী কোকহনবীয়ু। ঐখোয়গী কনা অমত্তা লৈজদে, খঙন-চান্নবস্তু অমত্তা লৈজদে। ইবেন্না থনম্বা ইস্কোল অসিমত্তং মাঙহনবদনবা তৌবীউ। মাগী শেন্দোন ঐহাক কেংক্রবা হোৎনজগে, খুরানা অমুক্তা লম শাবীয়ু।"

অহল অচুনা ওাইহাক খল্লগা অম্মা তাকপীরম্মী, "হুকুম অসি ঙসিগা থানা মুমিং কুম্নি গুরে। ঙসি হয়েং অসিদা থাহৌদ্রবদি মতম হেল্লগনি। ঐখোয়গী অচুদা অসিগুম্বগী আপীল ইবা হৈবা, আইন কানন খঙবা অহল অমা লৈ। মঙোন্দা নখোয়না অঙম্বা খরা পুচুনা হায়জরু খুরানা তাকদবা হায়ববু অসিনি।"

তাদনা হায়রম্মী, "হৌজিকমক খুরাগী তুং ইল্লগে, অহল অচুদা, খরা পুশিনবীয়ু।"

অহল অচুমু ঐখোয়গী ইতৌ অচুদা মুংশিবীরমাল্লে, পুবগে হায়না য়াবীরচুনা ঐখোয় তাদনা চৎকদগী শেম শারম্মী। অরৈবা মফি-মরোল হোংদোক্তুনা চৎলগনি হায়না থোকমিন্নখ্রগা ঐখোয় তাদনা অমুক হঞ্জিল্লক্তুনা ঐবুসু চৎসি হায়চুনা ঐখোয় অনীমক অহল অচুগী মতুং ইন্দুনা য়ুম্ফাল য়োৌনবা চৎমিন্নরম্মী।

মুমিং রাতোল লোক্লকপা অচুরাইদগী লাকপনা মুমিং য়ুংথ্রবং, কনা য়াম্না লৈথরক্রবা মঙমদা য়ুম্ফাল য়োৌরম্মী। বিচার তৌফম

চৈরাপ লাং মুক্লুনা অমুন ল.ক্লগা, শগু অচৌবা পরেং পাবা, সনং থোগুদা নোংশাগী মুর্তি শাদুনা থম্বা মফম অমদা ঐখোয়বু পুশিনবী- রম্মী। লোইশঙগী তুং ওইনা পাক-খন থনবা শগু অমদা পুশিনদুনা, পরেং পরেং কমলয়া অহলশিং অদুগী মরক্তা, খা ইথং থংবদা ফম্লিবা মীয়ায় ওইরপ উরবা মহল অমগী মনাক তাম্ম। চঙলম্মী। চৈরাপকী দোলাইপাবা অহল অদুনা ঐখোয় ইচিন-ইনাও অনীবু মাঙোন্দা থুক্রকল্লে ; থুরুম্মুবদা মুপা অদুনা ইঙক ঙক্লা হংলম্মী,

"করিগীনো ঙবুংঙো অঙং অনী অসিনা ঐবু থুরুম্মিবা অসিবো ?"

দোলাইপাবনা ঐখোয়গী মরী অদু অমত্তা চিংখদবমখৈ তম্মগা অম্বয়া হায়রম্মী,

"নখোয়গী মতৌ য়েংবা ঙমদ্রদুনা ঐনা লম শাদুনা পুররক্লবনি। তাঙাংনা উপায় অমত্তং তৌবীদ্রবদি করমনো! মহৈ ফংগনি। মখোয়গীনি হায়বা কনামত্তা লৈজদ্রবনি"

অহল অদুনা ঐখোয়বু মুন্না য়েংলগা, "নখোয়গী ফিস থিনবা পৈশাদি লৈজগদ্রা ?"

"পৈশা কয়ানো ?" ঐখোয় তাদনা হংলম্মী।

"লুপা মরী মঙা চঙগনি।"

"হৌজিক্তি পৈশা অমত্তা য়াওজরক্তে। অদুবু পোং অমদি য়াওরি। মসি থমজরগা য়াগদ্রা ?"

"করিনিনা ?"

ঐখোয় তাদনা ফিরৈদগী ফিজেং অমা পুথোক্লুনা ফিজেত্তুগী কিশি থোক্লম্মী। ঐসু করিনো হায়বা খঙলমদে। কিশি থোক্লগা সনাগী লীক পরেং অমা পুথোকলক্লে ; অহল অদুনা ইঙক ঙক্লা হংলম্মী,

"কদায়দগী লিক্লু পরেংনো ? য়াম্ন হন্না উরিনা ?"

"ঐখোয়গী ইমানা শিরংনি হায়না ইবোক্না পীরম্মী। ঐগী নাওগীনি হায়না ইবোক্না পীরম্নি। রাখোক অসিগী চঙগদবা পুম্ন-ক অসিনা শিঙ্গিন্নবীনু। অম্নুপ চঙই হায়বহৃ ঐহাক অমুক হন্জিন গে।" অসি হায়রগা মাগী মমিত্তা পিগী ঈরা চেনবহৃ ঐহাক উরম্মী।

অহল অনী অহৃ মহৈ মহৈ য়েংনরম্মী। তাদনা অমুকম্তু হায়-ম্মী, "ঐখোয়বু অমুক্তা পোকপীয়ু, লায়রবনিনা শেনদি মতিক চানা চ্চবা ওম্মোয় ; ঐখোয় মীনাই ওইজগে, ওসিদগী।"

মুপা অহৃনা মুন্না য়েংলগা লীক অহৃ তাদনা অমুক পীরে, পীরগা নহৃম্না হায়রম্মী —"কদাই নখোয়গী চেহৃ।"

চেহৃ পীশিল্লম্মী। রা মথা অমুক তাদনা মহাক লাইরিক ইনবগী শম শাখ্রে, ইবা হৌগংখ্রে। মামা পুখোকলকপা চেহৃ পুনখন থন্না ইরবা মতুংদা ঐখোয় ইচিন-ইনাও অনীবু শোই তৌ হায়রম্মী, ঐখোয় শোই তৌরম্মী। শোই তৌরবা তুংদা মহাক্না,

"দরখাস্ত অসি ওসি শোইদনা থারগনি নখোয়গী কেশ অসি ঐহাকমক্নাদ বিচারপতি নত্তবনিনা শোয়দনা ওন্‌গনি হায়বদি ওমদ্রে অহৃবু ঈশ্বরনা কৃপা তৌবা য়াই নীংই। লীক অসিম্তু পায়শিঞ্জরো। নখোয়না শেল থোকলক্লগা ঐগী অরামন পীরো। নয়ুমদা হল্লো। অহুগা ওম্মবদি অমুক্তুংগা লাক্বখো। ঐনা পুশিন্নীংবা মফম অমতং লৈরি, নচিন-ননাও অমুক্তুং খুরুমজো।"

"ঐখোয়দি য়ুম অহৃদগী তাম্থোক্লগনি হায়না খুরা অসিনা তাকপী। ইপগী য়ুম খওজখিগে ওসি অসিমক।"

"ঐদি য়ুমদা কুমগদবা রাংলি। মোংমা থিরকউ।"

"ঐখোয় ঙাইজখিগে।"

তাদনা য়াদত্রনা ঐখোয় অনীমক মাগী থবক লোইবা ঙায়ত্রনা মাগী মনাক্তা অত্রমক লৈরম্মী। দোলাইপাবা অহল অত্রহ্ু থবক লৈ-হৌরি হায়না ঐখোয়দা তাক্লম্লগা চৎখ্রে। মতম কনা য়াম্না থেঙজিনখ্রে মুমিদাংস্থু চারম থক্লম খঙদবনে অরাম খোৱাংবনা ঐহাক লৈফম খঙ-লমদে। মুমিৎ খুদিংগী দি অসাইনা ঐখোয় তাদনা ঐবু চরা হেনগনি হায়বসিগী য়াম্না মুংশ্য থীনা হোৎনরগদৌবনি, মুমিৎ অত্রদদি মহাক কাওথোকপ্রবরা খঙদে। হায়গুম্লত্রনা কম্বা মথৈ কম্লবা তুংদা মহাক্না, "নংদি ঙসিগী চাক চারক্রি, ঐদি ক ওক্লরে" অহল অত্রদা ওনশি-ন্দুনা, ইপন লীক অসে অগুম্মক থমজরমগে কেশকী অচ বা অত্রগীগু ওইসনু, অঙাং অসিগী চাক চখোম অমত্তং ফংনবা তৌবীবা য়াগদ্রা?"

ঐনা লামদে হায়বদি হায়বসাই লৈফমদি খঙলমদে। অহল অত্রনা মাগী থবক থানা লোইশিল্লম্লগা ঐখোয়বু পুত্রনা লোইশঙ অত্রদগী থোক্লক্লম্মী। মখা পাংনা ফনা শাংনা চৎলগা ময়ুম য়োৱে হায়ত্রনা ইঙ্খোল অমদা পুশিনবীরে।

পংচাও চাওদবা মখা শঙ্গোই অমা লৈরম্মী। অহল অত্রনা ঐখোয়বু মাঙ্গোলদা কমহল্লমলগা ইমুংদা চঙখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা ঐখোয়গী নাক্তা লাক্লুনা ফমলরে মহাক্না হায়রম্মী,

"ইচাশা নচিন-মমাও অনী চাক চখোম অমমমতা চাখিসি। চাক থোংনবা নন্দোম্না হোৎনখ্রে।"

"ঐখোয় তাদনা, ঐদি চাত্রবহু য়াগনি। অঙাং অসিদংদি—"

"নখোয় অনীমক চাগদবনি। অত্রগা ইপন বা অমা হায়গে। মহাক্না অসাই পীবা লীকসে নচিন-ননাও পুজখো। ঐগী দরখাস্ত

বগী, কে টি ফিংগী লুপা মঙা মখাগরোমদনি, নখোয়না অঙম্বা মতমদা শগুঙরবস্থ য়াই, শিগুচন্দ্রবস্থ য়াই।"

"তৌবীমু ইপন ঐখোয়গীদমক রাধীখা অতুগা শেনস্থ খোং-দাকপা হৌনদে। ইবোক্লা ওন্থোক্লা লুনা শিম্নরম্বা লীক্লি। য়ুমগী হান্দ্রা হোরাংবা অতুদা থমকম ফাওবা লৈতে। ঐখোয়না অচৎ খুদিংগী পুবদা তাহৌগদ্রা হায়নস্থ কিরে। খুল অতুদা ঐখোয়না থাজবা মীশক অমনি গায়না লৈবা মী ফাওবনা ইবোক্লা লৈখিদ্রগা মাতুনা ইখোল ফাওবা মুনগনি হায়রবা অসিদা ঐখোয়না থাজবা অমুক লৈত্রে। ঐখোয় ইচিন-ইনাওবু অমুক্তা পোকপীয়ু, ইপনগী সেবা তৌজগে, ঐখোয়গী ইখোল অসিমত্তা ঐখোয়গী ওইনা থম্বীয়ু।"

লীক অহু লৌশিল্লুবগী মহুত্তা ঐখোয় তাদনা মুপা অহুদা দগুাং তৌহনা খুরুম্ল্ল, ঐমুনগী মতৌ তনহনা খুরুমলে। অহল অহনা কমলম্বদগী হৌগত্তুনা "হৌনদে ইচাশা হৌনদে হৌগৎলু" হায়দুনা ঐখোয় অনীবু চিংখৎপীরে। মহাক্লা অমুক হায়রম্মী,

"ইপনস্থদে য়াম্না লাইম্না উম্নংনা হৌরকই। ওসি ফাওবদা য়ুম অনত্তবু নিংথিনা শাবা ওমদি, পুন্সি তঙ্খায় চল্লবা অসি ফাওবদা; লাইরবগী চৈনা লাইরবদনা খওই। সে ইপন বা-হায়গে, নখোয়গী কেশ অসে নখোয়গী রারী অসিনা চুল্লবদি ওমগদ্রা নীংঙি। অহুবু ইচাশা চুল্লবা মক্তদা ঐগী মী লৈজদ্রবদি থবক হায়বা অসে ইয়া ময়াদে। অমম্বদা চংপদা থাউমৈ অমা য়াওরগা থরখিৎ কোম্না মচৎ-লিদো, হনুমান কম নাইখিদে হায়বা রা লৈ। রাগী মখিবোং থিবীদনা লোইগ্রবা রানি। হৌজিকস্থ ইথি থিবীয়োই হায়বস্থ খওদে; অহুননে ইপম রা হায়গে।"

ঐখোয় অনীমক মাঙোল্লোমদা য়েংখৎলম্মী।

"ঐখোয়সিদগী মখা পাংনা চংলগা নখোয়গী য়াথোক অসিগী বিচার তৌগদবা মীশক অমা লৈ। মাগী ময়ুংদো তাক্কে মাগীদা চঙু।"

ঐখোয় তাদনা, "চঙজগে।"

"চঙবা মচঙদদি অয়াম্বা তৌ অয়ুক ওস্ত তু উমিঙৈদা চৎকদবনি। য়ুমগী মখাথংবদা চঙলগা শঙতপ অমা লৈবনি। শঙতপ অহুদা অহল অমা লৈবনি। নচিন ননাও চঙহুনা শম্ফ শায়া, গুং থেলোং শিং নান্না য়াইরম শিত্তেহন্দৌবনি. অমোৎ অদাই ফত্ত হৌদি শেংদোহন্দৌবনি। শঙতপ অহুদা লৈবা অহল অহু য়াম্না য়াহো ওনবনি। মহক্না হেক হৌগৎলকপগা থবক শিং অসি হৌগদবনি। মানা হংলগা ঐজ্ঞা বুংওগী মনাই ওইজনী হনা তৌবনি হায়রু।"

"ঐখোয়গী য়াদি হায়রোইদ্রা?"

"হায়গনি। ঐনা হায়রিবা শিন্থা অসি অহল অহুনা তোকপা হায়ত্রিকাওবা নুতিগী তৌগদবনি। অহুদা নখোয়দি কৌক্রক্লা লৈবনি, করম্না লাক্কনি?"

"ইপনগী সিদা'ঐখোয় লৈজরগে। চান-থক্কবা জীক অসিনা কোন্নবা ফাওবদং পীবীরু: কোয়দবা লৈরবসু ঐনা ঐগী ইবোক অহুবু পন্দুনা, কৌক্রবু পন্দুনা, য়াশকচরিবা অসিনি, ঐনা শিংজগনি।"

তাঞ্জা অসিমক্তদা ইমুংদগী মীয়ায় চল্লবী নুপী অমনা চাক লোইরে তাক্লরে। অহল অহুনা মচাদা মচাদোগুম ঐখোয় অনীবু চাক চাথোক্লুখিসি হায়না তাকপীরম্মী। তাদনা হায়রম্মী,

- "মপাল মাঙ্গেল্ল অসিদা—"

"করিগী ? ইমু দা চাকখুমাদা চাগদবনি। হঙোইকমু নন্দোম্বা ম্বাইরম তৈথোক নাঙ্গোক্তুনা হোৎনবমগনি।"

"ঐখোয়্না অসিদা চাঙগে", তাদন অমুকস্ত হ'যবম্মী।

অহল অচুনা যাদ্রুনা ইমুংদা চঙলম্মী। তাদনা য়াম্না কোয়না তৌরম্মী। চাকখুমান্দা চাক্রু পুখম অনী থাংদে ক্তুনা থনম্লে।

ঐখোয়না চাক চারিঙৈদ অহল অচুনা অরাৎ অপা হাম্পীরম্মী চাবা-থকপ লোইরগা তাদনা লুখাক চগুম শেংচুন ঐবু কোন-লীক্তু মপুদা পুবোকহল্লে, ম্বাইরম তৈবোক্কে মখোয়না তৌগনু থাম্না থা-ম্না কোল্লিক ফেংদোক্তুনা থনম্লে

পুম্নমকনি লোইরবদা ঐখোয়'ত দনা ঐখে যগী ম্বাচু তাকপীরো হ য়ক্লবদা অহল অচুনা অমুক তাকপীবম্মী,

"নখোযনা অচুম্ন' থবক শুবচুদা নোংমদি শোয়দনা ঐজ্ঞা ইবুং-ঙ্গুচু থেঙনগনি। কুচু ভৌবনি, ঐখোযগী ইথকনি, মশা মউ নোই চাওবনি। শগুতপক অহল অচুনসু মরাইনা খুরুমহঙ্গগনি। নখোয়নসু নাওে ন্দা দণ্ডবৎ তৌচুনা খুরুমগদৌবনি, মহাক্না নখোয়বু কন্যাদানা হংজরক্কনি, নখোয়গী নমিং নথা, নথুল তাকউ, করিগীনো হায়রগা, ননাই ওইজনীচুনা তৌবনি অসিতা মহায়গদবনি। অমুক্কং থগুপ্রবদি তুংদা নখোয়না তৌরিবচু করিগীনো মরাইনা থিজংক্কনি। ম্যাগী মচা মশুসু লৈবনি, মাগী মুপী সনাইবেম্ম চুসু মপুক ফবনি। শগুতপকী অহল অচুনা ওইরবসু মরাইনা হংজরক্কনি, তরানি থা ফারবা কান্দা নখোয়গী বাথোক অচু তমগদবনি পাউতমক তমগদৌবনি; ঐভোন্দা হায়বগুম্না ইখোল ফংহনবাযু কা হায়বা য়াদে। অচুগনে নখোয়না

ওমজয়বদি শওতপকী অহল অতুগী বিড়ী থরা, থরদি পুহনা চৎলু।"

"মহুমক তৌজগে। ইপনগীদা য়ুমথুং ওইবা অসিমগা!" ঐখোয় তাদনা খুম্লম্মী।

"ফয়ে লৈয়ো অতুগা ঐগীসিদা থু বনি হায়বকাদি য়ারিবমথৈ হায়গম্ব।"

য়ারী লোইবগা মুমিৎময়ুম চঙখিবগা মাম্লরম্মী। ঐদি লমশাং চৎলকপগী য়াবহুনা ওইরমাল্লে তুমনীংবনা মুলম্মী। মথা কয়ি তৌথিবগে হায়বা মথংগী নোংভাল্লকপদা থঙলম্মী। ঐহাক্না মিকপ থোক্লকপদা অহল অতুগী মাঙ্গোলদা য়ুমথুং ওইরম্লে অহুবু ঐখোয় তাদদি লৈরমম্রে। ঐহাক তৌভম খঙদনা মীকপ থোক্লকপগা হৌগত্তুনা ঐখোয় তাদবু ভাইহুনা লৈরম্মী। ইমুং অতুগী মীস্থ য়াহৌনরক্লে। ঐখোয় তাদস্থ ঐগী নাক্তা য়ৌরক্লম্মী। মহাক কদায় চৎলুই তাকপীরমদে, মহাক্না তৌ হায়বহুতা ঐস্থ তৌরম্মী।

মথংগী মুমিত্তগী হৌনা অহল অতুনা হায়বগুম্না ইচিন-ইনাও অনীয়ক অওম্বা অহুগী ময়ুম তান্না নোংভাল্লকত্রিদ্রৈদা চৎলম্মী। মানা তাকপা য়ুমলৈ কৈরৈ শওতপ ইকায় কায়রনদে। মানা হায়বা থবক অহুমক তৌবা হৌগৎলম্মী। অহানবা মুমিত্তা শওতপ অহুদা লৈবা অহল অহুনা ইওক ওক্লা কয়িগীনো হংলম্মী। ঐখোয়না ঐজ্ঞা ইবুংঙোগী মনাই ওইজনীংহুনা তৌবনি খুমলম্মী। অহুম্না মুমিৎ খুদিং ম্যাগীদা চৎলম্মী। মাগীদা থবক থারম্লগা ঐখোয়গী লৈফম তান্না হুলকপদা, ইপন অহুগী মচা অতোম্বা ঐগা লেঙ্গা ওইবা অমা লৈরিবহুগা ঐগা অস্থম অস্থম তিন্ন-তোৎনবদগী ঐখোয় অনী মরুপ শান্নরম্মী! মাগী লাইরিক লাইশু তৌবদা ঐস্থ য়াং হায়রম্মী, ঐস্থ মফম

ইথঙ থঙদনা লাইরিক ভস্বা হৌগৎলম্মী। ঐখোয় তাদদি হেক লাক-পগা ইপন অহুগী ইখোল শম্বল শেম্বীহুন', ইখোল কোইবীহুনা, মরক মরক্তা কদায় কদায়দনে' চত্তুনা মতম লেল্লম্মী'।

অসোমদা ঐজ্ঞা ইবুংঙোগীদা অসুম্না হুিতগী চৎলকপাস কনা কুইশিল্লক্লে, ঐখোয় ইচিন-ইনাওনা, ঐদি ইয়াউ য়াউরকবা নত্তে, শেংবদা মখোয়গী ইখোম্নুং অহু নাপী মকা অমত্তা তাখিত্রে হায়বা য়াই ; মমৈথংদদি চৎলুরগা হল্লকপা ওইনত্তা মত্তৌরম্মী। নোংমদি লাইনা কুবীরবগুম ইচিন-ইনাওনা থবক শুরিভৈমক্তদা ইপল্লা তাক-খিবা মীওই ঐজ্ঞা ইবুংঙো হায়বহু কোক থেঙনরম্মী। ঐখোয়বু হান্না থঙবীবগুম শঙতপকী অহল অহুদা অসুম্না হংবী,

"অনীসিন্না নংনা হায়বহুবো ইবো ?"

"মানি ঐজ্ঞা।"

—ঐখোয় অনী দগুবৎ তৌরম্মী।

"নমিং করি করি কৌই হা ?"

"ননাই ঐনা খোবা, ননাইসিনা নীংথেম, ইচিন-ইনাওনি।"

"করি লমদগীনো ?"

"কৌক্রক।"

"কৌক্রক ?"

"ঐজ্ঞা ইবুংঙো।"

"করিগীনো নখোয়না অহুপ লাপ্পদগী ঐগীসিদা হুিতগী থবক শুররিবা অসিদে ? কনাগীদা লৈ ?"

"ননাই ঐখোয় অস্বাইদা থুংজরি।"

"কনাগীদা ?"

মশক মমিং মুশা খওজদে।"
লাইশ্রমদা লৈবরনহায় ?"
"লৈতে ঐগ্গী ইবুংঙো"
চুম্না খুম্মু নখোয় ফাতক তানাংব্রা ?
হুইনীংশুম্বা নংস্মু !"
শঙতপকী অইল অহনা
"ননাই ঐদি, করিগী ?"

"নংস্মুনি—নংস্মু শম্নীং হনবা য়াওরিবেইরে। ঐনা হায়দ্রা ঐগীদা লাকপা মীদি মুম্ন থীবু। কৌক্রক্কগী অনী অসিনা নোংঙাগ্রিঐদা ঐগী সিদা য়োরকপা হৌনব্রা ? নংগা শঙন-চান্নবা মখোয় শেংবা মী ওইরবোই নীঙথুরে। অনী অসি হুরান চিস্থি তৌবা ওইরম্নবদি কনদোনি ? ঐনা নংবু লোয়নবসিদু ইখুৎনা ঈশিংদ হাপচিল্লগা থকপগা চপ মান্নরে।"

"অঙাংশা নখোয় অনী শেংনা হায়য় কনাগীদা লৈ. করিগীনো নখোয়ন. অসিদা লাকপবো ?"

"ননাই ঐখোয় হুরান চিস্থি নচ্চদে।"
'কনাগীদা লৈ ?"
"ইপন অঙাংজা ওগীদা লৈজৈ।"
"উম উম করিগীনো ঐগী সিদা লাকপদি ? নচিন চুম্মুকো"

তাদনা, "ননাই ঐখোয়গী ইপা-ইমা লৈজত্রে। ইবোক অমা লৈজরম্মী. মানা হিংলিডৈদা ইঙ্খোল অদু থম্নগা লুপা থরা পুরুই, তঙ্খাই অমস্থু শিংত্রে। শিপ্রবা মতুংদা মহাজন্না শেল পুবা নত্তে, ইঙ্খোল লৈবনি হায়দুনা ননাই ঐখোয়বু তাম্থোকপীগদৌরে

চৈরংপ্তা কেশ তৌদুনা ঐখোয়বু চৎলো হ'য়বীরে।"

"হুইনীংহ্নবা!"

"ঐজ্ঞা।"

"কমদৌই ইবো?"

"ননাই অনীসি ফাতক পীখোকপনা যরে ঐজ্ঞা।"

"নংনিনে হান্না চঙগদৌবা?"

"ননাই ঐদি অস্তুক লুবা ব'সিদি কদায়দগী খঙগদগে?"

"খঙদবা নংনা করিগী মী পুশিল্লি?"

"খঙ-ঙবুদি কদায়দগী পুশিনগদগে!"

"হায় অঙাংশা ঐবু নখোয়গী য়াসি খঙত্রনে?"

"ঙাইখে, অদুগা ঐবু করি তৌ হায়রিব।?" অঙহ্নবা হায়-রক্কই।

"ঐজ্ঞ ইবুংঙোদা চুম্না খুকুমজগে তৌবনি।"

"ঐগীদা চঙঙু হায়বদি কনানা তাকই?"

"কনামত্তা —"

"নচিন চুম্মুকো!"

"ইপম্না খুকমজো তাকপী।"

"ফরে, ঙসিদগীদি নখোয় ঐগীসিদা লাল্লগম্ভকে। হুইনীং-শুব্ন মখোয়না শুবসি হুমিৎ কয়ানিদি শুরে হ।?"

"ঐজ্ঞ, থা অহুমশোমবু কল্লরিগদ্রা?"

"ঐগী ইঙ্খোল অসি পুমল লংই হ'য়বদি নংনা অঙাং অনাসি শন পাবোৎ তৌনা শিজিন্নরম্মবোইরে। চৎলু সনাদ হায়বচো লুপ্তা ভিরাখক পীরকউ হায়য়ু। অঙাংশিংসিদা পীখো অঙাংশা নগিন

অহনদি লুপা কয়া লৌব্রে ?"

"করিমত্তা লৌদে।"

"লৌদেকো, শোয়দে্কো ?"

"লৌদে ঐজ্জা।"

"নচীন চুম্মেকো ?"

"অচুব্বরি লৌদে।"

হুইনীংগুম্বনা ঐখোয় তাদদা লুপা ময়েক তরাখক মশীং থীহনা পীরে। তাদনা লৌ হায়বা য়াদ্বদা ঐজ্জা ইবুংঙোনা "মতোইনরা নখোয়" হায়না লাউরক্লম্মী। লুপাহ্ অমুম্মা নমহনা পীরম্মী।

"চৎলো চৎলো মতু দা অমুক লাক্লগনুকো" হায়না ঐখোয়বু তাম্বোক্লকুনা ঐখোয় অনীমক ইপনগী তাম্মা হল্লক্লম্মী। খৌদোক অহ্ উম্মুমদা ইপনম্ মরু লুক্লা তাম্বগা, "ফরে অহ্ মঙাইরেদনা," হায়বীরম্মী।

মুমিদাংবাই ময়ুমদা হল্লক্লগা ইচিন-ইনাওবু অমুক কৌশিন্দুনা ইপন্না অম্মুম্মা তাকপী, "হয়েং মখৈদি চৎলুরগনু, নখোয় অনীমক নয়ুমদা কুম্মো, লাইনা তম্বা অমা লাক্লগনি।" অসি হায়রগা ঐখোয়গী লৌক অমুক লাম্বোক্লুনা পীরম্মী, ঐখোয় তাদনা লৌ হায়বা য়ারমদে মানা হায়রম্মী, "অমুপ কুইবা ইচিন-ইনাও অনীবু য়োক থাকপীরগা ঐখোয় লৌজরোই! ঐনা অঙম্বা মুমিত্তা অমুক হন্দোকচরগে।" অহঙ্গ অহনম্ শিরগে মখৈ য়ারমদে। য়ামল্লক্লবদা মহাক্লা অম্মুম্মা হায়রম্মী,

"ঐহাক নখোয়দগী পাই অমা ফাওবা লৌদে হায়না বাশকথোক্লরে। লাইনা মীনা য়ারোইদৌবা বাসি তৌনীংদে। নখোয়না প্রাধি

থকখিবগী নখোয়না অওবা মতমদা শিংলবা, ঐহাক লায়রবা মীনিনা শোয়দনা লৌগনি। অদুগা অসিমদি ঐহাক লৌররোই, অহানবদা অসি লৌরগা শিজিন্নসিন্না হায়না ঐহাক থল্লম্মী অদুবু হৌজিক মসি লৌবা য়াদ্রে।”

অসি হায়রগা মমায় হাইকেং লৈশিন্না উরম্মী। য়াত্রদুনা লৌশিল্লে। লৌশিল্লবা মতুংদা হয়েং অবুক চংনবগী থৌরাং লে ইনরম্মী। মুমিদাংবাইদা ইপম্না চথোকপ্রবা মতুংদা ঐখোয় তদনা ইপনগী এপী ইমহান অদুগা বারী শাম্নম্মী; ঐহাক করিনো হায়বা খঙলমদে। মথংগী মুমিত্তা ইচিন ইনাওনা অহল অনী অদুদা খুরুমজগা, এগী ইম মবা ইপনগী মচা অদুদস্থ তাক্লমলগা, ঐখোয় অনীমক ঐখোয়গী খুল্লোমদা হল্লক্লম্মী।।

মতম কনা কুইনা থাদাকল্লুরবা য়ুম্মি। ঐখোয়গা কায়নবগী থায়না মৈচাক পুরিবগুম অমুক হেন্না পৈথনা লৈরমলে। তাদনা খুল্লাকপগীদা চত্তুনা ঐখোয়গী হিপ্পচানবা লৌরুরে ঐখোয়না লৈত্রিতে অসিদা ঐখোয়বু খুল পুন্নক্লা হল্লক্লরোই হায়না হায়নরম্লে। ঐখোয়না লাকপা উবদা মখোয় অয়াম্বা ঙক্কুরম্মী।

য়ুমদা লাক্লগা ঐখোয় অনীমক থরক শুঙম চংযম খঙলমদে। লৌ ফাংনবগী মতম, শানবগী মতম ওম্না লিংথ্রবনি। নোংমা মীনি লৈবদু ওস্থোক্লা য়ানা, পেরুক পেদাই খিদুনা, চাবোই চাদবোই লেপ্লম্মী। ঐহাক অরাম থৌরাংবনা লৈফম খঙলমদে। নোংমদি তাদনা অস্থম্না হৌদোক্লম্মী,

“ঐহাক লংফৈ চত্তবা য়াদে। কেশনা কেশকী থোকপা লাকচগনি। চাদনা লৈবা য়াদে, মতুগী মথক্তা লীক অদু ঐনা ইমহান্দা

শিন্নদুনা থনম্মী। অদুন, হয়েংমক ইয়াম্বা ময়াম অসান্নদা চৎকুদৌ-
রিবা অসিদ। য়াওগ্রগে, নহাকপুন য়ুক্ষালদা ইপুনগীদা শিন্নরমগে,
"ঐস্থ য়াওনা চৎপা য়ারোইদ্রা ?"
"ইয়াম্বগী নীংথেম, নহাক্না চৎপা ওম্বা মফম নত্তে। মীওইবগী
পুন্সি অসি লানফম্নি। নহাক্তি-হৌজিক অঙাংনি, ঐনা নংগী নয়াম্বনি।
ঐন, নংগী অফ-ফত্ত পুম্নমক য়েংখিগদৌবনি ; ঐনা শোম্ব্রবরু-ব
ইরোশিং কৈরক্রবা মতমদা নহাক্না অমুক ঐগী ইপা, ইমা, ইয়াম্বা,
শকুনা ঐবু য়োক থাক্কদৌবনি, ও ক,শনগদৌবনি"
অম্মুন্না ঐবু থম্বরমলগা ঐখে য়ু তাদা ম গী শেন্দোন থুমদোন্ন-
চিংবা শিংদোক্কবা শেল তান্নবা চৎখিরম্মী, ঐবু পুবী য়ু য়াবীরন্দে।
ঐহাক মীগী মযুমদা, ইপনগীদ। লৈহৌরম্মী।
ইপন অঙাংজাওগীদা লৈরিভৈ চৈবক অসিদা নোংমা ঐখে য়গী
খুলগী মী অমা, ঐখোয তাদগা, ঐগা, ঐখোয় অনীবু থিরক্লম্মী
মহাক্না হায়,
"নীংথেম, খুল্লাকপনা ঐবু থারকপানি। নয়াম্বা লৈত্রবস্থ থবক,
অসি নহাক্না তৌবা তাই।"
ঐনা করিনো হংলম্মী!
মহাক্না, "খুল্লাকপন, নখোয় পাবা লৈতবা ওসি নীনি হুন্নি
শুখে হায়।"
ঐহাক খংপ্রেক খওলম্মী। মহাক্ন হায়রিবত্থ মং-হাদা হায়বগুম
তারম্মী। ঐনা মঙোন্দা শংত্রিক য়ংনা লৈরবদা মহাক্না অমূকস্থ হায়-
রক্লম্মী,
"নহাক শোয়দনা ওক্লমগনি। খুল্লাকপনস্থ হায়রকই,, অত্রবু

ঙক্রগম্ব। পুম্নমক লাইগী মোংদমনি।"

"ঐখোয় পাবা লৈরম্মী, অসি নত্রা?"

"মানি।"

"অতুগা হৌজিক!"

"হৌজিক মহাক তাইবংপান থাদোকখ্রে, লৈখিদ্রে"

"করিগী অমুপ থেঙনা পাউ অসি তাহনবীরিবনো? মহাক্না ছিংজিন্তদা তাকপীবা য়াদবরা?"

"মহ ঐস্তু অতুপ মুন্না থঙদে। খুন্নাকপনা থঙলমগনি। মহাক্না হায়রকপদি মংগী পাবখু পোকপা অহল অতুনা নখোয় নচিন-ননাগী মাগী নাক্তা থাবীরক্লব: পাউ চেন্নকই হায়।"

"ঐখোয় পাবখু পোকপা ইপুবোকা?"

"উম নপুবোক্না।"।

"মরম থঙত্রা?"

"মহাক উন্নরগা থঙগনি। খুন্নাকপনা হায়বদি নয়াম্বা লৈত্রবস্থ মহাক চংকদবনি, অহল অতুগা উন্নরুগদোবনি হায়হৌই।"

ঐহাক মকম থঙলমদে। ঐহাক কপনীংলম্মী, মোকস্থ মোকীং-লম্মী অমুকস্থ কিবনা ইথস্তা লৈবা ঙমলমদে। পাউ অতু থাজবস্থ ঙম-লমদে, থাজিদকস্থ ঙাংলমদে। অঙকপা, হায়ভম থঙত্রবা থোদোক অমনি। ঐনা মতম অমদা থাজরম্মী, থাজতুনা অতুম মরাকই, ঐখোয়-না লাম্বা যংঙ্রবা, ঐখোয়গা মরুথা য়াম্না নক্লবা, কমাগুম্বা অমা লৈরি হায়না। পাউ অদো অচুম্বনি। ঐহাক থাংরৌরম্মী, ছুংশিনবী ঐখোয় ইবোক্না করিগীদমক থাফম অসে তাকপীখিদে!

ঐনা পাউখুম পীদনা তুমিন লৈবছ উরগা অহল অতুনা অতুম্না

হায়রক্লম্মী, "নফি নরোম হোংদোক্লো, ঐহাক্না লোয়ননা চৎকদৌ-বনি। ঐহাক মফম তাক্লমগে।"

"হৌজিকমক ?"

"উন হৌজিকমক।"

য়ুমথুং ইমুংদা তাকলমলগা অহল অহুগী মতুং ইন্দুনা ঐহাক চৎ-লম্মী। খু হরম্বন কৈথেন অচোবা লাম্থোক্লগা, অরাং পাংনা চখৎলগা, হৗে মুং অমদা চঙলম্মী। চাওরবা য়ুমজাও, তনান তনানবা মমাং শঙ্গোয়, খা থংবদা লৈরিবা কৈ, ফৌমুখোঙ, নাপীমকা অমত্তা তা-দ্রবা মুমাং থেলোং পুম্নমক অহুনা তাকহ হমুং অহু মচিঞ্জাক মচাবা হমুং অমনি। ঐখোয়না চঙখিবদা মাঙ্গোনদ, শঙ্গোয়দা, মী খনা য়াম্না লৈনরম্মী। অহল অহুনা মাং থাহুনা ঐখোয় অনৗ মক অরাং নাকথগী মপা চুরিতাফমদা লম্মী। ঐখোয়বু উবদা হুপী অমনা,

"করি থবক্তৗ ওহরবনে, কনা উনবীগদোবনে, অশোনদা লেং-শিনবীরকউ।"

মাঙ্গেন্দা ফক অমা থারম্মী। অহল অহুনা হায়রমই, "খুরাবু লৈবরা ? ঐখোয় কৌক্রুক্তগীনি, খুপ্লাকপনা থারকপনি ?"

কৌক্রুক্তগীনি হেক হায়রকবদা লৈরমলবা মী পুম্নমক ঐখোয় য়ে মদা পুমহুপ হুপনা য়েংলক্লম্মী, মখোয় পুম্নমক ইঙক ওক্লবগুম তোরমী কদোমদগীনো মৌ মীয়াই চল্লবী অমনা শৌ শৌ লাউবা, "কনানা থারকপা, খুল্লাকপনা হায়বা ? হুম ওম্নরমগনি ,থোকপীরো থোকপীরো। কনাগী খুরানে, খিরক্লিবসিবো ?" মথং মথং হুপা নহা থরনম্থু "চৎলে", "চংলে" হায়না ঐখোয়বু তাক্লম্মী, মখোয় পুম্নমক পুনলাং লাংলমী। অহল অহুনা করিনত্তা ফিঙ্গত্তনা ইতপ তপ্না

হায়রম্মী,

"ঐখোয় অসিদা লৈগে লাকপা নত্তে। খুল্লাকপনা থারকপগী লাকপনি। অঙাং অসে ইবুংঙো ইবোচাওবনা পোক্লম্বা মুপামচা অতোম্বনি। খুরাহুদা ঐখোয় লাকই হায়রী। অম্নমক চংশগে হায়রবু য়োম্মবনিনা অমুক্কং উন্নরীংই।"

ময়ামহু তুমিন তুমিন লৈনরে। অসাইগী মুপী অহুমক্তংদি শো শো অহুম ঙাংলম্মী। অম্নম তৌরিঙৈদা থোংজাও অদোমগী ভুহল মখাং কে লবা'মা কনাগুম্বা অমনা শম্বোই কবিবোই তৌরদুনা থোক্ল-ক্লম্মী। মহ'ক্না হায়, "ইবুংঙো, ফিদাদা ফম্মু, কাথৎলকউ। ঐননি খুল্ল'কপদা পাউ চেনবহু।" মহাক দারী মচিন য়োনা থোক্লক্লম্মী। অসাইগী শো শো ঙাংবী মুপীদুনা চঙশিল্লকুনা হায়, "করিনোনে পাজি, লাইহৌ থারবা, ভাব তারিব্রা তৌরিবহু?"

"ইপা করিমত্তা চোংদে ইবেম্মা।" ঐখোয়রোমদা ওনশিন্দুনা "অঙাং অসিমত্তরা অমদি কদাই চংব্রে?"

"অমদি লংকৈদা চৎখ্রি, অসিনা অতোনবনি।"

"অহুদা লেপ্তবস্থ কাথৎলকউ: মুপামচা চংলকউ লাউ ইপূ য়েংগে।"

ঐহাকপু কৌশিল্লম্মী। ঐনা চঙশিনখিবদা ঐবু মুম্না য়েংলগা মনিং অনীমক পিগী ঈরা চেল্লদুনা ঐবু নাল্লগা অম্নম্না হায়রম্মী,

"নপাগী কর্ম অসে নহাক পাঙথোকউ। ইপুনা কৎলোই হায়বা নত্তে। ঐনা পীবা পিণ্ড নপানা লোগনি নীংব্রে। নয়াম্মহু লৈরবদি নচিন-ননাওনা পীগদবনি। অহুবু নংনা পীরবস্থ য়াই। ঙসিদগী হৌনা ইপুগী নাকা লৈরো।"

অসি হায়রগা মরিৎ অনীমক্তগী অচৎ অথম লৈতনা মপি শিন্থ-রম্মী। ঐনা হংনীংবা পুম্বা হংবা ভম্নদে। ইখঙ খঙহৌদনা ঐহাকমু কপলম্মী।

"নহাক অসিদা লৈরো হায়ববু করি হায়বগে?"

মুপী অহুনা অমুক মরক খংলম্মী, "ভাওরত্রা পাজি, অত্থুপ কুইবা তৌরক্রবা থৌদৌ অসি ওসিদ। অচুম অমামত্থু খঙদনা তৌরিবা অসিবু করিনো? অশিবগীদি অশিবনী ওইত্রে, ঐখোয় মমাম্থু ইমায় অসি থাঙগতুনা করম্না চংকনি!"

"চাওবী, ইপা ভাওরম্মী। অত্থু হৌজিক ভাওবা করে। শিজিন-বনথৈ ফরম্মী। নৌপত্রা অহু মতৌমতা পোকপনি। মহাকী আকম্মগী কননা করিমত্তা রাত্ত পাদবা মহাক্না য়াখোক অসিদগী ভাওতুনা ফি-জেৎ চাকচা মফম খঙদনা শিত্রে। মসৈ ঐনিনহায় ইশানা ভাওরু-বনা নৌপথানা ভাও-কৈতুনা শিত্রবনি। নহাকমু উত্তেদংঙা য়াগদরা হায়না ইপানা হোংনখিবত্থু। মীগী মচা অমমু কদায়দগীনো লুহোংতুনা লোরুই, মথুদাং পিকম লাংহন্দুনা চত্থু নিতৌল অহুমমু হলহনত্রবনি, ঐখোয়নবে।"

"করি য়ানোনে পাজি। ঐতগী নত্তে অনাবা হায়বসি। মরা মপুরোইবমি হায়বগী ব্যবহার অমত্তা য়েংলংদে। মাগী য়াম্থু পনবী-রক্লগমু; মথুম মরৈ পানত্রে।"

"ইপানা লঙজখিবা পাপ অদা কোকত্রবনিমে ইখেম্মা। মহাক্না চংলমদ্রবদি, মযুম শানখিরমদ্রবদি মাগী দোষ অমম্থু ইপা লৈংশিত্রম-গনি।—ইপামচা নংবু করি হায়বগে? ইপুনা লানথ্রবনি। অচাওবম কাব. প.ম্.বদী ইপুনা নমাবু ইচাগী ইথৌন হায়নীংঙমলে, নখোয়বু

কাওবা পাপকী জীবনি থল্লুই। ইপু নঙেন্দা খুরুমগে হায়ববু অহুমক্তি তৌরয়োই, ইশুগী পাপ লঙশিনহল্লীংদে।”

ঐহাক খুৎরুম খঙলমদে। মক্নহাগী থৌদোক্না চপ মান্নরম্মী।

“ইপুগী অসিদ লৈয়ু। নপাগী কর্ম্ম পাঙথোকসি। পিণ্ড দান অহু নথুংনা পীজৌ। নপাবু লাম্লহল্লু। নখোয়না কংলগ' মানা লৌগদ্রা খল্লি।”

ঐগা লোয়নরকপা অহল অহুনা হায়রম্মী,

“থুরা মাদি অঙাংনি। তৌরিবা ইমুং অসিগী মওংনে, মনে ইংকম্বা অসিনা শাঙিরিবা মপাও অসিনা অঙাং অসি হঙ্গোইরমগনি। নহান মথৈ লৈমিরবহু নত্তে। শোরাং মুম্নিঙ্গা ঐখোয় পুজরকে। মহাক হৌজিক মুম্ফালদগু লৈ, দরথাস্ত ইবা অঙাংজাগীদা।”

অহল অহুনা ঙাইহাক খল্লগা ঐখোয়না হায়বহু য়াবীরম্মী,

“চুপ্পী ইবুংঙো কনা হায়বা। মহাক হঙ্গোইগনি। ময়াম্বা অহু- ভংগা য়াওরবদি মুংঙাইগদবনি। শ্রাদ্ধ অদি ঙসিগা থানা ছুমিং ভরানি বাংলি। মোংবা বাংলিতৈঙদা মাবু থম্না পুবীরকউ। লাইমিং লৌহনগে; মপাগী পিণ্ড অসি মামা পীসনু। কম্রি হায়বগে ইবুংঙো?”

“খুল্লাকপগু মশা ভরদত্তুনা লৈ। ওম্নবদি মহাক মশা এক লাক- লৌবনি খুবাগী পাউ অদি হেক ফংবগা ঐবু চংলুটো থারকপনি। ঙসিদগী থাপাম্রি ঙনা মুম্নিঙ্গা মগুহুপা অদি পুজরক্কে।”

“হোয়নে ইবুংঙো নহাক্না অমুক্তা শোইদনা শিনবীয়ু। মহাক শোইদনা লাকউকো ইবুংঙো।”

ঐহাক হোয় মাই করিনঙ্গা হায়রমদে। মখোয় অনী অহুম্না বা হুপথোক্লম্মী। মখোয়না ঙাংশিনিবহু ভাবগা ঐহাক অদি কাওবদি

খঙলম্মী, ঐখোয়বু তাইবংপালগী মঙান পীনবীরম্ব। ঐখোয়বু পোকপী-রম্বা পাবা লৈরম্মী। লায়বক থীবনা মহাক হিংলিঙৈদা ঐখোয়গা শকখঙ মায়খঙনহৌদ্রে। ঐখোয়গী খুলগী অহল অচুনা ঐবু পুচুনা অচুম লাক্লম্মী লম্বীদা অহল অচুদা হংলম্মী, "ইপুন ঐখোয় পাবনা ঐখোয় ইচিন-ইনাওবু করিগী লৎনখিবগে ? নহাক খঙব্রা ?"

"নখোয় পাবনা নখোয়বু থক লৎনখিদে।"

"অচুদি মহাক্না শিগ্রিঙৈদা মহাক লৈরি হায়বা য়ৌনা ঐখোয়দা তাকপীদ্রবা করিগীনো ?"

"ঐনা খঙবদি থরদনি। অদুবু ঐনা খঙবা থরদু হায়গে তাউ। ঐখোয়গী খুলদা নখোয়গী পাবহোয়গী লৌয়াম্না লৈরম্মী। নংবু পোক-পা পাবনা লৌ ময়ামদু য়েংবা হেক হেক লাক্লম্মী। অদুম্না লাকপদগী নমাগা চান্নরকুনা নম বু খুল খঙনা লৌখি। নং পাবগা নমাগা নখোয় ইবোক্কীদা অচুম লৈরম্মী। নয়াম্বা পোক্লবা মতুং নহাকপুনা পুক্নংদা পুরিঙৈদা মুগুক মুগুক ঙাংনরক্লবদা নং পাবনা নমাবু পুচুনা চৎখিরম্মী। নবোক অচুনা অঙম্বা, নমাগীনি হায়চুনা অ ওং অউন তমখি। শনমপী মচা অমম্ম পীখিবনি। অদুম্না নং পাবনা পুখি। মতম থরা লৈরগা করিগী-নো খঙদে, নমানা নম্বাম্বা পুচুনা খুল অসিদা হল্লক্লম্মী। নহাক ঐখো-য়গী খুন্দা লাক্লগা পোকপনি। মতুং অদুদা নখোয় পাব লাকপা উখি-জ্রে। থরা লৈরগা লুহোংচুনা ময়ুম মকৈ পানখ্রে হায়বা তারম্মী।"

"ইমানা হল্লক্লিবদি করিগীনি হায়বগে ?"

"মরম অশেংবা ঐহাক মুম্না খঙদে খুল্লাকপা মঙাই থঙগে হায়রবদা। খুম্না হংই নবোক্না তাকখিদে। মদুগী মরমদি লাইরচুনা নখোয় নচিন-ননাও অনীবু খুল অসিগী মচা নত্তে, হায়দোকপীগনু

মেল্লম্মী । নহাক পোকপা মতমদফাও নখোয় পাবদা পাউ পীরুদ্রে । পাউ পীরুদ্রবস্তু মহাক লাক্কুনা হংলৈ হায়বদি তাখি অহুবু নমানা য়াদহুনা উমখিদে। মতম অহুদগী হৌনা নখোয়গী ল্লৌ-শীং পুম্মক অস্থুম অস্থুম য়োস্থোকখিহুনা ঐখোয়গী খুন্দা মখোয়গী লৌচা অমত্তা লৈখিদ্রে । নমাগীনি হায়না তমখিবা পোৎ-চৈ ফাংবা নবোক্কা য়াদহুনা করি অমত্তা লৌরুদ্রে । অহুদগী হেন্দোক্কুনা শন মপী মচা পুখিবহু ফাওবা হম্মা হন্না চেল্লক্লবদা নবোক্কা হেক হেক খিলহল্লুই ।”

মং-হাগুম্বা রারৌসি তাবদা ঐহাক পুমঙক ওক্লম্মী । মতম কুইনা থাজরম্বা রাফম অমা ফংলবগুমস্তু তৌরম্মী । লৌশিং তারকপদগী লাইজা ঈরোন চনখ্রবা, ইশাগী ইপোৎ থিবগুম, তাখি হায়বা খঙনা খঙনা ইফং ফংদনা লাকপবু, কোরৌ নোংমা অহুদা ইরাই লাইনা ফংবগুম থোক্লম্মী । কোক্তগী তোন ফাওবা তুজুং মাঞ্জু লম্মী । মফম ইখঙ খঙহৌদনা ঐগী ইপুক নৌরম্মা । কংলবা লৈঙোই লমদা কদোমদগী হৌরকপা ঈচাওনো হায়বা খঙহৌদনা পুমথুম-থুমহৎখিবগুম ঐগী থরাই হকচাং পুম্বা থুমহৎখিরম্মী । অস্তুপ কনবা ঈচাও অমা থক থেঙনখিদ্রি । লৈরি খঙঙ্দ্রবা, তাইবংপানগী মঙাল পীনবীরম্বা, ঐখোয়বু পোকপীবা ইপা অস্থুম্না ফংলম্মী; ফবা মফংদবু তাইবংপান পুম্মক মাঙখ্রবা তুংদা, মাঙমম্মা মাঙখ্রবা তুংদা !

ইপাগী নুংশিবা খঙলক্কে, ইমাগী নু শিবাস্তু খঙলক্কে-ইমাগীদি ঐনা খঙঙ্দ্রবস্তু ইবোক্কা তম্বীখি । ইবোক্কা নুংশিবাখঙলবনি ঐহাক, ইয়াম্বগীস্তু অহুমঙাই । ঐগীনি হায়বা অনকপা, থ্বায়দগী হেম্মা নক্লবা হায়ববু মখোয় অনৌসিনি । ঙাইহাক অহুদা শাগৎলম্মী, ইপাগী নাক্কা লৈরম্লবদি ইপন অঙাংজাওনা ঐগী ইতাওবু পমহুনা, চারে চামিম্না,

থক্লে থকমিন্না, মিকুপ অমা য়ৌনা থাদোক্লনা, চেৎনা চান্না তৌরিবা অসুম্না তৌরম্বা য়াই। অদুবু ইমানা মহাকপু থাদোক্লনা লাকলিবা করিগীনো, মহাক্না থিরক্লবা ফাওবদা উন্নখিদে হায়রবনা কন্নিগীনো, মশাং নাইদবা রাহং কয়ামরুম মথং মথং লাক্লম্মী।

অহল অতুনা অমুক হায়রক্লম্মী,

“পাউ অসি নচিম-ননাওদা তম্মু তাহনবা চুম্মী, শিন্নবা হায়বা-সিদি লোইরবনি, অহুগী মথক্তা কুইনা নীংখিবা অমম্তু মনীং থুংলবনি হায়রকই।”

“ঐখোয় ইবোক্লা?”

“উম নবোক্লা নীংখিবা।”

“কন্নিনো অতুদি ইপন?”

“মহু থুল্লাকপনা খঙলমগনি, ঐদি পাউ তম্বতনি।”

“ঐহাক ঐখোয় থুল তান্না নংগা চৎকনি। রাকম অসি ঐহাক ওহোক্লা খঙনীংখে।”

“নয়াম্বা লাক্লিফাওবা নহাক লাকমু হায়। নয়াম্বনা অশুম্না শিন্নরম্বমাল্লে।”

—অচুম্বনি মহাক্না চৎলমদাইদা অসুম্না ঐবু তাক্লম্মী। ঐহাক মথা তানা তকশিল্লবা ঙমলম,দ। অসুম্না রারী শাতুনা লাকপনা ঐগী য়ুমথুং য়ৌরক্লম্মী। অহল অতুনা মাপন্নি শুবদা ঐবু লৌরগনি তাকপী-রমলগা অহুমক চৎখিরম্মী। ঐনা চঙলকপদা ঐগী মায়থোংদা কন্নি ফিজন কায়খিবনো ইপন অঙাংঙাওনা “কন্নি তৌরে” হায়মা হংবী-রম্মী। ঐহাক রাকম অতু অমত্তা হায়দোক্লমদে। মহাক্না মথা তাথরম্মী,

“নহাক পাউ অমা তানীংবরা?”

"ঐখোয় তাদগী পাউবা ?"

"মখোয়গী কেপ্প অহূগীনি ।"

"অফবা পাউ ওইবা হৌনদ্রে, ইপাল ।"

মহাক্না মোক্লহুনা হায়রম্মী,

"লাই নৈবনিনহায় নীংথেম, ঈশ্বরনা কৃপা তৌরে, নচিন-ননাওনা মঙ্গল ওইরেনে । লুখ্রাবীনা পোৎ য়োনবা য়াদে হায়বা আইন লৈনা লৈনা চৈরাপনা লুখ্রাগী পোৎ লৈবা মীংদ ইখোল পীবা চুমদে হায়না চৈরাপকী রায়তু ককখ্রে । ইখোল অদো নখোয়গী ওইর-গনি। মাগী শেল অহূগীদি মহাক্না থোকপমা তৌঈরকপা হায়বতুনি ।"

ঐগী মিত্তগী পি শিন্থখিবা ঐহাক থঙহৌদে । ঐগী ইয়াম্বনা তাঙ্গরম্লবদি কয়াদা মুংঙাইজগবা ! ঐনা তাবনদি কৈদৌনরুনি । অরেম্বনি, পুম্নমক অরেম্বনি, ইখোল অতুবু ফংলুহুনা কম্বিবু তৌন-গনি । ঐহাক থুংকি কিবমা ফাওরক্লম্মী, মরমদি ঐখোয় তাদগী মবা মপাউ অমত্তা তাখিদবা মতম কুইরম্মী ।

মুমিৎ মাপন্নি অতু ঐনা ঐখোয় তাদবু উন্ননীংবনা লাকহন্নীংবনা ঙায়ঙমদনা ঙায়রম্মী অতুবু মহাক হল্লক্লংদে । অহূম্না হৌখিরম্মী । মাপন্নি হেক শুবদা ঐখোয় থুনগী ইপন্দু লাকুনা ঐখোয় অমুক চৎমিন্নরম্মী । ঐখোয় পাবগীদা য়ৌখিবদা অপাকপা শুম্মাংদা মাগুপ চাওনা খল্লহুনা শোয়াৎকীনি হায়হুনা শেম শাহুনা লৈরম্লে । ঐখোয়না চঙ-খিবদা ইপুবোক্না ঐগী শম কোকহন্নবা মীনি হায়হুনা হান্নগা শেম শাহুনা থনম্মী । ঐগী শম-না কোকথোকহল্লম্মী শম কোকথোক্লবা মতুংদা মখোয়গী মনাক্না 'লা' মন্দিয় অমা তান্ন পুরীহুনা লাইমিং লৌবনি হায়হুনা লৌহল্লম্মী । ঐগী গুরুনি হায়না তাকপীবা বামন

অদুনা ঐগী নাপ্প অনীদা 'নাম' তাকপীরম্মী, মাম্মা লোম্মা। ঐহাক করি অমত্ত থঙলমদে। লাইমিং লৌরবা তুংদা ইপাম্মা পুত্নুনা ঐগী য়ুমথুংকম তান্না অমুক থিনবীরক্লম্মী। য়ুমথুংকমদা ঐগী ইকোক ইরু কোকপা উবদা ইপন অঙাংজাওনা মতুগী মরম থিবীরম্মী; লোৎপা য়াত্রুনা ঐনা থঙবমথে লোইনা তমলম্মী। ঐগী বারীদু ত.রগা মহাক্না হায়রম্মী,

"বারী অসে নহানমথৈ থঙদ্রা?"

"থঙদে। ঐখোয় তাদদি হৌজিক ফাওবস্থু থঙলমহিরোই"

"ওম্মোকপা হায়বদুনি। হৌজিক্তি কৌক্রক্তা অমুক হল্লুদ্রবস্থু নং পাববু পোকপা নপুবোক অদুগা লৈমিন্নবা তারেদনা?"

"ঐখোয় তাদনা য়ারগদ্রা খঙদে।"

"করিগী য়াদনি, শন ভাংরবদি শনবু থীবা হৌনশানি। নহান মথৈ লংনরম্নবস্থু ওসিদি মথে য়বু লৌথৎপীরে। মতুদা নখোয়না অমুক লংনদুনা অহল অদুবু কে ব্রবোইদোবা অরাবা অমুক পীকংগী করি ক নৈ?"

"অদুবু ইপন ইপুনা ইমাবু অদুপ য়াখিদ্রিব, করিগীনো?"

"ঐদি নংনা তম্বদগী বারী অসি থঙবনি। করিগীনো হায়বা করম খঙগনি। অদুবু ঐনা চিংনবা অমদি লৈ, নখোযগী ইমানা কৌক্রক খুনগী নিঙোল ওইরম্বনা ওইরম্বা য়াই; অসিনিনে ঐখোয় মৈতৈগী ফজদবা। মহাক্না লংনবস্থু সমাজ অসিগী যজদবা তুক্কচরবা শাজং অসিননি। মৈতৈ মরক্তা য়ৌনা অনেম অরাং থায়দোক্তুনা অমনা নেম্না অমনা রাংনা শোক্ল পম্ন য়াদনা থম্মী। চংনবী হায়গদ্রা থাজবা হায়গদ্রা মসিবু থাদোকপা ঙম্মদে। মসিনা মরম ওইদুনা মপাগা

মচাগা, মপুঁরোইবগা মাগী লোয়নবীগা অসুম্না কাঁয়নহল্লি, নখোয়দা থোকপা অসিগুম্না। তৌইগুম্বসুং মখোয়শিং অসিনা মীওইবগী থম্মোয়বুদি জয় তৌবা ঙমদে, খুংশেম্বু মাংথীবা পীবা ঙমদে। মহুগী প্রায়শ্চিত ফংলবনি নংবু পোকপা পাবগী মপা। নখোয়না অমুক লৎনহুনা অহল অহুবু য়াহনবা চুমদে।"

ঐহাক লু লুকনা তারম্মী। ঐগী মম্লবা থম্মোয়নুংদা মুৎলি মুৎলিবা মঙাল অমা ফাওরক্লম্মী। ইপম্না ঐবু করিমত্তা য়ারুরগনু তাইবংপান হায়বসি অসি ঙাক্তনি তাকপীরম্মী।

চাব থকপা য়োনা খোয়জংদনা মতম লেপ্পম্মী। মংলানদা তাওবগুম, হৌখিরম্মী মতম্না। ইমুং নোংঙান পাবারকপদগী ঐখোয় খুনগী অহল লাক্তুরিঙৈ মমাংদগী ইপন অঙাংজাংনা লমজিংবীহুনা ইপাগী শোরাৎ য়াওবা চৎলম্মী। শোরাৎ মফমদা মীনা ফিঙৌ কৌবগুম তিনথংলক্লে। ঐখোয় খুন্দা পেনানা অরা অনা থাহুনা মিকোন থাঙ্গোনবনচিংবা তৌরমদে। পুং কোর্ত্তান পায়হুনা পাবগী শোরাৎ শোল্লম্মী, ঐহাকপু শঙ্গোয় অমদা বামন অমনা মন্ত্র যন্ত্র কয়া থিহুনা শিথ্রবা ইপাগীদমকনি হায়হুনা পিগুনচিংবা পীহল্লম্মী। শক খঙহৌত্রবা ঐখোয়বু পোকপা ইপাগী মিং ইবোচৌবা কৌই হায়বা খঙলম্মী। ইপুনা তাকুনা ইমাগীস্থ য়াওনা পিগু পীহল্লম্মী। অওইবমক মখোয়না লৌবীবা ওইসম্নু।

শোরাৎ লোইরবা মতুংদা ইপুবোক্না ঐবু মখোয়গীদা লৈয়ু হায়না বয়া তক্করম্মী অহুবু ঐনা ঐখোয় তাদা লাক্রুবদি ঐহাক ঐনা লৈরিবা অসিদা অসুম লৈজগে হায়না য়াঙ্গরম্মী। ঐবু মাগী ইমুংদা পুশিল্লগা পাবগী কানি হায়বামদা পুশিন্দুনা অহানবা

ওইনা ঐখোয়গী পারবী অয়েকপা মূর্তি উইরম্মী, অদুগা নত্তুনা ঐখোয় ঈমাগীসু উরম্মী।

মখোয়নীগী মাংদা লেপ্লবদা ঐগী পুক্নীংদা মঙ্গারকপগী পুক্নীং মূংশিবা, অদুগুম্বা ইবোক্না শিখিংদা ফাওখিবা অদুগুম ইনৌ নৌনা কাওরম্মী। মখোয় অনীগী লৌথুপ লৌকোয় য়াওদবা, ইতিং তিংবা মিৎয়েং নায়েং উবদা ঐহাক কপ্পবা ঙম্মদে। ঐহাক খোঞ্জেল থোক্না কপ্লম্মী। ঐনা কপ্লদু উরগা ইপুবোকসু খোঞ্জেল থোক্না কপ্লম্মী। ঐবু কোল্লগা, "ইপুগী নীংথেম, ইপুবু অমুক ব্রাহ্মণগম্ন ইবুংঙো। ইপুনা তৌ খবা পাপকী প্রায়শ্চিত্ত ফংলবনি।" অয়েকপা মূর্তিদা ওনশিন্দুনা, "ইবোচৌবা ইপাগী ইবুংঙো, ইপাবু ব্রাহ্মণগম্নকো" হায়না ঙেংথা নাওইনা কপ্লম্মী। অসিদা নত্তুন মহাক্না ঐবু খুজেং পায়দুনা অতোপ্পা কা অমা তান্না পুরম্মী। কা অদু থোং হেক হাংদোকপদা হিদান অমা অদুগা চাওরবা য়োংহিলং কোহ্লো অমগা লৈরম্মী। ইপুনা হায়রক্লম্মী, "নহাক উবা অসে?"

ঐনা উই হায়রম্মী।

"করিনো হায়বা খংবা?"

"খংদে।"

"অসিনা নপাগী খোঙ্‌থুং পুন্দুনা ইপুনা থমাখবান। নম্মাগা কায়নরবা তুদা নপা অদো ঙাওচৎ ফৈচৎনরকপদা মপান থোকশিল্লনি হায়রবগী ইপুনা কাহ্নুনা কা অসিদা লায়েংখি।"

চাওরবা য়োংকী য়োহিলং! ঐহাক ইশাপুম্বা চেংথৈরগুম নীকলম্মী। মহাকপু হিংচাবনি হায়না নীংলম্মী। ঐনা মাগী মনাক্তগী তুং হন্না হন্দোক্লম্মী মহু উবদা ইপন অঙাংজাওনা ঐবু কোনবীরম্মী, ঐনসু

মাঙোন্দা কোল্লম্মী। ঐনা হায়রম্মী, "ইপন চৎলসি ঐহাক মফমসিদা লৈবা ঙমদ্রে।"

ইপুবোক্না হ ঙুররক্লম্মী, "করে চৎলে। ঐহাক নখোয়দা করিমত্তা খুপ্লরোই। নখোয়গীদমক ঐহাক সম্পত্তিশিং অসি শংবা ঙম্বা মতমমতুফাও শঙহিগে। নখোয়না য়ানীংবা মতমদা ইপুবু নীংশিংলকউ।"

ঐহাক মখা তারমদনা অতুম থোররম্মী। ইপনগা লোয়নহনা ম'গী য়ুম তাম্না হল্লক্লম্মী।

হল্লক্লগা ঐহাক কয়রি তৌরম্মী শে'না নীংশিংবা ঙমদ্রে। ঐহাক অঙাওবমক ওইরম্মী। চাকম থককম খঙদনা মতম পুম্নমক্তা তাদবুতা নীংশিংলম্মী। নোংমা নোংমগী মহাক লকহিদনি হায়বা খঙদবা হেঙ্গংলকই। নহান মথৈ ইপনগীদা লৈহিন্ডে অসিদা ঐগী ইমান্নবা ইতাও অতুগা লোয়নননা ল ইরিক লাইস্থ তম্লম্মী। মখোয়গীদা মচৎ মতৌ ওম্না লৌশিল্লম্মা। শোরাং মতুং অতুদদি ঐহাক লাইরিক লাইরু তম্বন চংবা অমত্তা তৌরমদে। ঐখোয়গী ত'দগা কায়নবকপা ফন্না কুইশিল্লক্লে, মহাক্ক' মশক উদবগী, মগী মরাক্তে মপাউহোন তাদবগী মুংনাংনবনা ঐহাক লৈবা ঙম্মদে। অঙনবা অযুক্কী শক্তম্বু উরুরগা, খুনগী লো'বুক লমহাংদা মাগী মতুং ইন্দুনা শজেন শনঙাক তৌখিব', পাত্তা কোরদা ঐনা ঙাকুক পায়রগা ইচিন-ইনাও ঙা থিমিন্নব, পীক্লম্: পৈরবা খংপে'কশঙ অতুদা পুকথন রাইওং খঙদনা চামিন্দ-থক-মিন্নখিব' পুম্নমক হম্না হম্না নীংশিংলম্মী। শাংকাইদা মঙাইহিবা থম্মো'য়দা মথং মথং কায়নবগী অবাবা চৈনাগী মনি তাখিবা করম্না কাওফব', কাওত্তমখিদে

ইপম্না লুনা অতুম তৌবী, ঈতাওনা চাল্লি ইমহান্না মচাদোগুম

নাংবী। অহুম ওইনমক মখোয়বু কোয়দবা ভমলমদে, তাদগী মকমদা নাওথী শাজবা মখোয়দা শাবা ভমলমদে। তুমি মান্থিবগী মমি অমা ঐগী ইশাদা কুপশিন্দুনা অহুমক লৈরম্মী।

তরানি হৌরে তাখিত্রে, কুম্নি চংখ্রে উখিদে, তাদগী মরা মপাউ অমত্তা কংখিদে। অসুম্না নোংমদগী নিনি, নিনিদগী হুমনি, মথং মথং চংখিতুনা মুমিং কয়ানি হৌরে। চারক থরক্তুবনা ঐহাক হৌগতুনা চংপা ফাওবা ভমলক্লে। ইপন, ইম্ফাল, ইতাওনা ঐবু লায়েংবীরম্মী। ঐখোয় তাদবুতা শোনবনা ঐগী লাইনীং শুইরম্মী। ঐগী ইশাদা অপাম্বা মীহৌবা অমত্তা লৈরমদে। ঐগী ইয়াম্বা য়াওদবা সংসার অরেম্বনি।

মতুং কয়া কুইনা অসুম্না লৈরুবগে ঐহাক নীংশিংবা থোক্লে। নোংমদি মং ওই হা-ওই ঐগী ইয়াম্বনা মহৌশা কৌখিবা "তোম্বা" হায়বা মীঙৌহু তারম্মী। ঐনা য়েংথংখিবদা ঐগী ইয়াম্বনি হায়তুনা কনানো অমা লেপ্লম্মী। ঐহাক থাজরমদে। মাগী মীওই মূর্তি পুমহোং হোংলমলে; মশাগী কুচু লৈরমদে, মৈচাক থাক্কুম মুগুক মূরবা, মকোই মরাং চোয়বা শরুগী পোল্লাং অমা ওইনা লেপ্লম্মী। মাগী প্রেতনা ঐবু লৌবা লাকলব্রা খওদে।

নংলমদে, মহাক ঐগী ইয়াম্বা ওইরমলে। ঐবু য়েংলগা ঐগী কোক্তা নানবীরহুনা মোমোন নোক্লহুনা, "ইয়াম্বা লাক্লে নহায়", অসুম্না হায়রক্লম্মী। ঐনা মাগী মখুৎ পায়রম্মী মাগী মায়থোংবু ঐগী থম্মোয়মুংদা চেৎনা কোল্লম্মী।

ঐগী ইয়াম্বনা ঐবু থাদোকপীরমদে; অমুক হন্না ঐগী ইনাক্তা লৈবীরমলে।

মহাক্না ঐগী হিন্দাকনি, মহাক্না ঐগী মাইবনি, মহাক্না ঐগী লাইনীংনি, মহাক্না ঐগী ইমানি, ইপানি, ইবোকনি, ঐগী ইথুম্নি, ইয়ুম্নি, ঐগী তুংনফমনি, ঐগী পুম্নমকনি।

ঐনা তম্লম্মী, "ঐখোয়না কেশ ওম্মেদো।"

"উন তারে ঐস্থু। লান্দ্রগা লোইরবনিনে তোম্বা।"

"অদুগা ঐখোয় পাবা," হায়রগা ঐনা হৌনা নোক্লম্মী।

মানা হায়রম্মী, "করি তৌরবা?"

"ঐখোয়গী প্পাবা লৈরম্মী শিথ্রে হায়। মহাকপু পুন্দুনা থমথিবগী অচৌবা য়োম্লিংদু ঐহাক উরকই। ঐখোয় ইপুবোক্কা হিংচাবনি।"

"ঐস্থু তারে; কনাবু দোষ তৌরগনি। পুম্নমক ঐখোয়গী ইরায়-বক্কনি। ইপুবোকপু দোষ তৌরগনু মহাক মপ নদা লৈ। থুম্লাকপগা লোয়ননা মহাক্না ওমদবগী মুংশ থীদুনা হংলরি হায়রিবদু ত রগা মুংওাইরোই। ঐখোয় পুম্নমকপু ত ইবংপানগী মওাল পীনবীখিবা ঐখোয়গী ইপুবোকনি। মহাকপু অমুক ঝারৌরবগী করি কান্নে। ইবেক্কা হায়রম্মা মহাক পোকপদগী মাগী মীথা থক থাখিদ্রি অদুবু ইমাগী হাক্তক্কা মায়থীবা ফংখি। মহক্কা হায়রম্মী, অদুবু নোংমা নত্রগা নোংমা মাগী মকমদা শোয়দনা চঙজরিখিনি, লাল্লে হায়জ-রখিগনি। মতম অদুদা মহাক্না মায়থীখবা অদু কোকনি। মহাক মসি নংখিদে, অদুবু হায়জররদা অসিনি।"

"করিনো তাদা ঐবু অমুক্তা খওহল্লু; ঐহাক নহাক্না হায়রিবদু খওবা ওমদে। ঐহাক বা অমস্থু নীংশিংলকলে পাবনা লৈতবদা ঐবু ইপুবোকী তাম্না পুবীবা, থুম্লাকপনা থারকপা, অহল অদুনা অস্থুম্না হায়খি, হন্দকী থৌদোক অসি ঐখোয় ইবোক্না কুইনা নীথিবা

অমা মকীং থুংনবনি হায়না। হায়রু তাদা ইবোঙ্গো নীংখিবত্থ করিনো, ঐখোয়গী পাব শিখিব্রা অসিবুরা?"

"হায়হৈদে নীংথেম, ঐখোয়বু অতুপ লুনা তৌবা ইবোঙ্গো ঐখোয়বু পোকপা ইপানা শিখিবদা করিগী থুংভাইগনি। অতু নত্তে ঐহাক থওই, খুল্লাকপনা তম্নবনি ঐঙোন্দা, ঐখোয় ইবোঙ্গো থাজরম্মী, ইমাগ পাবগা কাবনরিবসি ইপুবোক্কনি, অতুগুম্বা ইপুবোক অতুনা শোয়দনা মাঙোন্দা মসিগীদমক হায়ত্তরুখিনি। ল য়বক থীবনা পাবনা হিংলিঙৈদা থৌদোক অসি থোকখিদ্রে ইবোঙ্গো নীংখিবদি অসিনি।"

অস্নমা হাযনবিঙৈদা খুল্লাকপা অমত্তুং ঐখোয় ইপুবোক মখোয় অনীমক ঐখোয় নাক্তা চঙলরম্মী। ঐন তাদগা রারী শাবতু উবদা ইপুবোক্লা হরাও হরাওনা অক্রতুনা অস্তুম হায়রম্মী,

"হগু ফরেদনা, ঐদি লাম্থাক্লা রু কববনি।"

অসি হায়রগা মমত্তগী মপি শিন্থরম্মী। খুল্লাকপনস্থ হরাও হরাও তৌনিরম্মী।

তাদনা হায়রম্মী, "য়েংউ ইবোঙ্গো থংরম্মা ইমগী লৌক। ঙসি হনাগা ইবেক পুন্না অমুক ফংলবনি। চাওয়াইমাদগী ইবোঙ্গো পুখিবা লৈশাংসু শিদেক্লরগনি। ঐহাক নশ ফংদা ঙয়তুনা লৈরিবনি। অসিগী মরুওইবনি ইথইনা মীরৈবাক্ত নবু থদে তুনা চৎলুরিবা। পুম্নমক অসি মীওইবা হয়রবা ঐখোয অসিননি। মীনা পুম্নমক শেম্বা ওম্মী, মীনা পুম্নমক অতুবস্থ মাঙহনবা ওম্মী। মতনা ঐখেযগা ঐখোযবু পোকপা ইপাগা শক খঙহনখিদে, তম্নহনখিদে। অতুবু কনবু রাবৌনিঙাই লৈবগে। পুন্সিবু মায়োম্নবা থৌনাফবা মীগী শাজংনি। কিতুনা খক চেংগদবা নত্তে"

শিদহিদাক ফংলবা ঐনবু শিবা হৌনরবা মোংফমগী হিংচাবনা ঐগী নাক্তা চঙলকপা মতীক নত্তে, থম্মং কৈকোই লল্লোনবী ঐগী ইফমদা মায়থিগনি।

থঙহৌদবা মতম্না ঐগী মরুপ ওইররে ঐগী মাওঙ্‌ররবা প্যাঙ্গল ঙম্না হল্লক্লম্মী।

ঐখোয়বু চঙজফম পীনবীথিবা ঐখোয়গী ইফমদা ঈশ্বরমক্তা মাম্নরা থৌজানবীখ্রবা ইপন অমস্তং মাগী লোয়নবী, ঐগী ইতাও, মখোয় পুম্নমক্তা পুকমেন পাউমেম্নরম্লগা ইচিন-ইনাও অনীমক ঐখোয়গী ইখুন পাংলম্মী। য়ুম য়োরকপদা মল্লবা শেগাইরবা শঙ্গোন্দা ঐগী থাইনগী শন অঙাংবী কুন্দুনা লৈরমলে। ঐনা মাবু উরগা ঐখোয় তাদদা মখোও শোক্লা খুরুমলম্মী। ঐখোয় তাদনা ইঙক ঙক্লা ঐবু কোনখৎপীরম্মী।

মতুং তরানিরোম লৈরগা ইপুবোক্লা থারকপনি হায়দুনা মশক থঙদবা নুপা ১ খুল্লাকপগা লোয়ননা লাক্লম্মী, মহাক্লা অস্তুম্না হায়রম্মী,

"ইবুংঙো নখোয় নচিন-ননাও অনীবু লৌরুচো লাকপনি। নখোয়গী ইপুবোক অদো নখোয়বুতা শোন্দুনা চাব-থকপা চঙদনা লৈরকপা ফনা কুইশিল্লকলে। চাদ থক্তবনা মশাহু য়ামনা চোকথরে, অনা শঙ্গুম্লে। মহাক্লদি নখোয়না মাবু মপা-মমা হাংখিবা মুপানি হায়না থনখ্রবমাল্লে, ঐগী ইনাক্তা লাকউ য়াররোই হায় অদুবু পাউ অসি তাকউবনা চুম্মি হায়না ঐহাক লাকনি। ঐহাক নপুবোক অদুগী শাগৈনি। পাপ তৌরবস্তু নপুবোকনি, ঈদি থক মাওফদে। অহল ওইরবা নপুবোক অসিবু নখোয়না অস্তুম্না লংথোকপা হৌনদে। ঐগা লোয়ননা চংলসি। মশক থঙহৌদ্রবা নপাগী শরুক শিন্দুনা নখোয়না

মাগী সেবা তৌরু।”

ঐখোয় চত্তবা য়াদবদগী য়ুক্ষালদা চৎলম্মী। মতম কুইনা ঐখো-য়বু মথাঙ্গুংদা কোন্দুনা, ঐখোয়বু ঙাক শেনবীরক্লবা, ইবোক্লা থন্বীরম্বা শেগায়রবা থাঙপোকশঙড্‌হ ঐখোয় ইচিন-ইনাও অনীনা খুরুমজরে। খোঙ থিংজিল্লমলে। ইপাবু পোকপা ইপুবোকীদমক ঐখোয় অনীমক য়ুমহ্ থাদোক্লম্লে। ঐখোয়গীদমক রাবীগ্রবা অনীগুবা ইবোকুম ঐখো-য়বু অৰু-কত্ত তাকপীথিবা খুল্লাকপদা য়ুমহ্ শিন্নরম্লে; মখোঙ শোক্লা খুরুম্নগা ঐখোয় অনীমক কৌক্রক খুল থাদোক্লম্মী।

ইপা-ইমাগী সেবা ফংহৌদ্রবা ইচিন-ইনাও ইপাগী শক্তম পুরবা ইপুবোকী সেবা ফংলুরগনি। পাং কোমগী চরাং ওইনা পোক্লুবা ঐখোয় অনীনি অহুবু মীওইবা সমাজগী মী অমা ওইনদি ঐখোয়গী অধিকার থাওলমগ্রে। ইশ্বরগী খুৎশেমবু থাগত্তনীঙায় কন্নি লৈ?



লোইরবা